
ꯃꯤꯒꯤ ꯁꯝꯕꯜ
মীগী শম্বল
"তুরেল 'সিদা
ঐখোয়দি
ঙা ফাখিগনি।
তুরেল 'সি ঐখোয়'
ঈরমদমগী মনুং চর্নি,
মেপ য়েংবিয়ু।"
(মীগী শম্বল-দগী
লৌথোকচবা
মচেৎ অমা।)
মনিলাল অহৈবম

# মীগী শম্বল

মনিলাল অহৈবম



মণিপুরী লিটরেবী সোসাইটি
ইম্ফাল

# MEEGI SAMBAL

**A collection of sixteen Manipuri short stories**

**by**

**Manilal Aheibam**

● মচালেন্থী অহৈবমনা মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি,
ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙজবা।

First impression 2013

No of copies 1000



Cover (Collage) Author



**ISBN 978-93-81800-31-7**

● **লাইরিক ফংফমঃ**

অইবগী য়ুম,ৱাহেংবম লৈকাই, ইম্ফাল

(Contact No 9402986762)

---

মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি, ইম্ফাল

মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল

বাজেস বুক স্তোব, গভর্নব বোদ, ইম্ফাল

---

নম্ফমঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, গভর্নব বোদ, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল।

“চৈনা কয়াগী শাফুনা
হঞ্জিন-হঞ্জিন য়ৈরবদসু
হঞ্জিন-হঞ্জিন নোক্তুনা
পুন্সি থৌদাং পাঙলিবশিংদা।”

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

● নহা ওইবিবা অইবা-অইবীশিংনা পূনশিল্লগা শেমখিবা "মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল, ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবা অমদি পামজবা মীপুম খুদিংনা শক খঙবিবা সাহিত্যগী সংস্থান অমা ওইরে। খৃষ্টাব্দ ১৯৮৫ দা লিংখৎখিবা, সাহিত্য একাদেমী, নই দিল্লীনসু শক খঙলবা সংস্থান অসিগী অইবা-অইবীশিংনা ইবা লাইবিকশিংদা তোঙান-তোঙানবা সাহিত্যগী মনা কযাসু ফংখ্রে। মসিগী মনুংদা সাহিত্য একাদেমীনা পীবা মনাশিংসু য়াওরি।

সোসাইটি অসিনা লমদম আসগী মণিপুরী সাহিত্যগী অইবা-অইবীশিংবু পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা, খৃষ্টাব্দ ২০০১ দগী হৌনা, চহী অনী-অনী কান্নবগা খনগৎলবা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইবিকশিংদা **'সেরাম মুক্তা শেলগী মনা'**সু পীদুনা লাক্লি।

সোসাইটি অসিগী পান্দমদি, মণিপুরী সাহিত্যবু যোকখৎপা, লোয়নন মালেমগী সাহিত্য লৈকোলদা মণিপুরী সাহিত্যবু মকা ফন্না লৈশাং তমহনবনি। পান্দম অসিগী মখাদা, থা-তকক তকক্কী ওইবা সাহিত্যগী চেফোঙ- **'সাহিত্যগী লৈচল'**সু লেপ্তনা পুথোকই। লোয়ননা, মতম-মতমগী ওইবা সাহিত্যগী সেমিনার, রাকসোপনচিংবসু পাঙথোক্লুনা লাক্লি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৯৮ দা **'পুন্সিসি লানফমনি'** হায়বা লাইয়েক-ৱারী *(কোমিক)* অমসু ফোঙখ্রবা, মনিলাল থৈরেমগী হন্দক পুথোক্লিবা ৱারীমচাগী লাইরিক **'মীগী শম্বল'** অসি সোসাইটি অসিগী ওইনদি ৮৩ শুবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি শ্বাই তবাগী খুত্তা শিন্নজাব।

শামুঙৌ থোকচোম

*জেনরেল সেক্রেটরি*

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি

ইম্ফাল

● *দিসেম্বর ১০, ২০১৩*

# থম্মোয় কাচিন্দে

● ... ... ... ... অসুম্না, নীংহন্নদবগা লোয়ননা অসুম চঙশিল্লকপনা, ঐবু কযাবক মায পাকহনখিদ্রবা, শীংনকুবসু য়াদবা মখোয অনীবু ঙসিদি ঐনা মায়থীবা পীবা ঙমজবে। মখোয়'নীদুদি– মতম অমসুং শেলনি।

শংবা কৌবা নৈতবা পুন্সি মহীং অমদি ৱাংখৎলু যাদবা শেলগী লনগে। মসিনি ঐনা থেংনখিবা খুদোংচাদবা– কনাদসু মখাতানা লিনীংদ্রবা, "হংবিবক্কনু ইকাইজে" হাযনীংঙিবা।

অদুবু, অযেৎপা-অপনবশিংদু নমহক্তুনা ঐনা, ঙসিদি, ঐগী অনীংবদু থবক্তা ওন্থোকপা ঙমজবে। মসিদা ঐ নুংঙাইবা ফাওজে। লোয়ননা, থম্মোযদা থাজজে-- মদুদি, লাইবিক'সিবু পাবীবিবা-পাবীবিবীশিংনা শোয়দনা মশা-মশাগী মীৎযেং অমদি ৱাখল্লোন ফোঙদোকপীবক্কনি হায়না।

লাইবিক'সিদা যাওবিবা ৱাবীমচাশিংসিনা খূৎই ওইনা লৈবিঙে' ঐগা মহৈশঙ অমত্তদা ওজা ওইমীন্নবিবা ওজা পোৎশংবম ইবোযাইমদা পাদুনা তাহঞ্জবগী তাঞ্জা লৌজখি। অদুগা, খবনা অমুক, মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি, ইম্ফালগী ইচিন-ইনাওশিংদা পাদুনা তাহঞ্জখি। শীজিন্নবিবা লোন্দা-পুদাগী মতাংদসু পুম্নমক্লা খন্ন-নৈনমীন্নখি। মদুপৃন্বা ঐগী পুন্সিগী নীংশিংবগী লামাযদা মমি তাখ্রবনি।

অবোইবদা, ৱাবীমচাশিং'সিগী বানান-কাঙলোন কৃপ্না য়েংশিনবীখিবদা নত্তনা ৱাবীমচা খুদিংমকপু পৃক্লিং চঙনা পাবীখিবা ওজা, ডাঃ অথোকপম খোলচন্দ্রগী মফমদসু শিংবদা ৱানা থোক্লগদবা লমন তোনশিঞ্জববনি।

● *দিসেম্বর ১০, ২০১৩* অইবা

## মনুংগী লামায়শিংদা

● অহানবদা পাহঞ্জনিংবা ৱারীমচা —————— মথং লামায়দা
(মমিং খঙহঞ্জবা)



---

● *ৱারীমচাশিং অসিগী মনুংদা খবদি, ইবা লোইবে হায়দুনা থমগ্রর'তুং, চহী খবগী মতুংদা অমুক হন্না শেমদোক-শেমজিন তৌখি। ৱারীমচাশিং অদুদি–**'হেক্তা তাইনৈ'** (জুলাই ২৩, ১৯৯৫, অগস্ত, ২০০৫ অমসুং সেপ্তেম্বর, ২০০৬)। **'মীখল মতুংসিদা'** (জুলাই ২৮, ১৯৯৫ অমসুং জুলাই, অগস্ত, ২০০৫)। **'পবিত্র'** (দিসেম্বর, ১৯৯৬ অমসুং মে, ২০০৫)। **'এপোইন্তমেন্ত লেতর'** (ওক্তোবর, ২০০৩ অমসুং নবেম্বর, ২০০৭)। **'মঙ অমসুং তাইবং'** (অগস্ত ২৫, ১৯৯৫ অমসুং সেপ্তেম্বর, ২০০৪) অমদি **'মীৎয়েং'** (১৯৯৬ অমসুং ২০১২) নি। অদুবু পাবীবিবশিংনা নুংঙাইনবা, অহান-অহানবগী চহী অসিখক্তং লৌখৎচবগা ৱারীমচাশিংসিগী লোইশিল্লকপদা হাপচবে।*

---

## মীগী শম্বল

● *পাবা হৌবর্দুং ৱারীমচাশিংসিগী মিংথোল য়েংলগা পামজবা অমদগী হেক্তা হৌবদা কবিবু অকায়বা লৈগদবগে। অদুবু পাহঞ্জলীংউ, ইহান হানবদা, মথং' লামায়দা লৈবিবা ৱারীমচা ——* ***'হেক্তা ভাইনে'***।

# হেক্তা তাইনৈ

● ঐমুক তোনবসি তাইবংসিদা কনা লৈবমখিগদগে খনবদা ঐ জ্ঞান হাইফেৎ মাঙগি। থবক শূন-শূনা মীবক তিলহনবীদ্রবা ঐবু; ইতোম্মতা চৈজে, ঐবু শেম্বীবকপা, ঐগুম্বা কয়াবু শাবীবকপা মখোয়শিং অদুদা—

"কবিগীনো নহোয়না ঐগুম্বা কয়াবু শেম্বী-শাবীবগা পুম্নসি মবেক-মহাও থোক্লা মীবক তিলহনবদি লায়বদনা থাগৎ-ৱাহে ফাওবা তাবা ফংহন্দ্রিবদি। শূদবা নত্তে শূই, নোংমদা ঐগী ইথৌ মশীং নাইপোৎ নত্তে। নহোয়না কবিগুম্বা তক-তনানবা থবক অমা হৌবকপদা ঐনা হান্না লম-তু শেংদোকইবনি। থবক লোইশিনবদসু অদুমঙাই। অদুগা নোংমতসু ঐবু থাগৎপীদে। মতাং চাদবা মতমদা থেংনববদি ওনশিন্দুনা চৈবু চৈবী। অসুক ইথৌ মশক খঙনা নোমজবিবা ঐবু খোঙনা কাওখায়বম্বসু য়াওই।"

"নোংমদা 'সিমা চাংগে 'সিমা শেংকে হায়জদ্রবা, পুম্নিদা দাবী হায়বদু কবিনো খঙজদ্রবা চম্লবা ঐবু, নহোয়না ওহ্নোক্লা থীনা ওৎপীবেদকো।"

ইপোক অসি কবিগী অসুক থীনা পোকপীবম্লিবনো খল্লুবদা পি-তাদনা, খোঞ্জেল থোক্তনা ঐ, ইতোম্মতা ইমুংগী অমম্বা কাচিন্দুদা হীক্ল-হীক্লা কপচখি, তাবীনিংঙাই লৈত্রবা ঐগী ৱাকত্তু ইশা ইতোমতা তাজখি, পাউখুমসু ঐতনা পীজখি—

"য়াঙ্গেন ইবেম্মা! নহাক্তি নপুম্নিদা নুংঙাইবা শকক তম্লক্রবীনি। পুম্নিগী অহৌবদগী অবোইবা ফাওবা নশম-ননা ইফা-ফা, অৱা-হুইশোক লাংদুনা যেৎলোম-ওইবোম মায়গৈ অনীদা লৈ লৈদুনা চৎপতনা নুজা পুম্নি কেম্মু তমত্তবোই।"

ঐনা ঐগীদমক খল্লিঙে', মপান্দা ময়াম ৱা-ৱা নোক্লকপা মখোল তাখি।

ঐ মখাতানা অমুক খন্থকদ্রে। নাকোং থাঙ্গত্তুনা তাখি, ঐখোয় য়ূম্নুনুপানা হায়বকখিবদু— "নুংঙাইজবে তাইবুংঙো! ঈশ্বরনসু থৌজালবীসনু।" 'সি হায়বগা তপ্পপ অমুক মখা তাবকই—"ননাওগীদি ইচানুপী তম্ফা অসিনা লোইজববনিদো তাইবুংঙো। মমা-মপা ওইবিবা ঐখোয়গীদি নুমিৎ-থাগুম্বনি। হয়েং তম্ফানা চৎপ্রগা ... ...!"

মখাতাবা ঙমখিদ্রে মহাক, মখোল শেংফাৎলক্কে। ঐ ভাবনা উই, মাগী মীত্তগী অশাবা পি-না চেম্থবক্কমগদবদু।

অতোপ্পা নুপা, খোঞ্জেলদি হান্না তাপ্রবা অদুনা মাসু মচাবু থাগত্তুনা হায়বকই— "অদুগী হায়কববদি ঐগীসু ইচানুপা অসিনা লোইজববনিদো ইবুংঙো। মাগীদমক্তনি নয়াম্বনা হিংজবিবসিসু। ঐখোয়না হৌজিক ঈশ্বরদা খুকমজগদবা হায়ববু অঙাং অনী অসিগী পুক্সি-নৈপুন শোয়-ঙামদনা পাঙথোকপা ঙম্বা অদুতনি।"

ঐ ভাব তাবে, পৃতিমালাবু থাজ-য়োঞ্জবগী ব্রাবেপ তাপ্রে হায়বা। মঙাই ওইগদৌবিবা নুপাদু ঐখোয় য়ূম্নুনুপাগদি য়াম্না চান্ননা তিন্নবনি। ঐ মাবু মশক নীংথিনা খঙঙি।

মপান্দা মখোয়না ঙাঙনবিবদু মখাতানা তাকবা ঙমদ্রে; খোঞ্জেল থোক্তনা কপ্পা হৌবক্কে ঐ। খল্লি— মানা চৎপ্রবদা ঐনা ওইহৌগদবা ফীভমদু। ইমুং অসিদা ঐবু লুনা তৌবীবদি পৃতিমালা খক্তনি। মানা ঐবু ইথৌ শৃহনবদি ঐবু জ্ঞান অদুম তাহল্লি, কোক ঙাওহন্দে। লিবিবা নুংশীৎকী তাম্থাদা লৌবুক্কী ফৌবোইনা নোম-নোম জগোই শাবগুম ঐবু তান নাইনা নুংঙাইববা বাগ অমদা লৈহল্লি। অদুগা থবক শূবা হেক লোইবগা ঐবু ইমুংগী কাচিন অদুদা তপ্না থমদুনা পোত্থাহল্লি।

নোংফাদোক মমা ইবেম্মনা ঈশিং চোৎলবা ইমুং-মাঙ্গোলদা শীৎলুবগা ঐবু কাচিন্দুদা থোক নমশীন্দুনা থম্বীবসু য়াওই। অদুবু পৃতিমালানা থেংনবা থোক্লবদি মমাদা ব্রাহৈ মঙা'মা-তবা'মদি শোয়দনা হায়। মাগী ব্রাহৈশিংদুগী মবক্তা ঐনা য়াম্না পেঞ্জবিবদি মানা অসুম্না হেক-হেক পনবসিনি—

"ইমা, য়াঙ্গেনসি তক-তকনা থম্বীদ্রিবা কবিগীনো? অচোৎপা লৈপাক্তা

শীৎলুবগা চামথোক্ত'খৈ থম্ব'সিদি মপুন্সি থুনা লোইবগনি। নোংমগী চঙদবা য়াদ্রবা পোৎলম'সিদি খবা চেকশিন্না তক-তনান্না থমসিবা। নোংমদা মাগী মথৌ মশীং নাইপোৎ নত্তে। ঐখোয়নগা মহুৎ শিল্লুবা ঙমগদবা নত্তে।" 'সি হায়বগা পৃতিমালানা ঐবু শুমাঙ মতোন্দা পুথোবক্লগা ঈশিং হৈব-হৈবদুনা চামথোকপী। চোৎলবা ঐবু কংননবা নুংশাদা ফৌদোকপী।

কয়াম কুইনা পৃতিমালাগী ৱাখলদা লৃপ্লববনো হায়বা ঐ খঙবা ঙমখিদে। য়ৃম্নুপানা অমুক্তং লাউবকপদুদা ঐ জ্ঞান খংতা তাবকই— "মাঙ্গোলসি ৱাই য়াম্না চাইবে, খবা শীৎচীল্লোলাউনে নহোয়বু। কেতলিদগী চা'সিসু খোঙনা কাওকদুনা ইহৈ হৈদোকএসে। খবা তৈথোক-খোঙোক্তুনা কংহল্লোলাউসে।"

ঐ ভাব তাই, ময়াম চৎস্রে হায়বা। খৃদক্তা য়ৃম্নুবেম্বী ইনাক্তা চঙলক্তুনা ঐবু তাপ পায়বগা মাঙ্গোলদা থোক্লকই। খৃৎহাই থুনা হাইদুনা ফৎ-ফৎ শীৎপা হৌই, য়েৎ-ওই তথক-তথক। ঐ অদুম কোক ঙাওবা হৌবে। মাগী নুপানা উবমালে, হায়বকই— "খবা তপ্না শীৎলুনে শংবান্নবী নঙবু। ফ্রু-ফ্রু হাইদুনা শীৎপা হৌনদেনে। লক্ষ্মী লাইবেম্বী চঙবা ঙম্মবোইনে ইমুং'সিদা।"

মপুবোইবনা হায়বকপদু তাবদা খজিক্তং তপ্না শীৎখিমালে য়ৃম্নুবেম্বীনা ঐবু। তৌবগীদি ঙসিখক্তা নত্তে, ঐবু অসুম্না মিহুন থগৎহনবসি। মপুবোইবনসু ৱাই শীৎপগী কাঙলোন মখৃৎমক্না পায়দুনা তম্বীদ্রবসু মচীন্না হায়বদি ইতৎ-তত্তে। অদুবু মপোকথোক্কী য়াওবকপনবা কবিনো, মানা ঐবুদি ইতৎ-তত্তনা নুংশাশোব মপী হোনহল্লি, শন্নাং চোইজাইনহল্লি। মাগীসি থবক য়াম্না চিনখিদুনা তৌববা হায়বদুদি নত্তে। ঙসাইমখৈ থোঙজিন মনাক্তা ফমদুনা, নুপা অনীনা ঙাঙনখিবদু ক্না চগপ-চগপ শায়দুনা তাববা 'তুংদা ইমুংদা চঙলক্তুনা অতোপ্পা মতপ অমগা শায়দুনা ফমুংদা হিপ্লন্নিবনি। ৱাই শীৎপা লোইবগা নৈকাই কোয়খিদোইবা, ঈক মাদুনা লৈদোইবা খঙপোৎ নত্তে।

ঐনা অসুম্না খল্লিঙৈ' য়ৃম্নুবেম্বীগী খৃৎহাইদি অসুম-'সুম কনখৎলকই। ঐ জ্ঞান মাঙদনবা ফনা কন্না হোৎনজে। অদুবু খৃৎহাইদু মথোঙ-মবম খঙদমখৈ কনখৎলকপদগী ঐ জ্ঞান খংমাঙ-খংমাঙ মাঙশিল্লক্লে।

কোক অসি কয়াম কুইনা ঙাওকব্ববনো হায়বা ঐ নীংশিংবা থোকখিদ্রে। জ্ঞান তাবকপদা অমম্বা ইমুংগী কাচিন্দুদা ইশম-ইনা লৈনাঙ ইতে তৈবদুনা ঈং-ঈং লাউবমখৈ নমশীন্দুনা লৈবন্নে। মসিমক্তি ঐ ওম্বোক্লা হৈনজদবনি। অদুবু মবক-মবক্তা মানা ঐবু অসুম্না থম্বীবসিনা ঐহাক মোৎলি-মোৎলি, চোৎলি-চোৎলি লৈবসিসু ওখাক হৈনবক্রে।

পৃতিমালাগী লুহোংগদবা তবানীমুক ব্রাৎলিঙৈ', য়ৃম্নুপা, থীকাগী বিল লৌথোকপা চৎখি আশা চাউনা। অদুবু মায়থীববা লাম্মী অমগুম নুংশূক-নুংজাননা হল্লকখি, অমদি মাগী নুপীদা মপৃক্লিং নুংঙাইতনা হাযবকখি—“হৌজিকসু বিল পাস তৌদ্রি'য়ে। খঙদে, মসি'থবকসি তোকখোকঅসিবা কৈনো। মীনসু ফনা ঙাঙনবীদবা।”

মতমদুদা ঐদি মাঙ্গোল কাচিন্দা ঙাথদুনা লৈবি। কিবনা থক-থক নীর্কখি, য়ৃম্নুপানা উম্ব্রগদবা হায়দুনা। অসুম্না শাউবা নুমিৎসিদি ঐবু উবা য়াদবনি! খোঙ পান্দুনা শৎ চেনশীন্দুনা ইমুং কাচিন্দা লোৎলুগে হায়বদুসু ঙমদ্রেদো। অসুম্না লাংতক্লবিঙৈ' ঐঙোন্দা হেক মীৎয়েং তাবক্রে। খূদক্তা পীশুম শূক্রোক্লনা ঙাঙল ঙাঙলগা ইনাক্তা চঙলকখি—

“মসি ঙসাইসু 'সিদ'সুম লৈহৌই। হৌজিকসু অমুক । মসি ওক্লদুনা চৎপদে দাউ য়াদ্রবনিনে ঐসে।” 'সি হায়বগা ঐবু শাউনগী খোঙউপ্তুনা অমুক্তং কাওখায়বকপবু, ঐ ফনা লাপ্পা পাইথোকই। ঐবু মফম নাইনা থমদেনা মাগী নুপীদা ফজদবা ব্রাহেনা চৈ-থাংবা হৌবকই। ঐ জ্ঞানমক্তি মাঙদে। মাগী নুপীনা মুকম-মুকম শোনখিবদু তাহৌই—

“শাউবিনেনা পোৎ-চৈদা হেক তাইনবদনা, অঙাও-অফৈগা চপ হেক মান্নে।” 'সি হায়বগা ঐবু ইমুং কাচিন, ঐগী লৈফমদুদা থম্বীববে। খল্লি ইথন্নতা “ঐখোয় য়ৃম্নুপাসি লাইবিক্তি ফনা মহে হায়নৈ হায়ববু, লাইশু খঙদবগী খূৎশাউ অসিনা মহাকসি নোংমা নোংমগী লাইবিক হৈতবা মী অসুম-'সুম মানশিল্লকএ।”

হৌজিক্তি পৃতিমালা থাজখ্রে। মপা ইবুংঙোনা য়াম্না চম্না থৌবমদু

পাঙথোকখি। অউনপোৎ খবদংনা মচাগীদমক্কি হায়দুনা শীন-লাঙলম্মী। ঐসু থরায য়াওনা শূ-নোম্লম্মী। ঈং-তক্পী, হৌন-লোনচৎ খঙবী মাগীদমক্কি খল্লুবদা শূকপো-পোখানীংখিদবনি। ঐনা কনাগী মতেং য়াওদনা শূ-নোম্বা ঙল্লম্বা তাববদি খঙলমগদবনি ইগুণসু।

মতম খবা হৌখ্রব'তুং, নোংমা যূম্বুবেম্বী মচাগী 'নাক্তা চৎখি। অদুবু পঙকুই কুইনা লৈবক্তে। নুমিত্তুদা য়াম্না থুনা মায়থোঙ মকশীন্না হল্লকখি। ঐবু মচোই-মচোই তাগদবদগী তাশীন-খোমজীন্দুনা শেম্বীবিবা মাগী নুপাদা খান্বা য়াদমখে শাউজীল্লকখি— "ইকাইবনা শিদৌবে ঐদি। নঙদি নুংঙাইনা ফমদুনা লৈথোকপা ঙম্বীবিনে।" মাগী নুপানা ইঙক ঙক্রুদুনা হায়বকই—

"কৈদৌবে' হল্লকপগা মৈ চূবা হৌবি'সিবু?"

"মৈ চূবগী ব্না নত্তে। মনেম অদুনা ঙাঙঙম্বা, অউনপোৎ হেন্না মিকাবগী ব্রাঙাঙ'দু তাবদা খাঙবা ঙমদদুনা পল্লমদনা হল্লকঅবনি ঐ। খনবিয়ু— অউনপোৎ খবগা তম্বীখিসি হায়ববা? নৎত্রগা ইচানুপীদু মহোয়না খাইনবক্ত্রিঙৈ' চত্তুনা লৌবীকসি হায়ববা?"

যূম্বুনুপাদু মাগী নুপীদা যেংলম্বদগী তিন অমুক্তং যোখবগা ঐবু শেমজীন-শাজিনবগী থবক্তুদা মায ওনশিল্লকখি। অদুবু ঐঙোন্দা ওইনা খজিক্তং শাউজীল্লকখি - " 'সিসু মচোই মচোই হেক তাবদনা! কিশিন্দ্র'দি ব্রাই শীৎপা থাববোইনে!"

মাগী নুপাগী তাশীন্নদবা মানবা মতৌ'দুদা যূম্বুবেম্বী অশাউবনা লুতোন কাখ্রমালে— "ব্রাই শীৎপা য়াদ্রসু ফবে, পীবকউসে।" 'সি হায়দুনা তাপ মুল্লগা ঐবু অমুক্তং লাক্তুনা লংঙকপবু, ঐ জ্ঞান তংখায় মাঙখি। মীৎ তন্দন পাইখি। মালেম ইমাগা হেক শম্নবদা 'দপ' লাউবা খোঞ্জেলগা লোযননা ঐ ব্রাখল খনবা থোকখিদ্রে।

ঐনা জ্ঞান তাবকপদা যূম্বুনুপানা মাঙ্গোলগী কাচিন অমদা ফল্লগা পৈয়া কিশি কিব-কিবদুনা ঐবু ইশম-ইনা মাযওন চুম্না শেম্বীবগা মচীন্দা মুকম-মুকম শোল্লম্বদু তাখি—

"শাউবিনেনা পোৎ-চৈদা হেক তাইনবদনা, অঙাও-অফৈগা চপ হেক মান্নে।"

ঐ, মাগী ৱাঙাঙ'দু তাবদা ঙক্কবা ঙমখিদ্রে। নহান নোংমা থীকাগী বিল ফংদ্রি হায়দুনা নীংবা কায়না হল্লকপা নুমিত্তুদা, মাঙ্গোল কাচিন অমদা ঐনা লৈবদু উবদা শাউবং-ঙাইবংননা ঐবু কাওখায়খিবদু। নুমিত্তুমক্তদা মাগী নুপীনা মঙোল্দা ৱাহে'সিমক হায়দুনা চৈখিবনি। অদুগা মানা ঙসি অমুক ...।

অসুম খঞ্জিল্লুবদা শাউনীংবদি লায়বদনা নোকপু নোক্লিংলকই। অদুবু লৈদুনা যেংথোবকপদা মাঙ্গোলদা তাবল্লিবা চুকপ মতেক, চা য়াওদ্রবা কপ্পচিংবদু মথং-মথং উবকপদগী ঐহাক শকফম খংহন হঞ্জিল্লকখি। খল্লকই—"ঐনা ঙ্গান মাঙঙিঙৈ' কনা লাকঅম্বজাৎনো।"

অসুম্মা খঞ্জানবিঙৈ যুম্নুবেম্বীনা ইমুংদগী থোক্লক্লগা হায়বকই--- "তাইঙোদৌনা মমা-মপা ওইবিবা খূদিংনা খল্পবীববদি কযাদ নুংঙাইগবনো। কয়াদ লৈবাক মচা তাপ্পবা ৱা ঙাঙঙম্মিবা।"

মাগী নুপানা অমুক মতেং পাংশিল্লকই— "হৌজিক্তি ভাব তাবেদনা নঙসু। অউনপোৎ নত্তে মানা পাম্মিবদি। ইচাগী থোৎন-মেঙলবা ৱাঙাং, ফজববা লমচৎ অদুতবুনি। নঙনা নশক্তী উৎলম্মগা ফম্বফাও ফম্মমদনা হল্লকখিবদুদা পাখত্তুনা চেল্লকইবনি অহলদু।"

মখোয় অনীগী মচীন্দগী মঙাই নুপাদু মখোয়বু থেমজিনবা লাক্লম্মী হায়বা ঐ খঙলে। ও' কয়াম কুইনা ঙ্গান মাঙলুববনো ঐ অসে।

যূম্নুনুপানা ঐবু কিশিনবা লোইবদুনা মথক-মখা ওন্না য়েংলগা তপ্পা থম্মী। মতৌ'দুদা কাউক্ববা থৌদোক অমা নৌহৌনা নীংশিংলকই। অদুঙৈ, ঐনা যূম্ন অসিদা লাক্লিঙৈ' নোংমা সনা কৈথেলগী মচী অমদা অচৎ-অওক মীয়ামলক্তা তিল্লিঙৈদা মানা ঐবু মথক-মখা ওন্ন-ওন্না য়েংলগা পামজনা লৈদুনা পুবকখিবদো। ও' নুমিত্তুদা পুম্নিনা অসুম্মা ওইবক্কনি হায়বা খল্লুদে।

অসুম্মা খন্ন-খন্না ইশাবু কবি ফীভম ওইবিবগে হাযদুনা হন্থনা য়েংলুই। ঐ স্বাই লাউখি। মিহ্নন অসি পিশক পীকশিনখিবগুমপ্রে। যূম্নুবেম্বীনা লংখাইবীদ্রিঙৈ

ওইবম্বা হকচাংগী ফীভমদু হৌজিক্তি পুমহোং হোংলম্লে। অতেকপা-অতৎপা ইশম-ইনা ময়াম অমা য়ুম্মুনুপানা লৌথোকপিগ্রমালে, হকচাংসি পিশক-পীকশিল্লম্লে। তনিক-তনিক্লকই থৱায মচা অসে। খল্লি— "মথংগী তমথীববা খোঙ্গাও অমদদি ঐগী পুন্সি মমি শামখ্রগনি তাইবং'সিদগী।"

তত্তনা তাইনফম ওইবীববা ঐ অসে ঙসিনা খ্বাইদগী পূক্লিং-হকচাং অনীমক শোম্বববা নুমিৎ হায়বদু ওইবে। ইবাল লৈতনা পংতাইদা হেক্তা তাইনবীবসিগী খল্লুবদা খোঞ্জেল থোক্তনা কপ্লক্লে ঐ।

অসুম্না মীৎ অসি পাঙবা ঙমদনা নুংহীক্লনা কপ্লিঙৈ কনানো অমনা ঐবু খংপায় পাযশিল্লকখি। অদুবু মীৎ পাঙথোক্ত্রিঙৈ' অদুম ভাব তাবে, মদু য়ুম্মুবেম্বীগী চগন্নববা খুৎপায়দুনি হায়বা। ঐনা মীৎ পাঙথোবকপদা, উন্নম্বা ক্বা-দু চগপ-চগপ শাযবদুনা হাযবকখি — "অতৈ লায়বি, ঙাই-শেন লাকঅগা ইমুং-মাঙ্গোলদা থাংঙিবা মিবাং-লৈকাংশিংসি উখিগদ্রা খনবদা ৱাবী শান্নবা মেঞ্জংদ্রে। মসিদুম হান্না শীখখিগে।"

'সি হাযবগা ঐবু চৈশোং অমগী মতোন্দা কিশিনবিবে। অদুগা চাকশঙলোমদা চুমদ্রিং পুশিনবীবক্লে। মতৌ'দুদা য়ুম্মুনুপানা ফম্ন-ফম্না তপ্লপ শোলহৌই— "মথৱায শুদ্রবা, পিশক পীকশিল্লবদুনা লৈকাং অমুক শীখকববদি পুমতেক তেকখ্রনিদো।"

য়ুম্মুবেম্বীনা চিংনদনা খুমদোবকই—

"তেকঅ তেকচবেদনা, অহনব'মা থোক হেক লৈবা লোইবসিদবু!"

---

● *জুলাই ২৩, ১৯৯৫*

# মীগী শম্বল

● "তা-মু পুংকক চাউবা অনীদি ফাজবে। ঙসি নোংমগী চেঙ ব্রানবগী পৈশাদি কোন্নবনি।" বিজয়না মাগী হি-মচা'দুদগী কৃমথবগা অমুদা অমুক মখাতানা হংলকই—

"... ... .... .... ....?"

"ঐগীদি ঙা ফাবদি লায়বদনা লাং ফাওবা লৈবমদ্রে। অদুগা সে-য়েংঙ্বু, চে অসিদা কবি কবিনো ইবম্মীবসে।"

"কদায়দগীনো'সিনা?"

"লাংগী চৈ অদুদা থেংলম্মীবনি। নযাম্বদি লাইবিক ময়েক চত্তবা হায়বদু ওইকবনা পাবা থোক্ত্রে।"

বিজয় পাই। লোলনা অমা ওইবগা ইংবেজী ময়েক্তা ইবিবা ব্রাহৈশিংদু— "তুবেল অসিদগী ঙা ফাবা য়াবোই। মসি ঐখোয়গী লমগী মনুং চল্লি।" বিজয় ঙাইহাক তুমীন লৈবগা মুকম-মুকম শোল্লকই--

"হুঁ মফম মবাঙসু খঙদবা...।"

অমুনা মমীৎ কৃপ্তমখৈ মঙোন্দা য়েংলগা হংলকই— "ইবুংঙো বিজয়, কবম্বা লৃপ্না ইবিবনো হায়বদুদি পল্লক্তববা?"

"পল্লক্তে তা-মু।"

অমুনা মখ্বাং মেৎলগা শোব শাংনা হোম্বগা হাযবকই— "উম-মতমস ফত্তি ফৎত্রেকো।"

"তা-মু মসিদা কবিসু নুংনাংনীংঙাই লৈতেদা। তুবেল'সিদি ঐখোয়' ইবমদ মেপকী মনুং চল্লিবনি। অদুগী মথক্তা চে-সিদা ইবম্মিবসি কবম্বা লৃপ্পনো নৎত্র কনাননো হায়বদু ইবমদবনিনা ঐখোযনা পঙখল খঞ্জল্লুফমসু থোক্তববা খল্ল

অদুই মথক্তা ... ... ... ... ...।" অসুম্না ঙাঙন-ঙাঙনা বিজয লাং কাইবা লোইদুনা অমুগা তুবেলদগী কামীন্নবকখি।

চীংগী খুঙ্গং মচাদুগী খ্বাইদগী অহল ওইবা মীমক নৎত্রবসু খজিক্তং ইব-পাবা হৈবা মীশক হায়ববু চহী মীয়ায় চল্লবা বিজয়তনি। মদুনা মবম ওইবগা ময়াম্না মাগী ব্রা তায়। বিজয় মশামকসু অফবা ব্রা ঙাঙবা মীশক অমা ওইবম্মী।

যুম যৌবে। মাগী চান্নজবা তা-মুগা থোইদোকপা তান্নকবা তৌদনা বিজয়না চে মচেৎ অমদা ইংবেজী ময়েক্তা— "তুবেল'সিদা ঐখোয়দি ঙা ফাখিগনি। তুবেল'সি ঐখোয়' ঈবমদমগী মনুং চল্লি, মেপ য়েংবিয়ু" হায়না ইবগা, অমুক তুবেলদা কৃন্নক্তুনা চৈ অমদা থেৎচিল্লগা অসোম ব্রাংমবোমদা ওন্দুনা ঈশিং ঈয়াযদা থ্ংশিল্লম্মী। অদুগা ইবিবদুগী মখাদা 'খুঞ্জাশিংগী মীহুৎঃ বিজয়' হায়না থাবম্মী।

মথং নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইনি। বিজয়, কবিসু চিংনবা লৈতনা শীংনবা অমগা লোযননা মহৌশা গুম তুবেলদা লাং থাকপা চৎলম্মী। মদুদা, মানা ইদুনা থেৎলম্বা চে-দু লৈবমদবদু উবম্মী।

চিংন-ব্রাখল খন্ন-খন্না বিজয়না লাং থাকপা লোইবদুনা তুবেল লৈবায় অঙম্বদু কাখৎলকপদা খঙহৌদনা শোৎ প্রেক লাউবা মখোল অমা তুংলোমদা তাবকই। লৈথোক্তুনা যেংলুবদা লম্বীগী নাকন্দা লৈবিবা মোংশোঙদুদগী লাম্মীগী ফিজোল শেৎপা, নোংমৈ পাযবা নহা মঙাখক ফন-ফন চোংথোবকপদু উবম্মী। হৎলকই, মখোযগী মবক্তগী মাঙ থাবিবদুনা—

" .. ... .।"

"ইবুংঙোহোয, ঐগীদি যুম-কৈ নাতে চাদবগী মথক্তা, কবি হায়নি, নতৈমা হবগদবা, মাসু ঙমদদুনা লৈহৌবি। হৈবু হৈনগদ্রনে লৈববু?" বিজয়না তপ্পপ হুন্নম্মী।

"..... . ..... ...।" নহা অদুনা মাযথোঙদা খজিক্তং অশাউবা উৎলগা হায়বকই।

"এ' ঐগীসিবু ঈবৈবাক নুংশিদবগী' ব্রাঙাঙনি হাযবা। হুম, মদুম্না হাযগনু ঙুংঙো! ঈবৈবাক্কীদমক্তদি থব্রায় অসি থাদোকপদা মীকুপ অমা চিংনগদবা

নয়াম্বা নত্তে। চুম্না, — য়ূমদা অনাবা লৈবদুদা ইবুংঙোহোয়না লৈবদা হৈনবোইদ্রা হায়দুনা হাযবনি। তঙায়ফদ্রগদি লৈবিয়ু, কৈসু কায়দে। অবৈবা চামীন্নসি, অঙম্বা সেবা তৌজগে।"

'সি হাযবগা বিজয়না মাঙ থাদুনা মখোয় মঙাবু মাগীদা লৈবনবা লমজীংলক্লম্মী। খবা চৎলগা য়ূমসু য়ৌফাৎত্রিঙে লম্বীগী শংথেক থেকচীনবা মফম অমদা সবকাবগী লাম্মী খূৎপু অমা থেংনবম্মী, অমদি অমম্ব'দুদা মায়গৈ অনীনা নোংমৈ কাপ্লবম্মী। মতম ইকান কান্নদনা নহা মঙাদু য়াম্না হৈ-শিংনা অমম্বা মবক্তুদা নাম্থোকখিবম্মী। লাম্মী খূৎপু অদুনা বিজয়বু ফাবম্মী অমদি তমথীনা ফূবম্মী। অদুবু অকোনবদা মবাল লৈতে খঙবদগী চৎপা ঙমদ্রবা মহাকপু থাদোকপীবম্মী। বিজয, য়াম্না ৱানা তুবোয়-ঙাম্লোয়না ময়ূম য়ৌবক্লম্মী।

থৌদোক্তুগী নীনীচনবা নুমিৎকী যাচংবদা নহান থেংনখিবশিংদুগী মবক্তগী বিজয়গা অৱায়-অখুম তৌনখিবা নহাদু য়াওনা, নহা অহুম; লোয়ননা মীযায চল্লবা নুপা অমা; পূন্না, খূৎলাই পায়বা মীওই মবী বিজয়গী য়ূমদা থুংলম্মী। মাগা অৱায-অখূম তৌনখিবা নহাদুনা মীয়ায চল্লবদু মখোয়গী অহলনি হাযদুনা শক্তাক্লম্মী। মকোয়-মবাঙসু চোম্লবা, লাম্মীগী চপ চাবা ফিজেৎ শেৎলিবা, মম্বাঙদা খুগ্রী অমদি নোংমৈ য়েপ্লিবা নুপাদুনা হায়বকই— "ইযাম্বা, ইযাম্বনা, ঐখোযনা মবম ওইবগা খুদোংথীবা নংবীখিবা অদুগীদমক থম্মোযশেংনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকচবি। তাকপীয়ু, কবি মতেং পাংজৌ হাযবগে?"

মতম'দুদা বিজয়দি মাগী নুপীনা অশোকপ'দুদা হী-গা য়ৈবীবি। অদুগা চবাম-চদৎনববা মচা অপিখক অদুনা মখোয়গী'নাক্তা হীপ্তুনা লৈবি।

বিজয়না মোং-হাদনা খুন্নকই— "ঐ ইবুংঙোহোয়দগী থোইদোকপা মতেং পামজদে। অদুবু ৱাফম অমত্তংদি হায়নীংঙি।"

"তাকপীয়ু ইযাম্বা!"

"ঐসু ইবুংঙোহোয়গুম্না লমদমসিদা পোকপনি, লমদম'সিদা চাউবনি। ঐগী থম্মোয়দসু ঈবৈবাক ঈবমদমবু নুংশিবগী ইহুল চেল্লি হায়ব'সিমতং পঙ্গনীংঙি।"

নুপা'দুনা নোকমি-নোকমিমকসু তৌদনা, মায়থোঙদা চীংলেম্না মতৌ উৎলগা মঙক খজিক্তং নোম্লকপদু বিজয়না উখি। অদুগা মাগা অবায়-অখূম তৌনখিবা নহা'দুনা ইকাইবগী শক্লোনদা মায়থোঙ লূকথবম্মী। অতোপ্পা অনী'দুদি শুমাঙ মচীদা লেপ্পুনা মীৎশিং-নাশিংনা লৈবম্মী।

নুপা'দুনা ফূবিৎখাউদগী লুপা চামচৎপী খবা পুথোবক্লগা হায়বকই— "ইতৈমা, সে পায়শীনবীয়ু; যাম্না নত্তে। মসিনা ইয়াম্বগী হিদাক-লাংথক লৈবদা শীজিন্নবীয়ু।" 'সি হায়বগা ফমুং মনাক্তা লৈবা ফান অমগী মথক্তা পৈশাদু থম্মী।

"এ-এ, য়াবে য়াবে! নযাম্না মদু লৌজবোই; ব্রাবৌবীনু! লৌশীনবীয়ু ইবুংঙো!" বিজয়না ফমুংদগী খজিক্তং কাঙখৎলগা হায়বকই।

"পীখিবা পোৎ অমুক হন্না লৌশীনবগী হৈনবী লৈজদে। ব্রাবৌবীনু, ঐখোয অমুক চৎচবগে।" 'সি হায়বগা মখোয খোঙলৈ থুনা চৎখিবম্মী। বিজয় অমদি মাগী নুপী, খুম্না নংহৌদনা, ইক-আক তৌদুনা লৈহৌখি।

মীকুপ খবগী 'তুংদা নুপা অদু মাগী খোঙলোইশিংগা অমুক হল্লক্লম্মী। অদুগা ফিংলপ হায়বকখি বিজযদা—

"ইয়াম্বা, ইযাম্বদা কবিগুম্বা খবা হায়জগে হায়দুনা হল্লকচবনি। ইয়াম্বনা লৈবিবসিগী অকোয়বদা ঐখোয়গী য়েক্লবা য়াম্না লৈবি। মহোয়শিং অসিনা ইযাম্বদা শোযদনা অকন-প্রবীং শীংনবা পাম্মমগনি অমদি পুন্সি তেমশীংনবকপা ফাওবসু য়াই।"

"যাম্না তোয়না থোকইবনি মদুদি।" বিজয়না তপ্পপ খুন্নম্মী।

"ইযাম্বনা মদুদগী ইশা অমদি ইমুং-মনুংবু ঙাকথোকচনবা *(ময়ায ওইবপ শাংবা নোংমৈ অমা উৎলগা)* 'সে! মসিদা নত্তবা ব্রাখল খনবীগনু ইযাম্বা। মসি কবম্না শীজিন্নগদবনো হায়বদুসু ঐ উৎচবমগে।"

বিজযনা হীপ্পম্বদগী যাম্না ব্রানা কাঙখৎলগা হায়বকই— "নত্তে-নত্তে ইবুংঙো, মদু থম্বীবমগনু, পুবীখো।"

মাগী নুপীনসু মতেং পাংশিল্লকখি— "ইবুংঙো! মদু ইবুংঙোহোয়গী থবক্তা শীজিন্নবীয়ু। ব্রাবৌবীনু, থম্বীবমগনু ইবুংঙো।"

নুপা'দুনা ঙাইহাক্তং ব্রাদি ঙাঙদনা মখোয অনীদা য়েংলগা শোব শাংনা হোঙ্বগা হায়বকই—

"ফবে ইয়াম্বা' অদুবু হাযনীংঙিবদি, নোংমৈ পায়বা য়েক্লবা লাকঅগা থাঙ-তেন, শীংজং-যোৎপাক্লদি চৎনবোই। খম্বিয়ু ইযাম্বা।" 'সি হায়বগা অমম্বদুদা অমুক চেনচৎ চৎখিবম্মী।

মতম খবা হৌখ্রবতুং' বিজযগী হকচাংগী ফীতম ফগৎলক্লম্মী। মাগী নুপীনা তুবেলদগী লৌখত্তুনা থম্লবা লাং-দু ঙসি অমুক থাক্লম্মী। তাঞ্জা'দুদা নোংমৈ পাযবা মীওই খবনা অসোম ব্রাংমদগী ব্রাদি ঙাভদনা, ঙা-ফাবা লেপ্তুনা যাম্লা থুনা হনখিনবা ইঙ্গিৎ তৌবক্লম্মী।

"তুবেলদা চে-দা ইদুনা থেৎপনা চৎনবোই। নহোয় খুঙ্গংগী খুঞ্জা পুক্লমব পূং কুনমবীগী মনুংদা চৎখিগদবনি।" লোলদি শেংফাত্তনা মখোয়' মবক্তগী নুপা অমনা অমুক লাউবকখি। বিজয় খুম্লুদে। অদুবু থম্মোয়দা অকনবা শাফ অমনা য়ৈবকখি। লাং থাক্লমদনা হি-দু তুবেল মপান্দা চিংখৎলগা মথূমদা কাবক্লে খল্লি— "কবিগুম্বা নুপী'দুনা লাউবিবদু অশেংবমক ওইববদি ঐখোয় কৈদৌনা তাই?"

খুঙ্গং মচাদুগী মীয়াম পূনফম শঙ হযবা অমা লৈতে। বিজযনা খুঞ্জাশিংদ মাগী য়ূমদা পূনবীবনবা পাউজেঞ্জবম্মী। মাগী নুপাগী মতৌ'দুদা বিজযগী নুপীদ ইপা পাখৎচবম্মী। পম্বা তৌদনা মচাদু পোখৎলি। অদুগা মবী-মতাসু থোকদ খুনগী চিদাইদা লৈবা অহল অমগী 'নাক্তা ওইবক্লিবা ফাভমদু পাউদম্লনবা চেনচং চৎখিবম্মী।

অসোমদা, উচানগী মৈবা থাম্দুনা বিজযগী শুমাঙদা খুঞ্জা নুপাশিং পূল্লম্মা খবনা হায— "মফম'সিদি সবকাবনা মীৎযেং চঙবীদবা মফমনি। মে-যাওজবগী ব্রাতনি। ঐখোয খুঙ্গং'সি থাদোক্তনা চৎখিবনা অফবা ওইগনি খল্লি। খবনা হায— "ঐখোয়না কিবিবসি শিবনি। শিবা হায়বসিদি লেঙদনা লৈববা মহোযনা মহোযগী মবমদম চাউথোকহন্নীংবগী অপাম্বনা ঐখোযগী নীংথম অকাযবা পীর্বদি ঐখোয যাফম থোক্তে।"

বিজয়না হায়বকই—

"য়ূম হোংবদি অবায়বনি। লুবিবদি, ঙমখৈ চিদাই'সিদা ঐখোয নত্তনা কনাসু লৈতে। সহবগী মশেক-মঙাল অমত্তা ফংদ্রবা মফম'সিদদি ঐখোয়না মীগী শম্বল ওইদুনা য়েক্রববু চঙহন্দবা তাই। হেন্দা হেঞ্জিল্লকঅগা থরায় থাবা ফাওবা পাম্মুদবা তাই। মসিদি শ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মনি।"

ময়াম মক লূকথনৈ। অদুদগী, অমা চৎখি, অনী চৎখি, অহুম চৎখি, কাইনথংদা বিজয় মথস্তা ঙায়হৌবম্মী। মহাক মমীত্তা মপি ঈ-বা হৌবরুম্মী অমদি মখূৎ-মশা প্রোক-প্রোক থেক্তুনা মতোমতা ফমদুনা লৈবম্মী।

অমবোমদা, মাগী চান্নজবা তা-মুদি মাগী'নাক্তা অমুক হল্লক্তুনা মাগী তৌফম খঙদবা অব্রাব'দুদা শরুক যাবম্মী। অমুনা হায়বকই—

"বিজয; ময়াম'সিনা চৎনখ্রবসু ঐ লৈবি। অদুগা খুঙ্গং'সিবু নুংশিজবা নহা খবদি নঙ-ঐগী ইতৃং ইনগনি হায়দুনা লৈবি। মহোয়না নাউবী শাহৌবি, নূং খূলহৌবি। কবি কবিনো পোকখাযহনবা য়াবা পোৎলমশিংসু শাহৌবি। অদুগা অমনা, মসিগীদমক, লৈবাক্কী খূৎলাই পায়দুনা লাম্থেংনবিবশিংদা পাউ য়াম্না থুনা পীখিবা তাবনি।"

"তা-মু, মতম্ম লৈবিববা?" বিজয়না অশাংবা নুংশা শোব অমগা লোযননা হায়বকই।

অমুনা হায়বকই—

"চিংনগনু, মহোয়না লানশঙ শাদুনা লৈবম্না য়াবা মফম অনী লৈ। ঐগা লোয়ননা নহা অনীগুম্বা মতীকচাবা খূৎলাই পায়বগা হৌজিকমক অমম্ব'সিদা, অবোনবা লম্বীদা চেন্দুনা পাউ পীরুবগে।"

"কয়াম কুইনা চঙগনি তা-মু?"

"পূং অহুম মঙায।"

"ফবে তা-মু, মায় পাকপীবকউ। অদুগা কনা কনানো তা-মুনা হৌজিক পনবীখিবা নহাশিংদু; মহোয়দু, মহোয-মহোয়গী খূৎলাইশিংদু পুদুনা ঐগী'নাক্তা লাকহনবীয়ু।"

অমু খোঙলৈ থুনা চৎখিবশ্মী।

মীকুপ খবা হৌখ্রে। বিজয় ইমুংদা চঙলক্কুনা ঈশিং থক্লি। চৈবকসিদা, মপান্দা হূই খোংবা মখোল তাবকই। নহাশিংদু লাক্লমালে খন্দুনা মাঙ্গোন্দা থোক্লকই। উচান মৈবাগী মৈঙালদা, কনা কনা লাক্লিবনো হায়দুনা কোইয়েং য়েংলিঙে' খঙহৌদনা য়েন্নখাবোমদগী নোংমৈ পায়বা, ফি-না মমায় তংখায় খুন্না মীওই খবা চেনশীল্লক্লগা বিজয়বু মখোয়গী মখূৎ চনশিল্লশ্মী। অদুগা, লোল খোইবপ তৌনা অমনা হংলকই—

"নঙ বিজয় ওইববা?"

"মানি, ঐনি।" চিংনদনা খুমদোকখি।

অদুদগী মখোয়না মাবু মখূৎ তুংবুন্নবগা, মচীন ফি-না মেনশিল্লগা ফূবা হৌবক্লশ্মী।

তাল্লকসিদা খুনগী অসোম চিদাইদা নোংমৈ কাপ্পগী, বোম পোকখায়বগী অমদি মিপাইদুনা কপ্ল-লাউনবগী খোঞ্জেলসু তাবকখি। লোয়ননা, য়ূম মৈ চাকপগী মৈবীনা অমগ্না অতিযাদুদা ব্লাংনা কাবক্লশ্মী। অমুকসু, থোঙ্গাল্লোমদা অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা মাগী নুপীগী খোঞ্জেল মানবা নুপীগী খোঞ্জেল অমনা মীপাইনা লাউবকপসু তাখি। থংনবা মীকুপ্তা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাখিবগা লোয়ননা নুপী-অঙাংগী খোঞ্জেলদু অমুক তাখিদ্রে।

বিজয়না মায় খজিক্তং লৈথোক্লুবদা মখোয়না মাগী মায়দা কিন্না হঞ্জিন হঞ্জিন থীঞ্জিল্লকখি অমদি খোঙপাক্লা কাও-কাওদুনা তুবেল তোর্ব্বান তান্না পুথবক্লশ্মী। তোর্ব্বান য়ৌববদা মচীন্দগী ফি-দু লৌথোকপীবগা মখোয়গী মবক্তগী অমনা হংলকই—

"তুবেলসি নহোয় লৈবাক্কী মনুং চল্লি, মেপ্তা য়েংঙু হায়দুনা চে-দা ইবগা তুবেলদা থেৎপদু নঙনিকো?"

"মানি, ঐনা থেৎপনি।"

"নঙ য়াম্না খঙববা? লৈবাক নীংবা শাববা?" হায়দুনা খোঙপাক্লা অমদি নোংমৈ মনীংনা মথোঙ-মবম খঙদনা কাওবা-শুবা হৌবক্লশ্মী।

অমনা হংলকই–

"নমা লৈবাক য়াম্না নুংশিববা?"

"নুং-শি।" বিজয়না য়াম্না ৱানা খুল্লকখি।

"নুংশিবদি সেঃ চাবো, মসি নমালৈবক্নি।" হায়দুনা তোর্ব্বানগী লৈঙোয়দু খূবাম অমা বিজয়গী মচীন্দা ইনশিল্লম্মী। শোব হোনবা ৱাবগা লোয়ননা খৌগংনববা বিজয়না 'ঈশিং' হায়বকপদা মখোযগী মবক্তগী অমনা মাগী মমায'দুদা মপান থোকচীল্লম্মী। চৈবকসিদা, মায়পৈ অদোমদা নাকল অমবোমদগী নোংমৈ কাপশীল্লক্লম্মী। মখোয়নসু হন্দুনা ঙাইহাক কাপ্লববতুং' অশোক-অপন য়াওবগা লোয়ননা মখোয কায়দুনা চেন্নখিবম্মী। বিজয়, ঈখেঙ তৈববা হকচাং ওইনা লৈমায়দা তাদুনা লৈহৌই।

অসোমদা, অতোপ্পা খূৎপু অদু নোংমৈ কাপ্ল-কাপ্লা বিজয়গী মনাক যৌশিল্লকখি। মখোয়শিংদু অমু অমদি খুঙ্গংগী নহাশিংগা খোঙবু ওইদুনা মফম'দুদা যৌবকখিবনি। লোয়ননা বিজয়গা হান্না উনখ্রবশিংদুসু মখোয়গী মবক্তা য়াওবক্লম্মী।

অমুনা মাগী উচান মৈবাগা লোয়ননা বিজযগী নাক্তা চেনশীল্লক্তুনা থম্মোয শোক্লা হীক-হীক কপ্লগা হাযবকই—

"বিজয়, নঙগীদমক অথৌ লীচা হেপ্পা মরুপ্লোইশিং লাকএ, হৌগৎলো।"

অমুনা হকচাংদু লেঙলুবদা যাম্না ৱানা অবোইবা নুংশাশোব অমগা লোয়ননা মশক মচু ওল্লবা বিজয়না শোন্থাংনবকই— "য়াইফবসনু ইমালৈবাক্লা।"

---

● অগস্ত, ২০১১

# মৈখৃরক্তগী

● 'গ্রোং-গ্রাং!' কোল্লীক লৈমায়দা হেক-হেক মখোল থোক্লা থাদবগী থৌদৌ অমা হন্দক নোংমা-নীনী'সিদা খংতৌ তৌবকই। নহান মখৈদি অসুম্না তৌগে হায়না তৌবা মানবা শাজৎসি উবমদে, কৈদৌবিবজাৎনো? 'সিগুম্বসি হৈদি ওম্বোক্লা হৈনখিদ্রেদা!

নীমাই, প্রাইভেৎ স্কুল অমদা জোইন তৌবনবা স্কুলদুগী প্রিন্সিপালনা খওহল্লকপদগী থাঙ্গদগী ইম্ফালদা লাকপা ঙসি মঙানি শুবে। প্রিন্সিপাল অদুনা তাকপীবকপা মতুংইন্না স্কুল অদুদা এল. দি. সি. ওইনা থবক পুবিবা মোইবাংগী নীকুঞ্জগা পূন্না মতম খবা মাগী *(নীকুঞ্জগী)* কা অদুদা লৈমিন্নবকপনি।

ইম্ফাল মনুংসি ভাবাগী য়ুমদি অদুম মবৈনে হায়ববু, লৈবদা নুংঙাইগদবা, ঈন্দজফম কা-নচিংবা পূনশিনবা তক-তহেনবদি ঈবৈ লৈতে। মখোন নাইবা উপাক্কী খবা, লৈমায় কুদ্রুক-কদ্রাক লাউবা ফক্লাং হোবা খবা, ব্রাচেৎনা ফক্লাং ওইবা খবা... ... ... ...।

নীমাই, নুপী-অঙাং লৈবে। খুদোংচাববদি মখোয়বু য়ুমদগী পুবক্কদৌবিবনি। মবম অদুনা কা-দু খবা চাউতক তৌবা, অনানবসু ওইবা পাম্মী। অসুম্না ইমুং-মনুং পূন্না লৈবদা চান্নগদবা ভাবাদু থিন-থিনা স্কুলসু কাবা হৌববনি। মবকসিদনি মহাক্লা য়াম্না হৈনশল্লক্ত্রিবসি। নীকুঞ্জগীদা লৈবা হৌবকপগী নীনী-ছুম্লিদি য়াম্না নুংঙাইনা লৈখি। অদুবু ঙসি নোংমা-নীনীসিদি ... ..।

মঙানী শুবা নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইনি। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী কা-দ পৃং অহুম-মবী চূপ্পা তাসকী চে শান্নমখৈ শান্নকবগা মাগী কা-দ হঞ্জিল্লকই নীকুঞ্জ' ব্রা-লান অমত্তা ঙাওদনা চাক থোঙ্গৎকদগী তৌবকপমক্তদা— গ্রোং-গ্রাং!

"ঈশো পৃথমসি ফাওবা চেৎনা পায়বা ঙমশিল্লক্নে!" অমুকসু, অমুক্তা তাদ্রিবা ঈশৈ, সুব কায়না ঙংশিল্লকই। অশাউবা লোৎশিনবা ওইনা শাজিন্নবা ঈশৈ অমা হেক্তা ঙংশিনবা ওইগনি। কুইদে, অমুক ইঙ্গাং চান্নুবগী কোনশাক্তু কাদ্রাং লাউনা থাদবোই-লংথবোই থম্মী। হায়বকই, শোয়হন্নীংদনা শোয়খিবগী মওংদা—

"কৈনোনে! কোল্লীকশিংসিসু পংতাদহেক তাবদনা। ইস! য়াদ্রেদা কোকসিসু, ঙাবী ঙালহৌদ্রেনেসে, উ-মোবোক মেৎপা শানা চানীংবা।"

অমুক মায়থোঙদি মকা শুক্লাম-লামদনা ঈশৈ ঙংঙি, মচীন্দি কাথোক্তনা। অমবোমদা, তাঞ্জাসিদা নীমাইদি তেবল মনাক্তা ফমদুনা মাগী হৈনবী কবি কবিনো খবা পৃক্লিং চঙনা ইদুনা লৈবি। বাবী, শৈবেং, ইবা য়াম্না হৈনৈ। নীকুঞ্জগী মতৌ'দুদা যাম্না তপ্না– 'অসা' খক্তমক হায়খি। মাযথোঙদদি অহোংবা লৈতে। হাইফেত্তং য়েংলন্নগা মথৌদা অমুক পৃক্লিং চঙখি। তশেংনা পৃক্লিং চঙখ্রে হায়বদি লানবসু যাই। অদুম পৃক্লিং চঙশিন্নবা ওইবন্সু য়াই।

নীমাই, স্কুল অদুগী হেদ-ক্লার্ককী পোস্তা লাকপনি। চহী মতাংদসু নীকুঞ্জদগী খবা হনগনি। মশামকীদি কুষ্ঠামঙা শুফাৎত্রি। অদুনা মহাক্তা নীকুঞ্জগা লৈমিন্নবদা থোইদোক্লা চেকশিল্লমদে। হায়বদি– ঈশিং শোকপা, চাক-ইঙ্গাং থোং-থাকপা, কোল্লীক ফেঙবনচিংবা পুম্নমক নীকুঞ্জনা তৌবদুদা নীমাই মতেং পাংশিনগে হায়বগী কয়া খল্লুবা লৈতে। মীথুংলেন অশেংবা অমা ওইনা লৈ। অদুবু ঙসিদি নীমাই খল্লি—

"ঐনা হোৎচীন্দুনা থোংঙে কদায়, থোংদ্রে কদায়, ইতৌ'সিদসু শাউনীংবা তাবনি। পৃন্না লৈমীন্নবগা মীনা লানশিল্লকপদা ঙাইদুনা লৈবা। তেবল মনাক্তা কোক পাযদুনা কোলোম অমগা, চেজেৎ অমগা; চাবমদাইদনা পৃথম অমমম, লাম্বা লামদব্রা, শাউবু শাউদে মচীন্না থোক্লা। ঐ ওইববসু শাউনিংবা তাবনি। ফবু ফমনখ্রে মহাক অসি।"

চাক লোইবে। থিদোক্লে।

"ওজাবু, চানবা তৌবসি; তীলহৌদু খবা শোইবীবকউ।"

"হোয়-হোয়।"

অসুম্না— 'বীবকউ'-'পীবকউ' হায়বা থৌগল্লোনগী ৱাহৈ পক্ল-পক্লদুনা মচা-মচা থৌদাবা কয়াসু য়াওবকই। নীমাইসু অশিংবা মীনি। লোইনা ভাব তাই। অদুবু হবাও-হবাও উক্তুনা নীকুঞ্জনা হায়বদু তৌই। হাউবা হাউতবা পৃখম অমদা পূন্নদি চামীন্নবে। অদুবু অনীগী থস্মোয়নুংদা মৈখূ খুনবি। নীকুঞ্জ খল্লি—

"ঐসিবু ওম্বোক্লা হন্থবগী ফীভমদা তাবে। ইথকথোংনা থবক তৌবা মী ওইববসু ঐনা মাবু 'সুমহাইনসুম সেবা তৌদুনা লৈবসি ... ... ...?"

চাক তোক্লবা মতুংদা নীকুঞ্জ ফমুং' কাখৎখ্রে। তৃমদ্রিববা তৃমখ্রববা হায়বদুদি নীমাইনা খঙদে। মহাকসু পৃক্লিংগী ঈথক পুন্নমক ফাথদুনা শৈবেং অমত্তং ইবা লোইশিন্নবা হোংনবি। অদুবু চবাঙনবা ৱাখল অমনা হেক্তা ফৈজিল্লকই। খল্লি —

"ওম্বোক্লদি হৈনদ্রে ঐ অসে। অদুবু লৈবা তাবনি মতম খবদি।"

অসুম্না খন্ন-খন্না নুমিদাং থেঙজিল্লক্লবদা তৃম্নীংদ্রবসু তৃম্নীংদনা নীমাই ফমুং' কাখৎলক্লে। ফমুংদু মী অনীদি হীপ্পা য়াবা ফমুংনি। অদুবু নীকুঞ্জনা পাক-শন্না তিংথোক্তুনা হীপ্পা মবম্না নীমাই হকচাং চেপথোক্তুনা হীপ্পা তাখি। মদুদা, নীকুঞ্জগী মনীং তমজবদুদা অকায়বা পীকবা নীমাই পামদে। মহাক মতম খবগী মীথুং *(অতিথী)* নি। চাবী, থকই, ৱাহৈ-খোনফম অথীবা হায়বসু লৈতে। মায়গৈ'সোমদা য়েংলুবগা নীমাইনা নীকুঞ্জবু মপৃক্লিংদা থাগৎলি।

নীকুঞ্জগী সাইকল মীয়ায় চল্লবা অমা লৈ। মদুদা মখোয় অনী স্কুল অকা-অকৃম চৎমিন্নে। শুপ্নগী মিনিত কুনমুক্তগী লম্বীনি। হন্দক নোংমা-নীনীসিদা অকাউবা লৈতনা স্কুল কাবমদাই খৃদিং কা-শো লোল্লব'তুংদা হান্নদগী খোঞ্জেল নৌথনা নীকুঞ্জনা হায়—

"ওজা-সাইকল ইম্বোকপীবকও, ঐ খোকঅস্মগে।"

'সি হায়বগা মাগী বেগ মচা অদু য়াল্লদুনা হেক্তা থোকখি। থৌদৌসি পৃখম থাদবা নুমিত্তুগী মথং নুমিত্তগীনি। নীমাইসু অদুম— "হোয়-হোয়" হায়দুনা ইয়া য়াই। মাদি ইফোং-ফোংনা চীন্না থৌদাবসি কয়া ৱাবৌদে। অদুবু ফোংদ

ফোঙদোক্তনা ওমশিন্দুনা থল্লগা পোৎ-চৈদা কবিদা মবোল লোলহ্নবদুদি য়াম্না হৈনদে।

অসুম্না নুমিৎ হুম্নি অমগা হৌম্রে। নীমাইসু হৈনদ্রবসু হৈনফাত্তনা, অতোপ্পা, মাগীতা ওইবা ভাবাগী কা-অমা ফংদ্রিফাওবা মতম খবদি খাঙখিগে খল্লি। নীকুঞ্জসু মচা-মচাদগী হাইফেৎ চাউবপ তৌবা; দুকান্দগী থুম লৈবা, থাউ লৈবনচিংবা কয়া অমসু নীমাইদা থৌগল্লোন্না লৈতেং ওইদুনা হান্না নৌথবিবদুগী মথক্তা মবৈ ফাওবা কোনশীল্লগা "বীবকউ-পীবকউ" হায়বা ল্লাহৈনা লোমদুনা পাউখোন শীবগী পাবা অমসু হাপচিল্লকই। নীমাইসু 'হোয়-হোয়' হায়বদগী হেন্দে। অদুম চত্তুনা মবৈকই।

ঙসি তবানী শুবা নুমিৎকী নুমিদাংল্লাইনি। নীকুঞ্জ মহৌশানা নুমিদাংল্লাইদা হেক-হেক চীকমাঙনৈ। ঙসিসু মহৌশাগুম চীকমাঙনম্রে। নীমাইসু মানা *(নীকুঞ্জনা)* চৎলিবদু কদায়দনো হায়বদু খঙদ্রবসু কবিগীনো হায়বদুদি খঙঙি। মহান'খৈদি পুংখায অমগী মনুংদা শোয়দনা হঞ্জিল্লকপনি। অদুবু ঙসিদি থেঙলে। নীমাই, ঙাইবা ঙমদদুনা চাক থোঙ্গৎলে। ... ... ... লোইবে। ... ... ... নীকুঞ্জবু ঙাইবি। অদুবু অকক্লবা মফমদি খঙদবনা মাবু থিকবদি ঙমদ্রে। কোম্বোঙদা থোক্তুনা অমুক য়েংলুবে। লাকপা উদে। নীমাই, কা-দ হঞ্জিল্লক্তুনা অমুক ঙাইবে। অদুবু নীকুঞ্জদি হল্লকপা কৌবা লৈতে। চাক চখোম মবী-মঙাদং য়োৎশিল্লগা মহাক ফমুংদা চঙখ্রে। খল্লি—

"কদায় তান্না চৎখ্রবনো'? য়ু ঙাওদুনা লম্বীদা তাদুনা লৈবব্রা!" অসুম খন্ন-খন্না মহাক তূমথখ্রে।

অহিং মীকপ থোক্লককপদা মীৎ পাঙথোক্ত্রিঙৈ, হৈনদবা মনম অমা নীমাইগী নাতোন্দা ফাওবকই। মীৎ পাঙথোক্লককপদা নাকন্দা নীকুঞ্জনা ইশি-শিনা শন্দোক্তুনা তন্নম্বদু উবে। নীমাই, নাতোন মেনশিন্দুনা ফক্লাংলোমদা চেপথোকই।

মথং' নুমিৎকী অয়ুক্তু, তূম্বা হৌদ্রিঙৈ নুপা অমনা থোঙদা দ্রং-দ্রং থীল্লে—

"নীকুঞ্জ-নীকুঞ্জ!"

নীমাই তায়, অদুবু নীকুঞ্জদি তাদে। মপান্দগীদুনা হঞ্জিন- হঞ্জিন কৌবকই।

নীকুঞ্জনা মশা ইনম নম্না —"ক-ক-কনা-নোনে অয়ুক ওস্তাসিদা" হায়না য়াওল্লি। হৌগৎকেদি খনদে, অমুক তৃমশীনগে হোৎনৈ।

অমুকসু লাউবকই মপান্দগী—

"হৌজিকফাও' মংবা ফৎত্রিববাও' হেঞ্জিনমল্লিনে ওবাং।"

নীকুঞ্জ ফৃক হৌগৎলি, খোঞ্জেলদু খঙলমালে। মপান্দা লৈরিবা নুপাদু নীমাই লৈ হায়বা খঙদবদগী ঙাঙলকপনি। থোঙ শৎ হাংদোকই নীকুঞ্জনা। মাগী নুমিদাং অথেঙবদা পূনবা মরুপ বোয়াই ওইবস্মী।

"অস! 'সুক থেঙনা য়াহৌবা। থেঙঙে, লোইশিল্লু। চাবা লোইবগা শৎ হঞ্জখো। পূন্না চামীন্ননীংদুনা তৌবনি।"

"ইসে! ঐ য়াওববোইদা' স্কুল তাইমিং কায়বা য়াদেনে।"

ইমুংদা চঙলক্কে। দাডীদা ৰাবী শানৈ। —"ঐ' বাইক য়াওবকই, হোবেন থিনবীবকউ হায়বসু থিল্লক্কেসে।"

অসুম্না হায়বকপদগী নীকুঞ্জদু ইক-আক তৌবদুনা চৎপদা তাবমালে। হায়বকই, ইমুংলোমদা ওনশিল্লদুনা—

"ওজা-কমাই তৌশিগে?"

নীমাই, হীপ্লন্বদগী হৌগৎলি। খুন্নকই ইতপ তপ্না—

"মদু ওজাগী ৰানি, ঐনা হায়বা ঙমজদ্রে।" 'সি হায়বগা মখোয় অনী নোকমীন্নবে। বোয়াই ইঙক ঙক্লা যেংশিল্লকই কা-মনুংদা।

হংলকই— "ওজা'সিনা কনা?"

"থাঙ্গদগীনি। 'খোয় স্কুলদা নৌনা জোইন তৌববা ওজানি।"

"গুদ মোর্নীং ওজা!" বোয়াইনা নীমাইদা হৌন-লোনচৎ উৎলকই। চঙলক্কুনা ফমুংদা ফমথবৈ।

মচীন-ময়া শেংবা লোইবগা মফি-মবোল শেৎন-শেৎনা নীকুঞ্জনা হায়বকই—

"ওজা - কৈনোমতং হায়নীংগ্রেদা!"

"কৈ হায়গেগে?"

"ঐ' খোঙউপসি য়োম্লী থাদ্রদি য়াববোই, ওজাইসি অমুক্তা...।"

"ও- অদুগীবা। চাবরা হান্না য়েংবিয়ু। য়াবগা হেক তোংখো কৈদৌগে।"

খবা চিল্লপ তৌববসু নমদুনা তোংশিল্লি।

"এঃ চপ-চাবা হায়দুনি' ওজাগা ঐগসে খোঙদাসু হাইফেৎ মান্নগুম তৌইদা।"

অদুদগী নোক্লগা মখা তাবকই—

"ব্লাবৌ'য়াদে ওজা' ঙবাংগী কোল্লীক অমাংবশিংসি ফেঙঙমদ্রে। ওজানা ইশাগীনি খন্না খবা ব্লাবীতাবে ঙসিদি। অদুগা ওজা, ঙাবী চানীংঙগনা থোঙ্গালদা ফন্মীবা দুকান মচা'সিদগী ঐগী মিংদা শোৎপীবন্মু, অদুম য়ানি। ঐ স্কুল চৎপা নংনবা হল্লক্কনি। ওজা হান্না চৎকে হায়বসু সাইকলদা হেক চৎপীবন্মু।" 'সি হায়বগা চৎখ্রে। নীমাই খলহৌই——

"তাইবংপানসি মী মখল শুনা লৈবজাৎনিকো।"

অনী অদুনা খজিক্তং লাপথোকখ্রগা মুক্কম-মুক্কম ঙাঙনখিবদু নীমাইনা থোঙজিন মপান্দগী তাহৌই——

"কমাই তৌগে নুপা'সিবু? চীঞ্জাক তিন্নদববো?"

"অস' ওন্ন-তৈনৈদা, লৈমিন্নদবা য়াদবৈ মতম খবা লৈমিন্নবাইদুনি।"

অতৈসু ঙাঙখি। অদুবু মদুশিংদু মখোল মযেক শেংনা তাবা ফংখিদ্রে।

নীমাই ওমচাক্লে। ইনুং নুংঙাইতে মথম্মোয়দা। অদুবু ওমশিল্লি। চাক-ঈশিং চাববা 'তুংদা মহাক মাগী অয়ুক-নুমিদাং তোংনবিবা প্লাস্তিক্কি সেন্দল অদু তোংদুনা স্কুল কাবে ঙসিদি। মাগা শকখঙনবা মমান্নবা অমগা পূন্না কোয়থী থিমিন্নদুনা মাগী ভাবাগী কা-সু ফংলে। মহাক্না হল্লকপদা নুমিদাংব্লাই পূং মঙা নখায়বোম তাবে। হয়েংদি মাগী মমান্নবদু অয়ুক মাগী 'নাক্তা লাক্লগা অনৌবা ভাবাগী য়ুম'দুদা চঙমিন্নকগদৌবিবনি।

নীমাইনা থেংলপ হল্লক্লবফাও' নীকুঞ্জদি হল্লকলম্বগী ইঙ্গিৎ ফংদে। স্কুলদসু লাকখিদে। কা-গী শো-বুদি ঙসি নীমাইনা পায়বনি। শোজৈসু অমখক্তনি। শো চাংঙি।

নীমাইনা মফি-মবোল হোংগে তৌবদা থংনবা কা-দ খোঞ্জেল ফাইবগ্না ঙাঙলকপা তাবকই——

"নহোয়না খঙঙোইনে ভায়! ঐখোয়দি কখোকপদা দাতা কর্ণকাইদুনি। দাণ-ধর্ম্মদা হালেংদবা, মীবু পেলহনবা ...উম! ভাব তাইকো নহোয়।"

অমনা খুম্লকই-- "কনাদা দাণ তৌকবগে ভায়বু? কনাবুনো পেলহনবীকবিবদুবু?"

"লৈ।"

অমনা অমুক নোংশিল্লকই——

"অদু কনানো হায়বনি ভায় নঙবু?"

"ঐগা লৈমীন্নবিসি খঙদ্রাও! কা ফংদ্রিবা ওজাসি। চাব-থকপা ওল ইভ্রিথিং ঐনা সেবা ফংজবিবসিদি। কোল্লীক ঐনা ফেংঙি, মানা চাবদা। খবচ ঐনা তৌই, পৈশা ঐনা তিংঙি। কা-সিদগী খবথুনা চৎনবসু মশানা হোৎনদে। সে- 'সিবু দাণ-ধর্ম্ম তৌবা কৌবোইদ্রাও! অদুই মথক্তা চীঞ্জাকসু তিন্নদবা। অমুকসু ওজাহল শাদুনা তেবল মনাক্তা মীক মান্না লৈবা। 'সিগুম্বা মীসিবু নহোয় লৈমিন্নব হৈনগদ্রাও। হুঁ- মৈখূ মবক্তা লৈবিবনিনে চেনবা য়াদদুনা খঙঙব্রা। নহোয়' খল্লম্ব য়াই, নীকুঞ্জসি মবক মবক্তা ঈশৈ ঙংঙি মোন্দা নুংঙাইবমগনিকাইনা। নো-নো মদু নহোয়গী মিসকপেপনি। নীকুঞ্জদি মৈখূবক্তা হিংলিবনি কো-কো।"

অদুদগী মহী থকপগী মখোলগা লোয়ননা লীক্লি গিলাসকী ক্রেক-ক্রাক লাউবা খোঞ্জেলনা মখা শমথখি।

ব্রাহ্নে অমা ফাওবা চীথদনা নীমাই তাবা ফংঙি। মহাক্না কা'-শো হাংবদ্ মখোয় কনা অমত্তা তাহৌবমদবা ওইবম্বসু য়াই। অতৈনা তাবম্বা থোক্লবসু নীকুঞ্জদি তশেংনা তাখিদমালে। অদুনা নীমাইগী ব্রা ঙাঙবনি।

মখোয়শিংদু ফনা কুইনা তাইবংপান পৃম্বগী ব্রাবী ফাক্তোক্তুনা অব্রায অখূমগা লোয়ননা মখা তানা থক- চাখি। পৃম্মম মন্ন'কান্দতা ময়ামদু কাযনবে নীকুঞ্জসু মাগী কা-দ চঙলক্রে। শেম শাদুনা ঙাঙলকখি——

"ওজা হল্লকঅম্মে, কয়াম কুইবে ওজা?"

নীমাই খুন্নীংদনা খুম্মী—

"কুইবে"! লেপ্লম্বদগী চৌক্রিদা তপ্পা ফমথে নীমাই।

"ওজা- চাক লাম্মম্মনি"। 'সি হায়দুনা চাক থোঙ্গৎকদগী তৌবকই নীকুঞ্জনা।

নীমাইনা— "ঐদি ইলাম লামদে, ওজাগীদা থোংবীবো।"

"কৈ ব্রানোদ ওজাবু! কবি কবি চাশিল্লকঅগে?"

"কৈসু চাবক্তে,'সুম লাম্বা ফাওদবনি; পোত্থাবগে।"

'সি হায়বগা ফমুংদা চঙশ্রে নীমাই। অদুবু নীকুঞ্জনা অমুক শমথবকই—

"ওজানা মীথুংনি, মীথুংনা চাদ্রগা য়ৃম্বু ঐনা চাকগদ্রা? ঐসু চবা হেল্লগে।"

'সি হায়বগা মহাকসু তৃম্বা চঙলক্লে। মনম্মা হুং লাউই। নীমাই, ফক্লাংলোমদা লেথোক্লগা মনাতোন মেন্দুনা খাওঙি। নীকুঞ্জদু উন-ব্রাইমুক চীক্লা উতৃপ তাবগুম লেঙদনা হীপ্পী। অমবোমদা, নীমাইদি ব্রাখলগী ঈপাক্তা ঈবাক্লবি। খল্লি— "হয়েং মকপ্তু ঐবু উন্নবা মফমসিদা লাকঅবসু লাক্লবসু ঐদি চত্তবা য়াদ্রে।" অসুম্না, ম্মা ব্রানা তৃম্বোই তৃমদবোই নীমাই অহিংদু লেল্লে।

নোং ঙানবগা ওন্না হৌগত্তুনা মচীন-ময়া শেংদোকই। নীকুঞ্জসু নুমিদাং চবা হেনখিবগী লান্নববা কবিনো নহান'খৈদগী ওন্না হৌগত্তুনা মচীন-ময়া শেংলগা চাক থোংগৎলি। ব্রাদি ঙাঙনদ্রি।

নীমাই, মফি-মবোল তনশেং শেৎচীল্লি। মতৌ'দু উবদা নীকুঞ্জনা—

"ওজাবু কদায় চৎলুগে হায়বনো'? নুংদাংসু চাক চাদ্রে, চাবগা চৎলুনা।" 'সি হায়বগা ঈশিং শোকউনবা বালতিন অমা পায়বগা থোকখি। থোঙজিন কাম্বোক্লগা ওনশিন্দুনা অমুক হায়বকই—

"ওজা- অহুন্নক কামহল্লগা থাংথবীবম্মু। ঐ লাকঅগা ইঙ্খাং থোংনবা তৌগে। ঙসিদি কৌতা-ঙা চাসি ওজা।"

নীমাই, মায়থোঙদা নোকমি-নোকমিদি উৎলি। নীকুঞ্জদি কবিসু ইঙ্গিৎ খণ্ডদে। নীমাই, মাগী বেগ অদুদা মপোৎ-মচৈ হাপচীনবা লোইবে। কুক্কবদু অহুন্নক কামহল্লবা 'তুংদা থাংথদুনা থম্লে।

চৈবকসিদা, মতাং চানা মাগী মব্দগুসু লাক্লে। হায়বকই—

"লোইশিল্লব্রা? চৎলসি অদুদি। চাক্তি আদ চাকববসি।"

তাঙ্গাসিদা নীকুঞ্জসু ঈশিং বালতিন'দুমগা কা মনুংদা চঙলকই। নীমাই মাগী বেগতু পায়খৎলি। মতৌ'দুদা নীকুঞ্জ, ইঙক-ঙকই। হংলকই—

"কদায় চত্তোইনো ওজা?" লাক্লিবা মীনৌ'দুদমুক য়েংঙি।

নীমাইনা নোকমি-নোকমি চীংলেম্মা খুন্নকই—

"ঝাবৌবীবা য়াদে! ওজাবু ঐনা য়াম্না ঝাহনখ্রে। মসিগীদমক ঙাকপীগনি। ওজাবুদি পুক্নিসিমা কাউবা ঙম্মবোই। ওম্বোক্লা নুংঙাইনা মতম খবসি লৈমিন্নখি। অদুবু, ঙসিদি ঐগী ভাবাগী কা ফংজবে।" অদুদগী নোকশিন্নদুনা মখা তাবকই—

"ওজা- ঝাখলগী মৈখৃবক্তা লৈবা হায়বসিসু নুংদি নুংঙাইতবজাৎনিকো।" নীকুঞ্জ ভাব তাদে, লম্মাংনৈ।

"স্কুলদা উন্নসি ওজা, ঐ চৎচবে!"

'সি হায়দুনা নীমাই, মাগী মব্দগুগা পূন্না কা-দুদগী থোক্লক্লে। অদুব থোঙজিন ঝাংমদগী অমুক ওনশিন্দুনা হায়বম্মী—

"চাক্তু ওজানা তাকপীবা মতুংইন্না অহন্নক কান্নব'তুংদা থাংথদুনা থমজবম্মবনি।"

নীকুঞ্জ লকক লকক্লা খুমহৌই—"হোয়-হোয়!"

---

● সেপ্তেম্বর ৩, ২০০৪

# ইওন ওন্নৈ

## (১)

● "...............!"

"অদুগা সোমগী চহীদি ?"

"মেদাম, নিফ্ তবেৎ! ইচীনসিনা হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়বসি ইকাইজবিবনি।"

"ও-ও হায়খ্রেকো! অদুবু মসিদা ইকাইনীংঙাই কবিসু লৈতেদা। অমবোমদা, সোমগী চহী মতাং অমদি হকচাংদা উৎলিবা অহোংবগী মতাংদদি ঐনা পঙ্খ্রিবদুনি। অদুবু লাইবক য়েংবা য়াই, মীওইবা হায়বসি তম্বা ওম্বা নত্তে।"

"মেদাম!" খোঞ্জেল ফাইবপ তৌখি ইবেতোম্বী।

ডাক্তবনা, মাগী থব্বায় রাজবিবা মতৌদু উবদুনা অমুক হায়বকই——

"তৌবগীবুদি ডাক্তবখোয়না হায়জবিবসিসু পূমচুম্মক চুম্মগনি হায়বমক্তি লৈতেদা। লাই খুকস্বীয়ু। অদু সোমগীসে হান্নসু অনীবক কায়দুনা চৎখ্রে হায়বনিনা ব্লদ তেস্ত তৌদুনা হোর্মোন্নচিংবদা কবি অশোয়বা লৈগে হায়বদু খঙদোকপা অমদি চঙঙি। হিদাকসু বিপোর্ত ফংঙকান্দা চাবনা চুমগনি।"

খিঙ্গৎলম্বা নুংশাশোব খংহোন হোম্বুবকই ইবেতোম্বী। হংলকই ——

"মেদাম- শেলদি কয়াম্মুক্তা...?"

"লেবসিদা চঙঙগা অমুক্তং হংবিয়ু।" ডাক্তবনা মাগী কা-গ পূল্লিবা, মনুংলোমদা লৈবিবা চাংয়েংফম কা-দুদা মখূৎ থিল্লদুনা হায়বকই।

ইবেতোম্বী, ডাক্তবদা অনা-লাইয়েংমন পৈশাদু পীবম্লগা কা-দুদা চঙশিনখি।

অসোমদা, মপান্দা ফানশাং অমদা শ্যাম ফল্লি। মনাক্তা অনাবা য়েংবা লাকপা মৌনহা অমসু ফল্লি। খবা লাপুক্তা থাবিবা চৌক্রিশিংদা ময়াম অমসু

কৌশিল্লকপা ঙাইবা ওইনা তি. ভি. য়েংদুনা ফম্লবি। ঙাইহাক মতুংদা ইবেতোম্বীসু থোক্লক্লে। শ্যাম্না মাবু উবদা খোয়বাংনা হংলকই— “কবি হায়বকই?”

ইবেতোম্বীনা তপ্লপ খুম্লকই— “ঈ তেস্ত তৌনবা হায়বকই।”

’সি হায়বগা চে-চাংদু শ্যামদা পীশিল্লি।

“পৈশাদি কয়াম্মুক চঙ’নি হায়গে?” মমীৎ কৃপ্তে শ্যাম, ময়া কাদুনা পাউখুম ঙাই।

“লিশীং অনীগা চামঙা মর্ফৃতবা চঙনি হায়।” মবাযবক হোৎল-হোৎলদুনা শ্যামগী মনাক্তা ফমথবকই।

মনাক্তগী মৌনহা’দুনা হংলকই—

“ইচেগীসি হান্না মিসকেবিয়েস ওইখিববা?”

“উম!” ইকাইবগ খুম্মী।

“ও! অদুদি হোর্মোন এসে তেস্ত, থাইব্যোইদ ফঙ্কসন তেস্তকাইদু ওইবম্লি. শেল চঙবনি। অদুই মথক্তা মহোয়গীসিদি ইন্তর্নেতকী খৃথাংদা মুম্বাইদগী বিপো ং লৌবনি। ঐগীসু হান্না তৌখ্রে’সিদা।”

ইবেতোম্বী মৌনহাদুদা মীৎ কৃপ্তনা য়েংলগা ‘উম-উম’ হায়দুনা মঙক নোম্মী। মহাক ব্রাহং অমা হংনীংঙি। অদুবু পাউখুম্বীগদৌবিবীদুদি মাগী মিং কৌবকপা মতাং থোক্তুনা ডাক্তবগী চেম্বরদা চঙখ্রে। অমবোমদা মাগী লেঙঙ৺ শাঙমদবা মতৌ অদুনদি হংনীংলিবা ব্রাহংদুগী পাউখুমদু পীবম্মী—

“ঐহাক হৌজিক্তি কান্নবা ফংলবীনি” হাযনা।

মতৈ-মনাওদু ভাব তামিন্নৈ, মঙক নোম্মীন্নৈ।

অমবোমদা ডাক্তবগী পাউতাক্তা থাইব্যোইদকী তি-থ্রী, তি-ফোব, তি এস-ঐচ, আই-জি-জি অমসুং আই-জি-এম এন্তিবোদিশিং তেস্ত তৌনবা ইবম্মী। শ্যাম, ইবিবদু কবিনো খঙদ্রবসু পৈশাগী খল্লুবদা নুংশাশোব শাংবা হোম্বুবকই। ইবেতোম্বীনা মাগী মনাক্তা খবগা হোৎচিন্দুনা ফন্নগা মনাকোংদা কবিনো অমা তপ্লপ হংঙি। মখৃত্তা শিবিবা সনা খৃদোপ্পুসু উৎলি। শ্যাম, য়ানিংবগা মওংদা মঙক নোম্মী। পচ্ছুদে, মখোয় অনী সনা শৃফম অমদা লাক্লে।

(২)

"............।"

"য়োনবীগে হায়বগদি লিশীং অমগা চামঙাদা থাবীবা তাবে। খুদোপসিগী অৰূম্বগা চাননা হায়জববনি।" মতৈ-মনাওদু মায়গা মায়গা ওনশিন্নখিবা খঙহৌদে।

"ফনি, য়াজবে" ইবেতোম্বীনা খুম্লকই।

পৈশাদু লৌবগা মখোয়'নী অমুক থোক্লক্রে। চৎন-চৎনা ইবেতোম্বীনা হংলকই—

"লিশীং অমগা মর্ফৃতবা ৱাৎলি অমুক, কমদৌসিগে?"

"মাঙদা লৈবিবা মৰূপ চাউভলগী লাইবিক য়োনফমসিদা অমুক্তং চঙঙুখিসি।"

শ্যাম্মা মাঙ থাদুনা চঙশিনখি। ইবেতোম্বীদি খবা লাপ্লপ উখোং অমদা লেপ্তুনা লৈহৌই। শ্যাম্মা চাউভলগা ৱাবী শান্নে। লুপা চামাপনখক পীবক্লবদা শ্যাম প্রপ-প্রপ থোক্লক্রে। খোঙকাপ খবদং চৎলবকান্দা ইবেতোম্বীনা হংলকই—

"শুবত্রা পৈশাবু?"

শ্যাম্মা মকোক হোৎলগা হাযবকই—

"চাম মর্ফৃতবা ৱাৎলি, চনী হায়দুনি। থিক'তাবনি অমুক।"

ইবেতোম্বীনা মাযথোঙ মকশীল্লগা মুৰূম-মুৰূম শোল্লকই—

"পৈশা পাযজদবা ঐখোয়দদি 'সিগুম্বা লাইয়েংসিনা কয়াদ ৱাহল্লবনো।"

শ্যাম্মা মাগী ফৃবিৎখাউদা হূমজীল্লগা নোক্রদুনা হাযবকই—

"হোবেন হনবগী বিস্কো ভাবা ফাও'দি য়াওবম্মীহে।"

চপ লেপ্তুনা মীকুপ অমত্তং খল্লগা অমুক মখা তাবকই—

"উম শোয়বোইদবা উপাই অমদি লৈবে।" 'সি হায়বগা মাগী খৃদাং ২.টাদু লৌথোক্লগা কমালনা নাল্ল-নাল্লদুনা অনকপদা লৈবা ঘড়ী শেম্ফম অমদা য়ৌবক্লে।

(৩)

"... ... ... ... ...!"

"ঘড়ীগী ব্বাদি অফবা জাৎকীনি। ইনাওনসু হেন্না খঙবীবস্মনি। লৈবসু ইকুই কুইদ্রিবনি। উপাই লৈমন্দবদগী ঐসু ...।"

"ঐগীদি চনী ফাওবা হুঞ্জপ্রে' চহুম য়াম্খেদুদি কনানসু লৈগে হায়বোই। অতোপ্পদা য়েংবিকগে হাযবসু য়েংবিকচো।"

"কদায়-পীবকও!" শ্যাম্না ঘডীদু লৌবগা মতে-মনাও খোঙকাপ খবদং চখোবক্লগা মীৎনা ইঙ্গিৎ উৎনৈ। শ্যাম অমুক হোৎচীল্লকই—

"য়াম্খেদুদংদি হাপ্পীবোসে।" পীশিল্লি অমুক।

"ঙমজদ্রে, ব্বাবৌবীনু।"

লুপা চনীদু লৌবগা মখোয়'নী অমুক ক্লিনীক্তুদা লাক্তুনা তেস্ত তৌনবা ঈদু পীবে। হায়বকই ডাক্তবনা—

"নুমিৎ হুম্নি মতুংদা বিপোর্ত লৌবা লাকপীয়ু।"

মখোয় অনী য়ূমদা হল্লক্লে। অদুবু শ্যামগী ব্বাখলদি পোথাবা ইফং ফংলমদে। খল্লি—

"হয়েং বিপোর্ত ফংল'কান্দনা হিদাক লৈনবগী পৈশা অমুক লৌগে কমদৌসিগে।"

ইবেতোম্বীসু মপুবোইবনা ফোঙঙমদনা ব্বাজবিবদু খঙঙি। মপৃক্লিংদা ব্বাজৈ অঙাং অমত্তা মমীত্তা উবা ফংলবোইদ্রা হায়না। অমবোমদা, শ্যাম মাগী নুপীগ 'মাঙদা অব্বাবা শকফমদুদি উৎনীংদে। মচাগীবু ওইবো, পৈশাগীবু ওইবো।

(৪)

মথং' নুমিত্তা ওফিস্তা—

"সাব, ঐগী তোলোপ্তু ঙসিসি লৌজবা য়াগদ্রা?"

"তাং অহুম ঙাইবা ঙমদ্রববো। মঙানিদা ঙায়বেনে।"

"তঙায়ফদবা মতাং থোক্তুনা হায়জববনি সাব, য়াবগদি...।"

"হোয়-য়েংশি। অদো সে,-ফাইলসি হেদ-ক্লার্ককি তেবলদা হান্না অমুক্তা থম্মুখো।"

"ফনি সাব!" শ্যাম হবাও-হবাও ফাইলদু পায়বদুনা থোকখি। অদুবু ভাইহাক মতুংদা মুকম-মুকম শোন্দুনা হঞ্জিল্লকই—

"ওফিস'সিদা পিয়ন ওইদুনা লৈবসি তন্দি তল্লবজাৎনি। চৌকিদাবগীসু, মালিগীসু লোইনা ইথক্তা হৈথবনিনা ঐসু কবিগুম্বা কান্দ হোবৎলি। মিবাং মতৎ অমা থুবগীসু, খম্মী অমা চৌক্রিদা নপ্লম্বগীসু ঐঙোন্দা হেক্তা তাইনৈ। থবকসি ওম্হোক্রদুনা শূনববদি ভাব-হেক তানগদবনি।"

হেদক্লার্কনা কবিনো খবা শ্যামদা ভাঙখিবদু তাহৌববা মেনেজবনা তপ্লপ য়্যবকই --

"শাউকনুদা, ঐসু খঙঙি, নতোমতনা মী অনী-অহুমগী থবক শূবসি মরার্বানি হায়বসি। মথং' থাদগীদি নঙগীদমক অহেনবা শেনফম খবসু পীনবা খোৎনবগনি।"

"সি হাযবগা মাগী থাগী তোলোপ লুপা লিশীং অমা মখায়দু পীবম্মী।

## (৫)

ডাক্তবনা হায়বকপা মতুংইন্না হৃম্নি মতুংদা ক্লিনীক্তদগী ব্লদ তেস্তকি বিপোর্ট্ত লৌবে। লুপা চাতব্দক নিফৃমুক্কি হিদাকি প্রিসক্রিপসন অমসু ইবক্লে। হিদাকশিংদু লেবগা শ্যাম পম্বুদনা য়ুমদা হল্লক্লম্মী।

হীপফম কা-দা লৈবিবা তেবলদা হিদাক ময়োমদু থল্লগা শ্যাম, ফমুংদা লোংনা হীপথবম্মী। নুংশাশোব শাংনা হোম্বুবগা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈবিঙৈ' ইবেতোম্বীনা চা পুশিল্লকই—

"য়াম্না ব্লাববরা?" খোঞ্জেল মেংলপ হায়বকই।

শ্যাম হৌগত্তুনা ফম্মী। চা-দু লৌবগা হায়বকই—

"হৌজিক্তদা লাংতক্লবম্বা ব্লাখলদু তংদু লৈতাবা ফংঙি। ঐনা হায়গদবদি হিদাকশিংসি মতম চানা চাবা, হকচাং ফহনবা, অদুগা ঈশ্বরদা ঐখোযনা থাজবিবদু থুংহনবিয়ু হায়না নিজবা।"

"মদুমক্লি ঐনা খঙ্গবিবসু।"

ঙাইহাক তুমীন লৈনকববতুং' ইবেতোম্বীনা হিদাক ময়োমদু পায়বগা হংলকই—

"লুপা কয়ামৃক্কি হিদাক্লো'সিদি?"

শ্যাম্না লায়থোক্লা খুম্নকই—

"য়ামদেদা চাতকককমুক্তগীনি।"

ইবেতোম্বীনা পৈশাগী মতাংদা লুশিন্না খঞ্জিনখিদনবা শং অমুক হায়জিল্লকই—

"চৎলো, চা থক্লিঙে' ঈশিং গিলাস অমত্তং হান্না থক্কে।"

'সি হায়বগা ঈশৈ ঙংশিন্নবকই। সুবদি ইতাহেক তাবা ঙমজদে।

ইবেতোম্বীনা ঈশিং পুথোবক্তুনা পী। শ্যাম্না ঈশিংদু থকপা হেক লোইবগা ইবেতোম্বীনা মায়থোঙদি মকা লামদনা নোকমি-নোকমি তৌশিন্নবদুনা হায়বকই—

"ঐগী নানম্নীসি থামুক্তং বন্ধান থন্মসিবা?"

শ্যাম্না চা চিংন-চিংনা খুম্নকই—

"কবিগীনো! ঐগী তোলোপসিনা কোন্নদ্রে সিবা?"

"মীগী শেল তোনবসি য়াম্না ইকাইজে ঐদি।"

"নঙগীসি মক্তপ চাউভলদগী পৃখিবা শেলদুগী মতাংলা?"

"হোয়! ঙসাই বোজেন হায়ববা গোজেন হায়ববা মচানুপা য়াইমদু শেল থৌবা লাকঅম্মী। ঐনা খুমফম খঙদদুনা হয়েং অয়ুক লাকউনা হায়দোকখ্রে। অদু কমদৌসি হায়বনো?"

শ্যাম্না মমীৎ লাওথোক্তুনা হায়বকই—

"ঐ লৈবি, ঐনা থোকপা তৌনি। ঐঙোন্দা থঙজিল্লু হায়বেদনা।" শ্যাম্না চা-দু অমুক্তদা লোইনা থকচীল্লগা মকোক হোৎল-হোৎলদুনা মপান্দা থোকখি।

(৬)

থা অমা মতুংগী ৱানি। নোংমা নুমিদাং অমা ইবেতোম্বীনা চাক থোংলিঙৈ' শ্যাম চঙলক্লুনা খাংদগী অতাউবা ঙা-দু মতূম অমা লৌখৎলগা চান-চানা হায়বকই—

"নঙ পাউ অমা তাবব্রা?"

"কবি পাউ?"

"মখা লৈকাইগী লিলাবতী মচানুপা অমা পোকএ।"

"অশেংববো! কনাদৈ তাবকপা পাউনো?" ইবেতোম্বীনা মমীৎ-মনা চপ য়ুংখৎলদুনা খুল্লকই।

"ঐ, চাউভলহোয়দা লুপা চামঙাদং হান্না শিংদোকপা চঙভুবনি, মদুদা তাবকপনি।"

"ও! মীওইবগী লাইবক তম্বা ঙমদেকো। মায় নুপাদুনদি, মাবু, অঙাং পোক্কে, খাইনবনি, অতোপ্পা নুপী'মা থিবনিকা হায়নবা নহানৱাইদি তাকববনি।"

শ্যাম্মা খজিক্তং থৈদোক্লগা খুল্লকই—

"অতৈ লায়বি, নঙগী চাক থোং'য়াদবীদু কবমকান্দ অমুক থোকই।"

"মবীনিতা ঙায়বে খঙগদবা।"

শ্যাম্মা ফাগী-ফাবাঙ ওইনা হায়দোবকই—

"হন্দক্তি ঐ মায় পাকপগী মঙনিকো মঙঙিসে।"

ইবেতোম্বীনা নোকমি-নোকমি খুল্লকই—"লাই খুকম্বীয়ু, নঙ-ঐনা তম্বা ঙম্বা নত্তে।" মচীন্দা অসুম্না ঙাঙজববসু মপৃক্লিংদা হন্দক্কি'সিমদি শোয়ববোই খঞ্জে।

(৭)

নুমিৎ মঙা-তব্দাক্লি হৌখ্রব'তুং, ঙসিগী অয়ুকসিদি ইবেতোম্বীগী মায়থোঙদা শাংতক্লবগী মমি তাই। শ্যাম, শুমাঙদা মাগী সাইকলদু ফদি'মনা ফৎ-ফৎ কনথোক্লি। অদুবু খল্লি—

"ওফিস্তগী হোবেন হল্লকপদদি চেঙ ব্রাল্লকপা তাই, চাক থোংনবা গ্যাসসু লোইখ্রে, পৈশাসু তেংঙে। তোলোপ ফংগদবা নুমিৎসু ব্রাৎলি। তাবিক য়ৌদ্রিঙে' লৌবসু ইকাইবে হন্দক্তি।"

শ্যাম, অসুম খঞ্জিল্লুবদা মখূৎ অনী চঙদুনা মকোক হোৎলকই। তাঙ্গাসিদা ইবেতোম্বী, মোং হাদনা ইমুংদগী থোক্লত্তুনা শ্যামগী মনাক্তা লেপ্লরে। হান্নসু অসুম্না চাক থোংবা য়াবক্তবা নুমিত্তা মাগী মনাক্তা উংদুনা লেপকল্লি। অদুবু ঙসিগীসিদি মায়থোঙদা নুংঙাইবগী মমি তাবগুম উই। শ্যাম, ইবেতোম্বীদা ওনশিন্দুনা য়েংলুদে, নীংবা কায়খি। অদুবু নুপা অমা ওইনা মাগী নুপীবু থেমজিল্লকই— "নঙনা হায়দোকপা ঙমদ্রিবদু কবিনো ঐ খঙদবা নত্তে ইবেতোম্বী। মদুগীদমক হেঞ্জিন্না ব্রাকগনু। নঙ-ঐগী লাইবক্তা তম্মন্নবদি নোংমা শোয়দনা ওইজবরুনি।"

ইবেতোম্বীনা নোকমি-নোকমি পাউখুন্নকই——

"খনবীবিবদু ওন্নতৈনবে। ঙসিদি ঐগী হকচাংদা অহোংবা লাকএ।" শ্যাম ঙকচানৈ।

ইবেতোম্বীনা মখা অমুক তাবকখি——

"অশেংবনি, ঈশ্বরনা ঐখোয় অনীগী অব্রাবা উবীবে। ঐহাক উম-অ!" মানা ইক-আক তৌবিঙে' শ্যাম্না হবাওমনখিদুনা ফন চোংখত্তুনা মমীৎকা লাউথোক্লগা মী তাখিনি মতাগুম খোঞ্জেল ফাজীল্লগা হায়বকই——

"ঐনা হায়খিদ্রদো; হন্দক্তি ঐ মায় পাকপগী মঙ মঙঙি হায়না!" অদুদগী শকফম হঞ্জিল্লদুনা মখা তাবকই——

"হুম! অদুদি ঙসিমক য়ুবিন তেস্ত তৌদুনা চপ চাবা অমা খঙদোকপা চুম্মী।"

"ঐনা থৌবাঙ তৌদুনা থমজববনি।" 'সি হায়বগা,চেবংনা য়োমশীল্লবা লীক্লি মচা অমা শ্যামদা শিন্নে। শ্যাম, ইমুংদা চঙখিদুনা অবৈবা শেল খবা ফৃবিংখাউদা নমশীল্লগা পম্বদনা সাইকল থৌদুনা থোক্লকখি।

(৮)

মহাক্না হৃঞ্জিল্লকপদা মাঙ্গোলদা লৈকাইগী মৌনহ্না ময়াম ওমশিন্দুনা নোক-খেদুনা লৈবম্মী। ময়ামদু' শ্যাম্না শুমাঙ য়ৌশিল্লকপদা হৌগৎনবম্মী।

শ্যাম্না হংঙি—

"ময়াম হল্লগেবা?"

"ঐ হল্লগে!" মখোয় অহ্নম-মবীনা পুল্লপ খুল্লকই।

ময়ামদুগী মবক্তা য়াওবকপী মৌ অবীবী বাধেসনানা কবেম্নবকই—

"শ্যামবন্ধু, থৱায় ৱাকবনুও! ওইবনীয়ে ওইবনীয়ে। মহ্মপসু ঙসিদি ইবেতোম্বীদা ফাওব্রবনি। ৱাবী নুংঙাইনা শান্নমিন্নহৌবো।" ময়ামদু নোকফেৎ-নোকফেৎ মঙোন্দা য়েংলন্নগা হন্নখিবম্মী।

বাধেসনানা হায়বন্নিবদু শ্যাম ভাব তাই। অদুবু মায়থোঙদি ইমক মকশীল্লি। নুংশাশোব ফৃইনা হোল্লগা মাঙ্গোলদা লৈবিবা ফিয়ানখোক্তুদা ফৃবিত্তু লৌথোক্লগা যাম্ভোকই। ইবেতোম্বীনা, থাবম্না ফক্তু হুগৎলগা নোকমি-নোকমি হায়বকই—

"বাধেসনাসিবু খৃৎলৌ য়েংবা হৈব্রনে?"

"কবি হায়বম্মগে?" শোল্লপ খুল্লকই।

"ঐঙোন্দা, অঙাং ওইবনি, থৱায় ৱাকবনু হায়বম্মীবা!"

"মাদি কমদৌনা খঙঙিবা?"

"অদুবুবো, ঐনা মঙোন্দা ঐগী হকচাংদা হোংঙকইবসিগী মতাংদা ৱাবী শাকবে। মদুদা মানা খৃৎলৌ য়েংবীগে হায়দুনা চে মচেৎ অমদা ময়েক খবা ইবগা ঐবু অপাম্ব'মা খলহল্লে। অদুদৈদি অঙাং ওইবনি, মদুসু নুপানি, হেক্তা হায়বকপৈ গ্নানিসে!" 'সি হায়বগা ইবেতোম্বী, তেন্তক তৌবা মীনোক অমনা মখা শমথবম্মী। অদুগা অমুক হংলকই—

"নত্তে- মাবু মদুগী মহৈ'দুবু তশেংনা হৈবু হৈব্রনে?"

শ্যাম্না ইহৈ হৈনীংদনা খুল্লকই—

"উম- মশানবুদি হৈ হায়জবা ঐ তাম্রে। কয়াম হৈবা হৈতবদুদি ঐসু চপ চানা খঙদে।"

ঙাঙন-ঙাঙনা মহাক ফি হোংগদগী ইমুংদা চঙলক্লম্মী। ইবেতোম্বীসু ইন্নবকখি। শ্যামদা খূদৈ অমা পীবগা খোয়বাংনা অমুক হংলকই—

"য়ুবিন তেস্ত বিজল্টদি পোজিতিব ওইব' নৎত্রাও?"

শ্যাম খুমদে। মতৌ'দুদা অমুকসু হংজিল্লি—

"কৈনো, ডাক্তব য়ৌকদ্রববো নৎত্রগা পৈশা শুদদুনা হল্লকইবো? অদু ওইবগা সে..।" 'সি হায়বগা মরূপকি ফাওবকপা লুপা লিশীং অনীদু শ্যামগী 'মাঙদা ফমথক্তা থন্নগা মখা শমথবকই—

" 'সিদগী ওইনা লৌবীবো, চঙগদবা পৈশাদু।"

শ্যাম, মাগী নুপীনা হায়বিবদুগী পাউখুম পীবগী মহুৎ', মোং ইহা হাদনা মফি হোংদোক্লগা বালতিন সাপোন পায়দুনা পুখ্রীদা কূমখিবম্মী।

অসোমদা, ইবেতোম্বীদি নহানমখৈগা মান্নদবা মপুবোইবগী মতৌ'দুদা রাখল লম্মাংনবম্মী। চিংন-রাখল খন্ন-খন্না য়ান্দুনা লৈবিবা মপুবোইবগী ফূবিং' খাউদা হুমজীল্লুবদা চে-মচেৎ অমগা য়ুবিন তেস্ত দিবাইস অমগা থেংনবে। খঙলে, চেজেত্তু ডাক্তবগী বিপোর্তনি। উবে বিজল্ট নেগেতিব ওইবিবদু। ইবেতোম্বী স্বাই লাউখ্রে। নীংশিংলকই মীকুপ অসিদা অমুক, নহান ডাক্তবনা হায়বকখিবা—

"সোমগী চহী মতাং অমদি হকচাংদা ফাওবীবিবা অহোংবাসিদগী ডাক্তব ঐখোয়না খঙজবদি, সোমগী থাগী খোঙকাপ খম্বগী মতম নকশীল্লকএ হায়বসিনি।"

---

● অগস্ত, ২০০৫

# হিংবা ঙাইবা

● ফমুংদনি। লোংনা য়াতাবিবা অনাবা পাখং অদুনা ফমুংদা ৱাবী শাদুনা অনাবগী মৈচাক খাওঙি— "ফমুং নঙ অসে ঐগী খ্বাইদগী চান্নববা মৰুপ্নি। নঙগুম্না ঐগীদমক খনবীবা কনাসু লৈতে। নুমিৎ কুন্নিবোম ঐনা হিপচিন্দুনা লৈববু ঙসি ফাওবা নঙনা ঐবু ইন্থোকপিদ্রি। ফৈ, নঙ ঐগী চান্নববা মৰুপ্নি ফমুং।"

হিদাক-লাংথক খবা মাগী কা-গী তেবল মথক্তা ইচাই চাইদুনা লৈ। গুলি যাওদ্রবা চেখুম খবা, হিদাক যাওদ্রবা লীক্লি খবসু ইচাই চাইদুনা লৈবি। তেবলগী মচী অমদনা চহী তবেৎ খুন্তাকপগী ৱাবী লাইবিক অমা লৈবি। ফক্লাংদা বামায়ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ৱাবীদা যুম্ফম ওইবা; বাম্না বাবণ হাৎপা, কৃষ্ণনা কংশবু হথীবা পীবগী শক্তম উৎপ: লাইশিং থেংলি।

পাখংদু তপ্না হৌগত্তুনা ফমুংদা ফম্মী। ডাক্তবনা ইবকখিবা প্রিসক্রিপসন্দু লাৎলিবা ফৃবিৎ'খাউদগী লৌথোক্লগা যেংঙি, অদুগা হায়বকই— "প্লম্বম, কেলকবী, নহোয় অনীমক ঐঙোন্দদি চন্নফম খঙদ্রে।" মথংদা প্রিসক্রিপসন অমগা অমুক পুথোবক্লগা যেংঙি, অদুগা নুংশাশোব ফৃইনা হোল্লগা হায়বকই— "কেন্থবিস, মেতালকা, ইকুযুস্তম, নহোয়সু ঙম্নমক মহী-মযাই চম্মবকো! ঐগী হকচাংদা চঙঙকপদা নহোযগী পাঙ্গল শক্তি লোইনা মাঙদ্রে নৎত্রা!"

তপ্না লেপখৎলি। হেঙ্গবদা য়াল্লিবা মঞ্জুনববা ফৃবিৎ' খাউদগী ইনৌ নৌবিবা প্রিসক্রিপসন অমা লৌথোক্লগা তপ্না চঙশিল্লক্তুনা ফমুংদা ফন্নবে। তেবলদা প্রিসক্রিপসন্দু পাক্লা থম্লগা মদুদা মীৎ কৃপ্তুনা যেংঙি। মমীত্তগী পি-গী মবীক খবসু চে-দুদা তপ-তপ তাবকই। মচীনবান তনিক-তনিক্লবা মাগী, লোম্থোক্তবা খশ্মোয়দুনসু মুকম-মুকম শোল্লকখি— "মানি! নহোয়দি ঐগী হকচাং অসি

চাংয়েং অহুম্লক তৌবব'তুংদা চাবা হিদাকনি। নহোয়গী শীজিন্নফমদু ঐঙোন্দসু লৈ। অদুবু কবিগীনো নহোয়না অয়ম্বগুম নখৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রিবা? কবিগীনো ঐগী অনাববু মায়থীবা পীবা ঙমদ্রিবা?"

তেবলদা লৈবিবা হিদাক লীক্লি, গুলিগী চেখূম ময়াম অদুদা অমুক য়েংঙি। মখূৎ অনী চঙদুনা ওৎলি। অমমম ওইনা মমীং-মথা পাই; অদুগা হায়বকই— "নঙ ব্রীম নৎত্রা? নঙনা স্ত্যাম্লো? অদুগা নঙনা থাইল্যান্দগী বেঙ্কোক্কগী লাকপা দেস্লাবিন! কৈদৌবে, নহোয় লোয়নমক অশিবগুম লৈখ্রবদি? নেফ্রাইতিস মতোমতনা নহোয় অহুম্নু মায়থীবা পীবে নৎত্রা! নহোয় লিংজেল মান্নদ্রবসু থৌনাদি ফৈ হায়বা ঐ খঙঙি। তম্মু— মতৌ কবম্না নহোয়না মায়থীখিবা? পুকনা আলেকজেণ্ডবগী মখূত্তা মায়থীখিবগুম্নবা, নৎত্রগা য়েক্লবনা হাৎত্রিঙৈ হিতলবনা মথন্তা শিজখিবগুম্না মায়থীখিববা?"

তপ্লপ হিপথবগা মমীত্তু মিবাং থাংলবা কাম্বল চৈথোকশিংদুদা য়েংঙি। মি অমনা মিবাংদা থুদুনা লৈববা ফন-ফন চোংলিবা হয়িং অমবু মিবাংনা য়েৎশিল্লি। হয়িংদুনা লেঙলিমখৈ য়েৎশিল্লি। লেঙ-লাকখিদ্রবা কান্দ মি অদুনা হয়িং থাদোকই।

পাখং'দু হুমাং অনপ্পী কাবদুনা হায়বকই—"মানি! মতৌ অসুম্লনি, মীগী য়াইফনবতা তৌবা ব্রীম, স্ত্যাম্লো অমদি দেস্লাবিন্না নেফ্রাইতিসকি মখূৎ মায়থীখিবসু।" শোল্লবা মহাক ফূক হৌগৎখিবা খঙহৌদে। মিবাংদু লামদুগী থদৎলি, অদুগা মি অদুসু মেৎখায়বিবে। শাববা খ্বাঙ, ঈশিং থকমনবদগী লূম্লবা চনীংদু নাল্ল-নাল্লদুনা তপ্পা অমুক হীপথগ্রে। নুংশাশোব অশাংবা অহুম-মবীবক হোল্লি। মমীত্তু তপ্পা উইশিল্লি। মবায়বক্তা মখূৎ নাম্মা থমদুনা থোঙনাওদগী চঙলক্লিবা নুমিৎ মঙালদু খঞ্জিল্লী, নৎত্রগা মদু অরা-মৈচাক খাঙলিবা ওইবম্নসু য়াই। মবমদি, মহাক ঙমদবা হায়বদু ওইবিবনি।

মঙ নুংঙাইবা অমত্তং মঙবা মহাক পাম্মী। মবমদি— তাইবংদদি মহাক নুংঙাইবা হায়বদু ফংদ্রে। তূমথবদি হেক য়াবা নত্তে, অদুনা মমীৎ উইশিল্লবসু মহাক তূমদবগী ৱাখল খল্লি। মুকম-মুকম মখোল শেংফাত্তনা ঙাঙলকই

"ফৈ- 'সিনা খ্বাইদৈ ফৈ' ফমুং নঙতনি অফবা হিদাক, নঙতনি নতিক লৈবা। য়ীকুপ অমতং ওইববসু নেফ্রাইতিসবু নঙনা নমথবা ঙম্মী। অদুনা ঐনা পঙহিপ্তা হিপ্পী নঙোন্দা। নঙদি অনাবনা শোল্লগা নথৌ পাঙথোকপা হেল্লি; নৎত্রনে ফমুং? নঙ শোল্লবসু তেকখিনুকো ফমুং!"

নুংশাশোব শাংনা হোল্লদুনা ফক্লাংলোমদা মায় ওনশিল্লগা তূম্না থেম্মী। ফক্লাংদা, ককচেং অপীকপা ময়াম্না য়োমশিল্লগা চাউববা অশিবা মি অমা পুবি। মহাক মমীৎ কৃপ্তমখৈ য়েংঙি। শোব চনীং তানা হোল্বুবগা হায়— "মসিমক্লি তৌগদবা। অমত্তা ওইববদা কনাবু কিকনি। অদুবু ব্রীমদগী হৌবগা দেক্সাব্রিন মাওবা লিংজেন অমত্তা মান্নদ্রে। ব্রীম্না হায়বমগনি— ঐদি হোমিওপ্যাথীগী ইমুংদগীনি। নেফ্রাইতিসবু মায়থীবা পীবা ঙম্বা হিদাক্তু ঐনি। মদুদা মখূম লংলবা, অনীবক থোক্লা য়োন্নবা স্ত্যাল্লোনা মতেং পাংশিল্লদুনা শোয়দনা হায়বমগনি— "ঐনি স্ত্যাল্লো, ভাবত মচা! মীবৈবাক মচা দেক্সাব্রিন নঙনা ঐখোয়দগী কবি হেনগনি!" মদুদা লমশাং লাকপগী চোকথববা থাইল্যান্দ মচা দেক্সাব্রিনগী পাঙ্গলসু নেফ্রাইতিসগা মায়োক্লদ্রিঙৈ' ময়াই চম্বা হৌখিবা ওইবমগনি। অদুনা নহোয়না ককচেংগুম পুল্লপ পূল্লগা নেফ্রাইতিসবু থাংদুনা মপান্দা পুথোবকপা ঙমদ্রে।"

হিপ্লম্বদগী তপ্পা কাঙবৎলগা তেবলদা লৈবিবা চহী তবেৎ খুম্ভাকপগী ব্রাবী পাইবিক্তু ফাক্তুনা য়েংঙি। তপ্পা অমুক থল্লগা ব্রাখল খল্লি—"অদুঙৈ মীতৈ নিংথৌ মচাশিংনা অমসু অমসু শক্তি পায়নীংবদগী লান হৌনবিঙৈ' ঔব্রানা মৈত্রবাকপু খুদুম চন্দুনা খুম্ভাক লানশিহনখিবদু...।"

পাখংগী থম্মোয় অদু তুদি তুদ্রিবা মখোঙ তৎলবা য়ূম্বীগুল্লে। মহাক শিবগী রাখলনা পঙথবি—"শিবা হায়বসিবু অসুক কিবিবসি কবিগীনো?" মতোম্মতা হায়জৈ— "অনীবক শিবা য়াদবনা, নৎত্রগা শিবগা নুংঙাই হায়বদু লৈবমদবনা, নৎত্রগা ব্রানা ব্রানা শি-নবনা...!"

নীংঙমদবগা লোয়ননা মথব্রায় চাক্লা অমুকসু ঙাঙঙি— "ঙম্মোই! নহোয়গুম্বা উফূল-ব্রাইফুল মানবা কেমিকেল খবনা নেফ্রাইতিসবু মায়থীবা পীবা

নত্তিক্লা ! কল্লবা তিক্কী ফমুং ফাওবনা মাবু শূপ্পগী মীকুপ অমতনি ফাজীনবা ঙন্মিবা! চৎথ্রো-নহোয়দি, লন্থীগী উফুল ওন্দুনা পাইজখ্রো।"

অঙাও-অফৈগুম পঙলাউ লাউবল্লগা শোম্বুববা থম্মোয়দু থেমজিল্লদুনা মহাক চোকথনা হিপথখি। তূম্বা মান্না মমীৎ অনী অদু উইকম উইকয়ে, অদুবু তূম্বদি নত্তে। তপ্পা পাঙথোবক্লগা ফক্লাংদা থেৎলিবা লাইশিংদা অমুক লৈদুনা য়েংলকই। অদুদগী মুক্কম-মুক্কম মখোল শেংফাত্তনা হায়বকই— "ও! ত্রেতা যুগকী রাম, দ্বাপুর যুগকী কৃষ্ণ; ঙন্নমক মায়থীবে ঙসিদি, রাবণ অমসুং কংশগী মখুত্তা। হকচাংবু অশি' থোঙ্গালদা থিন্দোক্কে হোৎনবিবা নেফ্রোইতিসনা য়াইফবে। ব্রীম, স্ত্যাল্লো অমদি থাইল্যান্দগী দেক্সারিন ঙন্নমক মায়থীবে...।"

ঙাইহাক তুমীন লৈরুবব'তুং তপ্পা অমুক হৌগত্তুনা তেবলদা লৈবিবা হিদাকশিংদু অমমম লৌদুনা মতম কান্ন-কান্ননা চায়। তপ্পা অমুক হিপথৈ। শোম্বুববা রাখলনা মাগী হকচাংদু ঈ চেন্দবগুম তাইফেৎ তাইহনখ্রে। শোব মতৎ-মতৎ হোন্ন-হোন্না মমীত্তু চেজেৎ উইশিল্লি। হিংবগী রাখল তপ্পা-তপ্প' মমি শান্নক্লি। অদুবু মহাক তিক্কী কল্লবা ফমুংদা হিগুনা, মায়থীখ্রবা ব্রীম, স্ত্যাল্লে' অমদি দেক্সারিন্না পুল্লপ পুল্লগা নেফ্রোইতিসবু তমথীনা চঙহাৎ হাৎপগী পুংফমদ লাকখিগদ্রা ঙাইবি।

---

● ১৯৯৮

# চা অশাবা অমা

● শঙ্গোয়দা থল্লিবা মাগী বাইক্কুগী মনাক্তদি চঙশিনখ্রে হায়ববু গোপালদু মপানা লেপ্তুনা ঙাঙবদু তাবদা শাউবপ খুল্লকই—

"পাবুং! কাকা অদুনা ঐবু, ঐনা ঙসি তৌবিবা থবক অসিদা চঙহনবনি হায়বসি ঐসু খঙজে। ঐ চৎলোই হায়বা নত্তে। ইকাইবগী ৱানি। ঐনা 'ওফিস্তা চা অশাবা থকপা ফংদে' হায়না পাবুংদা অমুক্তং তম্মুবদু, পাবুংনমুক ঐখোয় যুমসিদা তাঙনা লাকচবা কাকাদুদা অমুক লীবীকবিবদুগী।"

মপানা নোক্লগা খুল্লকই—

"মদুদি পাবুংনা হায়বনি। নঙমক্লা হায়বদি নত্তেদনা।" 'সি হায়বগা খোঞ্জেল কল্লপ তৌনা মখা শমথবকই—

"চখোকউবো চখোকউবো। ঙয়া লাকহল্লু, চা-অশাবা অমমম থকমিন্নবগা ৱাবী শামিন্নগদবনি হায়বম্বনি।"

গোপাল, মপানা হায়বিবদুদা অমুক য়েংলুগে খল্লে। মাগী বাইক্কু নোমদুনা খাউ কয়াম য়াওবিবগে হায়বদু য়েংলগা পীশুম শূক্লদুনা তপ্লি-তপ্লি থৌদোকখি।

গোপালনা, য়ৌবদুনা গাডী থৌজীনখিবদা মাগী কাকাদু মাঙ্গোলদা পাউ-চে পাদুনা লৈবম্মী। হায়বকই—

"গোপাল, নঙ লাকঅব্রা! কাখৎলকউ। ঐ নঙগা চা অশাবা অমমম থকমিন্নগে হায়দুনা ঙাইবম্মিবনি।"

গোপাল, মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা মাগী কাকাগী 'নাক্তা থাবিবা মুডাদুদা ফমথে।

"ওফিস কাগদবা নৎত্রা?" মাগী কাকানা হংলকই।

"ঙসিদি চৎলবোই কাকা!"

"ছুতিবা?"

"হুম, নত্তে' ব্রামল্লদুনা পোত্থাবগে হায়দুনা ছুতি লৌবনি।" গোপালনা মক লূকথবগা হায়বকই।

মাগী কাকানা পাউ-চে পাবম্বদগী মায় লৈথোবক্লগা মমীৎ-মনা লাওথোক্লুনা হংলকই— "কবিনো গোপাল নঙনা হায়বি'সিবু' থৌমীনবু ব্রাবে হায়দুনা পোত্থাবা য়াব্রনে?"

গোপালনা মশক্তু ইশু শুগৎলগা হায়বকই— "কাকা, ব্রামনপ্রেদা' অয়ুক ওন্না চৎলগা নুংথিল থেঙনা হনবগী থবকসি। পোত্থাবকা মীকুপ অমফাও' ফংদে। তোলোপ্পা য়ামখিববা হায়সু য়ামদগুম তৌ।"

মাগী কাকানা নোকমি-নোকমি হংলকই—

"নত্তে, নঙবু হৌজিকসি কয়া ফংঙিগে? হান্নগীদুদৈদি হেনগৎশ্রদাইনে।"

"হেনগৎলি; লুপা চামবীখক, হান্নৈ তোলোপ্পুই মথক্তা। অদুদা ঐনা খিত্তং পেঞ্জদ্রিবদি, থা অমত্তা তোলোপ মপূং ফানা ফংদবসিনি। ককথোক্ক-ককশীনগা তৌদুনা। মিনিত অনী থেঙবৈসু লুপা চাম্ম, কাউদুনা শেৎকদবা ফিজোল শেৎহৌদবৈসু চাম্ম, তাই পুলহৌদবৈসু চাম্ম, কলিগশিংগী লুহোংবৈ, মচা চউম্বৈ, না-হূৎপৈ, লু-কোকপৈ... ... ...!"

গোপালনা হায়বা লোইদ্রিঙৈ' মাগী কাকানা মবক থৎচীল্লকই—

"য়াবে-য়াবে, ঐ ভাব তাবে গোপাল। মদুদি লৈমিন্নববনিনা তৌবা তারনি। অদুগা মতম চানা য়ৌদবা, শেৎকদবা ফিজোল শেত্তবগী ককপদুদি নঙনা চেকশীনফম থোকইদনা। নঙখক্তদা তৌবসু ওইবম্মোই মদুদি। প্রাইভেৎকী থবক হায়বসি শী ঙাক্তনি। অদুনা নহাক খাঙবা কনবা তাই, চেকশীনবা তাই। মদুনা নঙগী অপাম্বদু ফংহনগদৌবিবনি।"

তাঞ্জাসিদা মন্দোমচানা চা পুথোবক্লগা মখোয় অনীগী মাঙদা লৈবিবা তেবল মচাদুদা থল্লগা হায়বকই—

"গোপাল চা-থকশী' 'সুমহাইনা মবক-মবক্তা হেক-হেক কোয়থোবকই! নঙ' কাকানসু চা-অশাবা অমমম পূন্না থকমিন্নদুনা ব্রাবী শান্ননীংঙি হায়বকপা কুইববনি।" 'সি হায়বগা মন্দোমচা ইমুংদা চঙল্লে। অসোমদা গোপালদি মক লূকথদুনা লৈহৌই।

"চা-পায়য়ু!" মাগী কাকানা চা অমা পায়খৎলগা হায়বকই।

গোপাল ব্রা ঙাঙদে। মক নূকথবিবদু খবগা হেন্না নূকথবগা মখূৎ নোইদুনা ল।

"চা-সি ঈংগ্লনি পায়বো। অদুগা নঙনা নহোয়' 'বোস মচা' দা পেন্দ্রিবশিংদু গবিনো হায়য়ু। মদুগীদমক্তি কাকানা নঙবু কৌবিবসি।"

'বোস মচা' পল্লকপদুদা গোপাল শকফম খংহোং হোংলগা মাগী কাকাদা য়ংলকই। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা পীশুম শূকথবগা হায়বকই—

"পেন্দবা লৈ কাকা! বোস মচা মীচঙ-মীখায় য়াম্না নাই। থবক পূন্না ভমিন্নবিবা, মানা হায়বদা নোংমতা হীক্তোকখিদবা ঐবু, চহীগী ওইবা প্রাইজল বিপোর্ত ইখৎপদা খ্বাইদগী নেম্বা গ্রেদতা থম্বী। মদুনা মবম ওইবগা গী তোলোপকি ইনক্রিমেন্ত ময়ামদগী ভানা ফংগ্তি। অমবোমদা ঐদি মতাং-তাংদা মযামদগী ঙনখৎনা অর্মাদ থেংথনা শূখিবা থবক কয়া লৈবি। মদু লিগশিংনা সাখীনি।"

মাগী কাকানা চা-দু অহুম-মবীবক থংন-থংননা চিংলগা মখা শমথবকই—

"ঐ ব্রা লোত্তনা হায়গে গোপাল। নঙনা বোস মচাদা, মবম চায় চাদে হায়বা ঙদনা খোন্দা কল্লপ তৌবা ব্লাহে-ব্লাতা শীজিন্নখিবা লৈব্রা?"

"ঐ নীংশিংবা থোক্ত্রে।" অদুদগী মচীনবান নাল্ল-নাল্লদুনা হায়বকই—

"উম, নীংশিংবা অমদি লৈ। মদু হৌখিবা চহীগী ফাউন্দেসন দে-গী স্তেজ শম-শাবগী থবক ঐঙোন্দা শিন্নবগা মতম চানা লোইশিনবা ঙমদে হায়বগী ভাংদৃদনি।"

মাগী কাকানা পাউ-চেদা মায় ওনশিন্নবগা খোঞ্জেল থোথনা হংলকই—

"কনানা লানবা মাল্লি?"

"ঐদি হৌজিকসু ঐ লাল্লি হায়বা ঙমজবোই। থবক্তি তৌ হায়দুনা শিন্নবগা মন্নগদবা অতৈদনা নীংথিনা হায়বীবমদবা মাগী মবালনি। মানা হায়বোই হায়দবোই তৌবম্মবনিনা অতৈদুনসু খঙগুম-খঙশীন্নদগুম লৈথোক্তুনা

লৈনখিবনি। কাইনথংদা ঐনা গ্রেদ ফোব অনীগা লোয়ননা লোইশিনখিবনি। অদুগা মানা ...?"

"অদুদি হায়য়ু, নঙনা থৌমী অমগী হৌন-লোনচৎ ঙাক্লা থবক তৌখিববা? লোইশঙগী ওইবা চৎন-পথাপ নহাক ইনখিববা?" মাগী কাকাগী খোঞ্জেলদু খজিক্তং কনখৎলকখি। গোপাল মখূৎ নোইব-নোইবদুনা মক লূকথখি।

মাগী কাকানা চা-দু অবোইবা ওইনা চিংলগা তপথনা হায়বকই—

"গোপাল, ঐনা অয়াম্বা মতমদা কোলকাতাদা লৈববসু, কম্পেনী অসিগী ফাউন্দব হায়বদু ওইবনিনা লোইশঙ মশা ময়ামসিগী অফ-ফত্ত বিপোর্ত পুম্নমক ঐগী খূত্তা য়ৌবকই। নঙগী মতাংদা ফংখিবা বিপোর্ত অমদা পল্লিবদি, নঙনা নুমিৎ অদুদা য়াম্না খোন্দা কনবা, ফজদবা লোন্দাদা মাবু লাল্লি হায়না মযাম 'মাঙদা হায়খিবা লৈ। নহোয় বোস মচাগী ঙাঙফম নঙনা পীখিদে। মসি ঐনা হায়বা নত্তে। নহোয় লোইশঙগী থৌপুবা মকোক্লা পীবকপা বিপোর্তুন হায়বনিকো গোপাল।"

গোপালনা তনিক্লবা খোঞ্জেলদা শং খুন্নকই— "অদুদি কাকা, অচৌবনা হায়ববদি অবানবা ওইববসু 'হোয়-হোয় চুম্মী' হায়দুনা অদুম য়াবা তাবব্রা?"

পাউখুম ফংখিদে গোপাল। ঙাইহাক্তি মী লৈতবগুম য়ূমদু পুমচীক চীকই। অমনা অমদা পৈবপ-পৈবপ য়েংনৈ। অদুদগী অশাংবা নুংশাশোব অনা হোম্বগা মাগী কাকানা অচীকপদু থুগাইবকই— "চা-সি পুমঈং ঈংঙম্মনি!" কপ্পু থাংদি থাঙ্গত্তনা পায়বগা মখা অমুক তাবকই— "ইঃ সিদি উন তাবে!" 'সি হায়বগা ইমুংলোমদা ওনশিল্লগা হৌবপ হায়বকই— "তাবিব্রা! চা-অশাবা অমত্তং শেম্মকউহে!"

মাগী নুপীনা কনা অমুক লাকইবনো হায়দুনা ইমুংদগী থোক্লকই। অহেনবা কনাসু লাক্লমদবদুদা হংলকই— "কনা লাক্কে?"

"চা অমত্তং শেম্মকউ হায়বগা কনা লাক্কে হায়' হংঙিসিবু!" অদুদগী খোন কল্লপ ঙাঙলকই— "হে- গোপালগী চা-সি ঈংঙে হায়বনীনে।"

গোপালগী শূকথবিবা মতৌ অদুদা মন্দোমচানা— "অঙাংসি কবিসু

নত্তবদা মপূক্লিং নুংঙাইহল্লোইদৌবে মহোয় কাকানা।" 'সি হায়বগা ইমুংদা চঙখিবম্মী।

মাগী কাকানা তপ্লপ-তপ্লপ মচা খায়না হায়বকই— "গোপাল, নঙ ভাব তাউ। হৌন-লোনচৎ হায়বসি য়াম্না লুবনি। নঙনা ফনা কন্না থম্মোয়শেংনা নথৌ তৌজবগসু, নঙগী থক-খা নাইদবা ৱাঙাঙ অমনা পুম্নমক অবেম্বদা তাহল্লিবনি। মসি ঐনা হায়বা নত্তে। ঐঙোন্দা পীখৎলকইবা লোইশঙগী যৌপুবা মকোক্কী বিপোর্তুনা হায়বনি। মদুদা অমুকসু যৌমীশিংনা, ৱাফমদুবু শৌগৎপা ওইনা চে-দুদা সাইন তৌবি। য়েংঙু, কয়াদা লুশিল্লকইবনো।"

গোপাল খুমদে। মক লৃকথদুনা অদুম লৈ। মাগী কাকানা ঙাইহাক তুমীন লৈরুবগা মখা অমুক শমথবকই— "অদু, বোস মচানা নঙোন্দা কৌ ঙাঙদবা, নঙবু উবগা পীশুম শৃক্কৎপা মতৌদি উৎলম্মোইদা।"

গোপালনা তপ্লপ হায়বকই— "কাকানা খনবীবিবদু লাল্লি। মহাক ঐবু কযা হৈনদবা মওংদা লোয়নবি। ঐনা ঐগী ওইবা মোত অমা ফোঙদোকপদা মহাক্লা মদু কক্কদগী ঙাইদুনা লৈ। অফববু ওইবো, ফত্তববু ওইবো। খঙদে, ঐসে মানা কবি ওইনা উববনো। ইশম শম্না হায়ববদা হৌজিকসি ঐ, মাগা ওনশিন্নদুনা ঙাঙনবা শাথীনা তল্লে কাকা।"

মাগী কাকানা মচীনবান পৈথোক্লগা অশাংবা নুংশাশোব অমগা লোয়ননা হায়বকই— "নঙ, মাবু চপ চানা ৱাবৌবে হায়বা ঐ খঙঙে। অহল-লমন্না হায়নবা, লৈমিন্নবগা মায় চানদবকাইদু থোকঅবজাৎলা, হা-গোপাল।" 'সি হাযবগা চীংলেম্না মতেক অমত্তং নোক্লকই। গোপালদি নোক্তে। মক লৃকথদুনা লৈ। মাগী মায়থোঙদা হুমাং মবীক-মবীক কাবম্মী।

গোপালগী মতৌদুদা মাগী কাকানা হেন্না তপথবগা হায়বকই— "মসি পুম্নমক তোকঅসি গোপাল। কাকা নঙোন্দা ৱা অমা হংগে, শেংনা খুম্মু।"

গোপালগী পাম্বোমদা মখূৎনা থেংবোই-ইনবোই তৌবগা মখা হায়বকই— "নঙ, নঙনা তৌবিবা থবকসি হৈদি হৈনৈকো? নহোয় বোস মচাগা লৈনবিবা মবীদু হায়বা নত্তেকো।"

গোপালনা মোং হাদনা খুন্নকই— "হৈনৈ।"

"অদুদি নঙগী থবক্তু নুংঙাইনা তৌজনবা বোস মচাগী ফম পায়বিবা অঙৌগী মহুত্তা অতোপ্পা অমনা শিল্লগদি য়াবদ্রা?"

"ঐ হায়জবা ঙমজবোই। ঐগীদি চুম্নগী ঐখোয়'নিগী মবক্তা লৈনবিবা মবী অদুখক্তবু হায়জবনি।"

"উম ঐ ভাব তাই, গোপাল। অদুবু লুবিবদি, নহাক্না ব্রা ঙাঙনবা পামদ্রিবা মহাক অসি মাগী চৌত্রিসিদা ফমখিদৌবি। মাবু মফম কদায়দসু হোংদোকউবা নৎত্রগা থাকবা য়াদ্রি। মসিদা অমুক্তা হেন্না লুবিবদি অতৈ থৌমীশিংনা মাগী মায়োক্তা ব্রাকৎ অমফাও' থাঙ্গৎলক্তবসিনি।"

"মদুদি, মানা লোইশঙগী থৌপুবা মকোক্তা পীবা চহীগী ওইবা থৌমীশিংনা এপ্রাইজল বিপোর্তুদা ফজদনা ইবীখিনি হায়না খনবদগী কিদুনা তৌবা শোয়দনা ওইবমগনি কাকা।"

মাগী কাকানা মখূৎনে-মশানে ঙাঙলকই— "ওইবমগনি হায়বা যাদে মদুনি নাতৈ চাদবা ব্রাঙাঙ হায়বদু। ওইবমগনি খল্লিদুদি ওইবমদবসু যাইনা কনানা খঙনি, অতৈদদি ফবগা নঙোন্দতা ফৎলমদবসু। নৎত্রগা, নঙতনা ফঙা খল্লিবজাৎলা! অদু নৎত্রগা, অতৈনা মাবু য়ানবা চৎলগা, নঙ খক্তনা চৎপা ঙমদ্রববা! ঐনা হায়বি'সি ভাব তাইকো গোপাল।"

গোপালগী মমীৎ অনীদু পি-না থূমহৎলম্মী। মশাদু থক-থক নীকপগা লোয়ননা মায় হাইগৎপা ঙন্নমদে।

মাগী কাকানা মখা তাবকই— "গোপাল, কাকা অবোইবা ওইনা থ অমা হায়গে। কবিগুল্বা বোস মচাগী ফমসি নঙোন্দা শিন্নবগদি নঙ, নঙগা লোয়নবিবা থৌমীশিং, মকওইনা নখা থাবশিংনা ব্রাকৎ লানখৎলোইদবা মওংদা নথৌ পাঙথোকপদি ঙমগনি হায়না খনব্রা?" মায়থোঙ মকশীল্লবা গোপালগা মনমগন্দা মখূৎনা 'পোপ' থাবগা অমেঙবা খোঞ্জেলদা হংলকই।

গোপালনা মাগী কাকাদা উহন্নীংদ্রিবা মীৎকি পি-দু তৈথোক্লগা হায়বকই "কবিগী ঙম্মোইদগে কাকা। ইথকথোংবা অমদি ইখা থাবা থৌমীশিংগী পূক্রিংগী

ইহুল খঙনা, মহোয়না ৱাবৌবোইদবা মওংদা ইথৌ পাঙথোকপা তাবনি।"

মীকুপ অমফাও পন্থদনা মাগী কাকানা খুন্নকই— "অদো-দো, মদুদা অদুম লোইবে গোপাল। কবিনো নঙনা হায়বিবদুবু। থৌমীশিংনা ৱাবৌদনবা শীনবদি লায়-না। ওফিস মতম চানা কাবক্রুবসু কায়দে হায়ববা। ছুত্তিনা, পূং অহুমদা থাবদু অনীদা থাবীববা। তোলোপকাসি জ্-জ্ হেনগৎপীববা। অদু ওইবদি গোপাল নঙ ফত্তেদি শুকহায় হায়বকঅবোই। ঐখোয় সাবদি ফৈ-তনি হায়রকতৌবিসে।"

মহাক্না গোপালদা শংত্রিক য়েংলগা অমুক মখা শমথবকই— "কবিনো গোপাল। থৌমী হায়বসিদি মশা-মশানা থবক তৌবিবা কম্পেনী অমদি লোইশঙ অদুগী থবক্কী চৎন-পথাপ্পা পুল্লিবনি। মদুদা নঙনা লোইশঙগী অফবা অঙম্বা অমনি হায়সনু হায়দুনা নখা থাবা থৌমীশিংগী অপাম্বা মতুংইন্না নথৌ পাঙথোকঅগদি পুন্নমক কাং-খোং চাইবোইদ্রা? খল্লুনে, নঙ লৈকবৈ কান্নবিব্রা অদুদি?" মহাক্না শাংনা চিংল-চিংল' অমুক হায়বকই—

"অদুনা নহাক থবক্কী চৎন-পথাপ মনুংথীৎনা খঙবা তাই। অদুগা নশা নথন্তসু মদুবু ইকাই-খুম্নবগা লোয়ননা নথৌ পাঙথোক্কনি হায়দুনা ৱাশকচগদবনি।"

'সি হায়বগা ইমুংদা চঙখিদুনা থবক্কী চৎন-পথাপ ইবা লাইরিক মচা অমা পুথোবক্লগা হায়বকই— "গোপাল, নঙনা খঙলিবদুনি। ঐগী ইথক্তা কম্পেনীসিদা কনাসু লৈতে হায়বা। অদুবু ঐদি নহোয়গী লোইশঙ অদুদা তোয়না চৎনুবগী মতম ফংদ্রি। অদুই মথক্তা তৌফম থোকপা খুদিংমক লোইশঙগী থৌপুবা মকোক্তা শিন্নদুনা, মানা মাগী মখা থাবা থৌমীশিংগা লোয়ননা পাঙথোকমীন্নবিবনি। মহোয়শিংদুগী মবক্তুদা নঙসু য়াওবিবনিনে গোপাল।"

মহাক্না লাইবিক মচাদু গোপালদা পীবগা মখা তাবকই— "সেঃ মসি 'বোস মচা'গী ফম অদুগী থবক্কী অখন্নবা চৎন-পথাপ য়াওবা লাইবিক্লি। নঙ সি ফজনা পাবো অদুগা হৎচিত্তগী নঙনা পামদ্রিবা মীদুগী চৌক্রি'দুদা ফম্মো। ঐনা মাবু অতোপ্পা থবক অমদা পূং নিফূনিপানগী মনুংদা হোংদোকঅগনি।"

মদু তাবদা গোপাল, ইগুক-গুরুদুনা মমীৎ লাওথোক্লগা মাগী কাকাদা য়েংলগা হায়বকই— "হায়বিবিসিবু কাকা।" খোঞ্জেলদু লকক-লকক্লখি।

মাগী কাকানা মাগী *(গোপালগী)* মনমগন্দা পোপ-পোপ থাবগা চীংলেম্না হায়বকই— "ঝাকগনু, ঐসে নঙগী কাকানি। নঙনা নঙগী নথৌ পাঙথোকপদা উৎলিবা অচুম্বশিংদু ঐ খঙঙি। অদুনা হৌজিক্তি লাইবিক মচাসিদা য়াওবিবা চৎন-পথাপশিংসি নঙনা নঙগী অরোইবা বোসনি হায়না খল্লু। মসিবু চপ চানা ইনবা ঙমদ্রবা, নঙসু ফত্তবা বোস হায়বদু তাগদৌবিবনি। মসি নঙগীদমক্তদি লাইরানি গোপাল।"

"ফগনি কাকা।"

গোপালগী মায়থোঙদা কৃপশিল্লন্না ইকাইবা অমদি পেন্দবগী মমি অদুগী মবক্তা নুংঙাইবগী মঙাল অমা ফাওবক্লম্মী। মখূৎ অনীদু নোইব-নোইবগা মখা তাবকই—

"ঐ, কাকানা হায়বীরিবসিমক চপ চানা পাঙথোকচনবা হোৎনজগে।"

মাগী কাকানা মীৎ কৃপ্তনা য়েংলগা, মঙক নোল্লগা হায়বকই—

"চৎলো অদুদি। নঙ ঙসি ছুতি লৌই হায়বদাই। ফজনা পাকবো য়ূমদা।"

গোপালনা মাঙ্গোলদগী কৃমথবক্তুনা শুমাঙদা লৈবিবা মাগী গাড়ীগী মনাক্তা চঙলকপদা মন্দোমচানা চা পুথোবক্লগা হায়বকই—

"গোপাল, চা পুথোবকএ, ঙাইখোও!"

গোপালনা গাড়ীদু অমুক-অনীবক লৈখত্তুনা ঙংহল্লগা হায়বকই—

"য়াবনি ইন্দোমচা! মথং লাকপদা ওইনা থকঅগে।" 'সি হায়বগা গাড়ী থৌদোকখিবন্মী।

নুমিৎ নীনী মতুংগী রানি। ঙসিদি গোপাল 'বোস মচা' গী ফম পায়দুনা থবক হৌরে। থরায়-হকচাং য়াওনা মাগী থবক্কী চৎন-পথাপ্পু ঙাক্লা থবক তৌজে। অসুম্না মতম খরা হৌরবতুং' নোংমা ইথা থাজদনা মাগী মবমদা মখা থাবা থৌমীশিংনা মুকম-মুকম ঙাঙনবা হৌবক্লম্মী। খবনা হায়—

"হন্দক্কী বোস মচা'সিদি বোস মচা নত্তে বোস অচৌবনি। মঙোন্দা, ঙাকপীবা

নৎত্রগা কোমথোকপীবগী হৈনবী লৈতে। থবক্কী চৎন-পথাপ্পা ফজনা পুনখ্রমালে।" হবনা হায়—

"হান্নগী বোস মচা'দুনা শাথীনা মী লোয়নবা হৈ। হন্দক্কী'সিদি তৌগে হায়না তৌবা মাল্লি। কা-হেন্না চেকশীনমনখ্রে। ময়াম পূন্না নোকমীন্নবা ফাওবা ওফিস্তা অদুক হৌনা নোকপা য়াদে হায়বে। থবক তৌমীন্নবিবশিং অনীদগী হেন্না পৃন্দুনা রাবী শাবা য়াশিল্লক্লে। ওৎপা য়াবা ওৎপা হৌবে", হায়বনচিংবা কয়া কয়ানি ঙাঙনরিবা।

অশেংনমকসু গোপালনা, মথক থোংবনা রা ঙাঙলক্তনবা হোৎনবদা থবক্কী চৎন-পথাপকী রাংমদা মশানা শেমজবা চৎন-পথাপ মচা কয়া অমসু হাপচিল্লস্মী। মদুগী মথক্তা থৌমীশিংদগী, মতম চানা ওফিস কাবক্তবগী, ফিজেৎ মওং তানা শেৎলক্তবগী, ছুতি নুমিত্তা ফোন সুইতস ওফ তৌবগী ফাইন্নচিংবসু য়াওবিবনি।

মাগী কা-হেন্না চেকশীনবা মতৌসিদা খাঙবদা রাববা থবক তৌমীন্নবিবশিংনা মাবু মশা তাহন্দনা 'ফাইন ওফিসাব' হায়না মিংথোল পীবিবস্মী। মদু গোপালগী নাকোং য়ৌবক্তবা নত্তে। মদুনা মবম ওইবগা মহাক্লা, নোংমা মিতিং অমদা মাগী মখাদা থবক তৌবিবশিংদা চৈখি—

"লাইবিক্তি হৈবগা লাইশু খঙদবা; থৌমীদি ওইবগা থবক্কী চৎন-কাঙলোন মশক খঙদবা, খঙওবসু তৌনীংদবা থৌমী মশীং যাম্মে। মথক থোংবদা হৌন-লোনচৎ ফজদবা, মীরা ঙাঙনবগী হৈনবীদা লৃপ্পবা কয়া অমা লৈবে। 'সুমহাইন'সুম তৌববদি কম্পেনীসি মৃৎপা তাবনি। ইশেং শেংনা হায়জববদা, পৃকচেল শেংনা ইশা-ইশাগী থবক পাঙথোকপা ঙম্মোইদবা থৌমীশিংদি মশানা খঙনা লেম্লা থবক থাদোকপিবনদুম চুম্মবনি। থৌমীদি অমা তোকখ্র' অমনা শিনবা য়াই, অরাৎপা লৈতে। অদুবু কম্পেনীদি মৃৎপা য়াদে হায়বসিমতং ময়াম্লা কাউবীদবা ফৈ।"

ময়াম্লা গোপালবু ফাউন্দবগী নক্লবা মবী-মতানি হায়বদু খঙঙি। মখোয়না মবু কিদ্রবসু ফাউন্দববু কিবদগী রাদি ঙাঙলকখিদে। অদুবু থম্মোয়দদি মুরূম-মুরূম শোন্নখি।

নুমিত্তুগী মথং' নুমিত্তা থৌমী অয়াম্বা মবম হায়দনা ওফিস কানবক্লমদে। গোপাল লাংতক্লে। অসুম্না নুমিৎ হুন্নি শুজিল্লক্লে। মদুনা মবম ওইবগা ওফিসকী থবক্তা হায়নীংঙাই লৈতনা অকায়বা থোক্লম্মী। লোইশঙগী থৌপুবা মকোক্লা গোপালবু কৌদুনা ওইবক্লিবা পামদবা অহোংবদুগী মবমদু হংলম্মী। গোপাল পাউখুম পীবা ঙমখিদে। মহাক্লা ফোন তৌদুনা হংবদা লাক্তবশিংদুনা— মশা ঙমদবগীনি, মচা নাবগীনি হায়বনচিংবা মখল-মখাগী পাউখুম কয়া পীনবক্লম্মী। বাখল লৈতাফম খঙদ্রবা গোপাল, ফুম্বংনবা মতৌদা, লম্বীদা গাড়ী থৌরি হায়বা ফাওবা কাউনা ওফিস কুন্নকখি।

নুমিত্তুগী নুমিদাং অথেঙবা ফাওবা গোপাল তূম্বা য়ারমদে। থৌমীশিংবু অমুক হন্না হান্নগী মতৌগুম কবম্না থবক তৌহনগনি খনবদা অবাবা ঈপাক্তা ঈবাক্লবম্মী। মহাক্লা অসুম্না ফুম্বংনবিঙে, মোণ মনাক্তা থম্লিবা ফোন্দুনা মাবু খংগ্রেক খংহনবমখে খীংলকই। গোপালনা শং লৈশীন্দুনা য়েংলুবদা মাগী কাকানা তৌবকপা ওইবম্লে। মহাক ফোন্দুদা মীৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈ; খল্লি—

"অফবা পাউদি ওইববোই।" খিংবা লেপত্রবদি ফত্রনিদা খল্লি। অদুবু, অদুম পোখা-পোখা খিংদুনা লৈবে। উপাই লৈত্রমালে, পায়খৎলি।

"কাকা!"

মদুদা, মাগী কাকানা মাবু হয়েং অয়ুক ঙন্না লাকউ, চা-অশাবা অমমম থকমীন্ননবা হায়দুনা হায়বক্লম্মী। অদুগা মখা শাংথবমদনা ফোন থমখিবম্মী।

গোপাল, অহিংদু শূক্লুম তূম্বা য়াদনা নোং ঙানখিবম্মী। চীন-য়া হাথু-হাথু শেংলগা মাগী কাকাগী য়ুমদা লাক্লম্মী। মহাক্লা হেক উবমক্তদা, মাবু ঙাইদুনা লৈবম্বা মানবা, মাঙ্গোলদা উংদুনা ফম্লম্বা মাগী কাকাগী শকফম অদু নুংঙাইতবা লোৎপগী শক্লোন ওইনা উবম্মী।মাগী মমাঙদা লৈবিবা তেবলদা ফাইল অমসু লৈবি।

গোপালনা শোব ফাওবা কন্না হোন্দনা, মক লূকথনা চঙলক্তুনা মাগী কাকাগী নাক্তা, চৌক্রি অমদা ফম্লবে। মোং হাদনা তপ্লপ-তপ্লপ্না মাগী কাকানা হায়বকই—

"গোপাল, হৌজিক্তি নহাক চপচানা খঙঙম্মনি, ময়ামগী লুচিংবা ওইবা

হায়বসি কয়াম য়াবগে হায়বদু। কবি খল্লি, নঙগী নখৌ মায়পাক্লা পাওখোকই হায়না খল্লিববা হৌজিকসু?"

গোপাল মায়থোঙ মকশীল্লি।

"নহোয়গী 'বোস মচা'দু ফত্তবা বোস ওইনা উখি নঙনা। মানা লৈবিঙেদদি মসিমক্তি থোকঅমদবনি। কমদৌননো খঙদে, ঙসিদি মেনেজমেন্ত মপৃংফানা ফেল ওইবে।" 'সি হায়বগা ফাইলদুদগী চে অমা পুথোবক্লগা য়েংহল্লকই। মদু গোপালগী মখাদা থবক তৌবিবশিংদুনা ইবকপা য়াকৎ-চেনি।

"সে- উবেদনা। নঙনা মহোয়শিংসিবু নীংথিনা লোয়নবা ঙমদবগী খৃদম!"

গোপাল, চে-দুদা মীৎচিনা হাইফেত্তং য়েংলল্লগা অমুক মক লৃকথখি।

মাগী কাকানা মখা তাবকই—

"মসিনি, তেল্লবা মতম খবসিদা হোংঙকইবা, পামদবা অচৌবা অহোংবা। মতৈদি ঐ হায়ববোই। খবসিদা হায়বগে। হৌজিক্তি মহোয় অমত্তনা নঙবু য়াদ্রে। 'সিনি গোপাল,থেংনবগা খঙঙি থবক হায়বসি,নত্রনে?"

ফনা কুইনা মখোয় অনীমক য়া-লান ঙাঙনদনা লৈকবগা গোপালনা শোল্লপ হায়বকই —

"কাকা - বোস মচা'দুবু হৌজিক কদায়দা...?"

খোন কল্লপ খুন্নকই—

"কবিগীনো মাবু নীংশিংঙকইবদি । মাসু নঙগুম্না ফত্তবা লুচিংবা ওইখিবনি। অদুবু নঙোন্দগীদি মানা ফখি হায়বসি নঙ য়ানীংঙিকো। ইশম শম্না হায়ববদা, মাবু য়াদবা মী মশীং য়ামখিদে। অদুবু, নঙবু য়াদবা মী মশীংদি চাম্মদা চাম্মা হায়বদু ওইবেকো গোপাল। নঙোন্দা চা-পীবা কুমাব খক্তা ঙায়হৌবে নত্রা? মাসু নঙনা নোংমা, চা হাউতনা লোল্লকই হায়দুনা ঙাঙখিবা লৈকো। মদু পূম্না ইশিন্দুনা থম্না চে-চাংশিং ফাইলসিদা য়াওবি।কবি খল্লি-থবক মখা চত্থিগে হায়বিববা হৌজিকসু?"

"কাকা, ঐ থবকসি তোকচবগে! ঐ ইশানা য়াজবে কাকা!"

গোপাল 'মায়দু থমফম লৈতবগী মতৌগুম হৃৎ-হৃৎ লৈথোক্লনা খাঙঙি।

মাগী কাকানা অর্থনা য়োন্নবা খূৎনোক অমগা লোয়ননা হায়বকই —

"থবক তোকপদুনা ব্রাবোয়শিন নত্তেনে গোপাল। খঙবদুনি।কমদৌনা মী লোয়নগদগে হায়বদু। তোকপদি লায় কৈনো। লাকপিদ্রগা লোইবে। মদুনা ফৎচীল্লক্লিবা ফীভম'সি ফগৎহনবা ঙমগদবদি নত্তেদনা। অদুগা মসিগী মতাংদা নহোয় বোস মচাদুসু নঙগা খবা মান্নে হায়নীংঙকপা মতাং য়াওবকই। মাসু মী লোয়নবা হৈবা ব্রাৎলি হায়বগী খূদম-চাংদম লৈখিদনা। মদু নঙ খঙভিকো?"

গোপালনা মকোক হোৎল-হোৎলদুনা খোঞ্জেল মেঙনা খুন্নকই—

'খঙদে'

মাগী কাকানা মফৈগন্দা খূৎপাক্লা পোপ লাউনা থাজবগা য়াংলেন চপ তিংখৎলগা হায়বকই—

"খূদম-চাংদম হায়ববু নঙনা মাবু য়াখিদবদুনিদনা। নৎত্রগা মানা নঙবু য়াহনবা ঙমখিদবদু। মসিদা অমনা শোয়বা নৎত্রগা অনীমক্লা শোয়বা লৈবেকো গোপাল। অদুনা ঐনা মাবু মতৌ কবম্না, থবক তৌমীন্নবিবশিংবু লোয়নগদগে হায়বগী মতাংদা ত্রেনীং তৌহল্লিবনি। মহাক থবক মফম হোংবা নত্তে। হৌজিক্তি মাগী ত্রেনীংদু লোইবে। মহাক হয়েংমক মাগী হান্নগী মফমদা অমুক হঞ্জিল্লগনি।"

গোপালগী মায়থোঙদু ইকাইবগী মমিনা কূপশিল্লম্মী। মবাল লৈববা মী অমগী মতৌগুম মাগী ব্রাখল অমদি হকচাংদু ইতূক তূকথবম্মী।

মাগী কাকানা মখা তাবকই—

"অদুগা নঙসু তোকখিগনু। নঙনা খেংনখিবা খুদোংচাদবদু নঙগী ত্রেনীংগী শকক অমা ওইখ্রবনি। নহাক ত্রেনীং অমা হৌববনি গোপাল। হৌজিক্তি ঐনা নঙবু, মাগা মান্নবা থাক্তা থবক তৌবা ঙম্মগনি হায়বা থাজবে। অদুবু হৌজিক হৌজিকমক্তি নঙ, মানা চত্থিবা ত্রেনীং অদুমক চত্থনবগীদমক ঐনা নঙবু হয়েংমক ত্রেনীং সেম্ভবদা থা অমগী ওইনা থাবা পাম্মী। অদু নহাক ফজনা খল্লো, য়ানীংব্রা য়ানীংদব্রা হায়বদু।"

তাঞ্জাসিদা মন্দোমচানা চা পুথোবকই।

মাগী কাকানা খূদাঙ ঘড়ীদু য়েংলগা হায়বকই—

"ঐনা হায়বিবা ব্রা-সি নঙনা য়াবে হায়বদু উৎপা ওইনা নন্দোমচাগী অশাবা চা'সিমসু থক্তোকও।" 'সি হায়রগা নোকফেৎ তৌবন্লগা ফাইলদু পায়দুনা ইমুংদা চঙখিবম্মী।

"গোপাল চা-থকসি।" মন্দোমচানা হায়বকই।

গোপালনা মখু নাল্ল-নাল্লদুনা ইকাইবপ হংঙি—

"কাকাগীদি ইন্দোমচা?"

"নঙ কাকাদি থকঅবোই। মাদি হৌজিক চাক চাবগা, শিলচবদা মীফম অমা গ্রিসাইদ তৌকনবৈদমক ফ্লাইত নংনবা এয়াবপোর্ত্তা থুংঙুদৌবিবনি। চা অমুক থক্লুনা লৈবগী মতম লৈত্রে।"

গোপালনা, মন্দোমচানা পীবিবা চা-দু লৌবগা তপ্লপ অমুক্তং চিংলগা মতং-মতং হায়বকই—

"ইন্দোমচা, ঐনা কাকাদা হায়বদি ইকাইবে। কাকানা হায়বদু ঐ য়াজবে হায়না ইন্দোমচানা খবা হায়বীয়ু।"

মন্দোমচানা নোকমি-নোকমি খুন্নকই—

"হোয়দা' অদুবুদি নঙ চা-থকইদুদি!"

---

৫ সেপ্তেম্বর, ২০১২

# মীখল মতৃংসিদা

● হন্দক মরকসি নন্দবাবু ৱাখল লৈতাদে। নহান নোংমা তোনম্নানা—

"ইতাওবী ভোৎ লেপ্নিংবরা, পৈশা-নুংশা তিংদবীদা", হায়না পল্লম্বদু অদুম হঞ্জিন-হঞ্জিন খন্দুনা লৈবে। তোনম্নাদা মখাতানা হংলুবসু ইকাই'গুমসু তৌই। অমুকসু ৱাফম অদুবু ওইথোকপা য়াববা হায়না চিংন-ৱাখল খল্লি। অসুম্ন লাংতক্লবিঙে' নোংমা অয়ুক অমা তোনম্নাদু নন্দবাবু উনবা অমুক লাকখি।

"ইতাওবী, ইতাওবীদা হান্নসু হৌদোকচরম্মে। অদু, হন্দক্কি মীখলা ঐখোয় কেন্দ্রগী মীবেপ অমা ওইনা লেপ্পীদবা য়াদ্রবনি। শেল-থুম চঙগদব পুম্নমক ঐখোয়'দলনা পুথোক্কদবনি। মকওইনা, ঐনা দায়ত্ব লৌজবর্বা লাইবিকসু হৈবা, য়েংবদসু চীংলেম্বা মীসি অসুম থিবকপদা ইতাওবী নত্তন অতৈ...।"

নহানমখে তোনম্নানা হায়বম্বা ৱাহৈদা লাংতক্লবম্বা নন্দবাবুদু ঙসি তোনম্নামক্তা "লেপ্পীদবা য়াদ্রবনি"ককা হেক্তা হায়জীল্লকপদুদদি খুমফম চেক খঙখিদ্রদুনা ইক-আক লকক্লবদুনা ঙাইহাক লৈখি। অদুদগী নোকমি নোকমিবদু হায়বকই—

'ইতাওবী, বাজনিতীগী হীবমসিদি ঐদি ইপঙ পঙজবিবনি। হয়েং ইচোপ চোপ্নদৌ শরুক লমসিদা হৈ-শিংলবা অতোপ্পা মীওই অমা লেপহনবন চুম্মোইদ্রনে?"

"বাজনিতীগী ৱাদি লম'সিদা চঙঙগা অদুম হৈজবক্কনি। কনাসু মমা পুক্লুংদ হৈদুনা থোবকপা নত্তে। মীবু থাজনবা শেমজিন-শাজিনবা ৱা মতৌ মান ঙাঙবদি ইতাওবীসু হৈনিদনা?"

"অস - মদুনি ঐনা হৈবোইদৌবি'সে!"

"হোয় - শেমজিন শাজিনবা ঙাক্তা ঙাঙগদববুদি নত্তে। অচুম্বসু ঙাঙদবা য়াদবনি। তঙাইফদ্রগদি লিলা-দ্রামা তম্বিবগুম তম্বিবা তাবেদনা।" 'সি হায়রগা তোনম্না ফাক-ফাক নোক্লকই।

নন্দবাবুসু নোক্লদুনা খুন্নকই— "লোইবেদনা ঐদি! হৌজিকপু লিলা-দ্রামাগী শক্তম লাংবা অমুক শাখি'দৌবিব্রনে ঐবু।"

"পঙলু লুনসু খঞ্জিনবীকনুদা ইতাওবী। ইতাওবীনা ঙাঙবা হৈনবোইদবা মতাংদনা ঐনা হেক্তা ঙাঙঙগা লোইবেদনা।"

নন্দবাবু লকক-লকক্লা খুন্নকই— "হোয়- ঙাঙবা শকপদুবুদি হৌব্রগা অসুম হৈনবকপসু য়াই। অমবোমদা, চোংখৈ চোংথোকউবগা কাহৌদ্রেকাইনা অমুক হঞ্জিনবদুনি ঐনা মায়'সি হাইগৎপা ঙমজবোইদৌবি'সে।"

"ইতাওবী, থবকসি ওইনবা শীল্লিবসি নঙগী নতাও নুংশিবা তোনম্নানি হায়বসি কাউবিবমালে। পূকচেলদা লেপ্পু, কাববনি কাববা। ইতাওবীনা শেল তিংগদবসু নত্তে। খুদোংচাবা হায়বসিমক্তবু অনীবকসুনা হল্লক্তবনি হায়বসিমদি কাউবীনু।"

নন্দবাবু খুন্নক্তে। মঙক্তি নোম্নকই। অসুম্না ঙাইহাক ৱাবী শান্নববতুং' তোনম্নাদু মোন্দা নুংঙাইনা হনখ্রে।

নন্দবাবুবু এম. এ. পাসনি। থবক্কী নাতে অমা চাহৌদবদগী চেং-হৱাইগী দুকান ফমদুনা শেন্দান লম্বী শেমজবিবা মীশক্নি। দুকান্দগী ফংলকপা শেন্দোং অদুনা ইমুংগী অৱাৎ-অপা মেন্নবগী মথক্তা মীবমদা লাইবিক তম্নিবা মচানুপাগীসু থাগী কায়দনা শেল থাবিবনি। অদুবু হন্দক-মবক্তি দুকান চাং নাইনা ফম্বা ঙমদ্রে। তোনম্নানা কোয়পু পুদুনা বাজনিতীগী পাবা তম্বীবি।

ময়ানুপানা ভোৎ লেপকদৌবে তাবদা নোংমা মেবাজাউদ্দু শাউবংননা লাক্লুনা ঙাঙলখি— "নন্দবাবু, নঙনা ভোৎ লেপকনি হায়না তৌবিবসি ইকৃদি লেপহন্নিংদে। ভোৎ লেপ্পবু তবাই তবাইবা থবক্নো। শেল কোকথোং অমা চঙগদৌবিবনি। হয়েং কাহৌদবা থোকঅবদি অপঙবা হায়বদু তাহৌগদৌবিবনি। মতম'দুদা নঙগীনি হায়বা

কনাসু লৈবোই। শেল য়াম্লা থোক্তবা নওগীদি মসিদা খোঙ থাংজিন্দবনা ফগনি।"

মকুবোক্কি বাদু তাবদা নন্দবাবু, নোকমি-নোকমি পাউখুম্নকই— "পাজি, শেলগী বাদি দলগী মীওইশিংনা পুথোক্কনি হায়রিবি।" মেবাজাউদু খোন খংকন কনখৎলকই— "হোয়নে - অদুবুদি ঐসু তাবেনে। অদুদা নওগীসু খবদি তিংদবা য়াবোইনে । মতম লৈবি, নঙ খস্থৌকো...।" অসুম্না বাবী শান্নবদা ফিবেপ অমা তাবা ঙমদনা মেবাজাউদু ময়ূমদা হনখি।

মথং' নুমিত্তা তোনম্না মশামক লাক্কুনা দলগী মায়গৈদগীনি হায়দুনা লুপা লিশীং মঙাখক পীবৈ, অবাকপা মীশিংবু পীজ-পীথকপদা শীজিন্নবীয়ু হায়দুনা। তোনম্নানা শেল পীবা হৌবকপদগী নন্দবাবু, মৈবানবীনা মৈ উবদা শিনি-নানি খঙদনা পাইশিনবগুম ভোৎকি মৈবীদা মৈবানবী শাদুনা চঙশিল্লে। দলগী খূদম য়েকপা, মীয়ামগী মীবেপ নন্দবাবু হায়না থাববা পোস্তব, বেন্নব, ফেস্তুন, লিফলেৎনচিংবা কয়া লম্বী-সোবোক অমদি লৈকাই- লৈকাইদা থেৎপা য়াবা, চাইবা য়াবা, ঙমজবী থাদুনা মীয়ামদা শন্দোবল্লি। "নন্দবাবুবু লৈবাক মীয়ামগী থৌগল ফংহনবিয়ু।" হায়বনচিংবা নোঙ-বাহে কয়া'মা মাইক্তা লাউদুনসু চৎলি। মীবেপ মশামকসু অঙৌবা মচুগী ফিজোল শেৎলদুনা দলগী মীওইশিংগা লোয়ননা যুমথোঙ খুদিং চঙদুনা ভোৎকীদমক কোক নোল্লবে, মোমোন হাইফেৎ নোক্লদুনা। মাগী মওং-মতৌদু উবদা লোয়নবিবা মব্দপশিংদা তোনম্নানা মীৎচি থক-থক খত্তুনা নাশোন পীক্লা হায়বকই— "বাজনিতীগী মী মান্দ মান্দ্রো 'খোয ইতাওবীসে"। 'সি হায়বগা নন্দবাবুদা অমুক ওনশিল্লকই— "ইতাওবী, শোয়দ্রেহে; লাই খুকম্মু। ইতাওবীবু উবদা তবাম-তবাম তৌবক্তবা, য়াইফপাউ পীবক্তবা অমত্তসু য়াওবক্তে। নত্তে - ইতাওবীবু কুমশি চহীসি বাশিফলদা কবিদ ফম্বগে?"

"ফমগী বাদি ঐসু খঙদেবো ইতাও! উচীবা, লিনলা, হৌদোংলা!"

"এঃ মদু অমত্তা ওইবম্মবোই নোংশা, কৈ, শামুগুম্বদা ফম্মমদৌ মাল্লি!" মদু তাবদা মযাম বা লাউনা নোকখি। নন্দবাবুসু ময়ামগী পোইবৈ য়েংলগ নোকশীল্লি। অদুবু মশাদা, চৎমীন্নবিবা ময়ামদগী তোঙানবা, হায়ফম খঙদব ইথিল অমদি ফাওই।

ভোৎ মমাঙ, মতম খবদু নন্দবাবুগী ময়ুম ইবাঙতা লাঙদুনা লৈ। লাকখ্রিবা মবী-মতা, নহাবোল' কাঙবু কয়া, লুপ কয়া'মা ইতৎ তত্তে। হায়বে— "অদু শাবীয়ু, অসি শেম্বীয়ু, লৈকাই হুপ্পা ভোৎ থাদহঞ্জগে। ঐখোয়' খূত্তা ভোতব হুম্ফু লৈ, ঐখোয়গীনা চাম কূন্থা, ঐখোয়গীনা চনী মঙা; শেলগী মতেং পীবীবগদি ঐখোয়গীদি ভোতব চহুমদি শূকশোয় শোয়বোই।" অসুম্না মাগী মাগী অঙম্বা উখোক্লদুনা দাবী মচা মচা তাল্লখি। মদু পূম্বা, তোনম্লানা ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা মীয়ামগী অপাম্বদু থুংহনখি। অদুগা ইতৎ-তত্তনা নন্দবাবুদা, অবাকপা মীবু পীজ-পীথক্লবা শেলসু পীবম্মী।

লৈকাইগী লৈশাবী খবসু মতাং-মতাংদা মতেং পাংববুদি লাকখি হায়ববু থবোমচা লৈবঙ মনাক্তগী ইহেন হেন্দোকপা ঙম্লমদে। কুচু ফাওবা ওনখ্রে। তল হৌবগী লোইবা নাইদে, চা লোনবগী খম্বা নাইদে। নন্দবাবুগী য়ুম অচৌবা হোতেল অমগুম্লে। অদুবু, "চা-কপ অমদা ভোতব অমদি শোয়ববোইদনা" হায়নদি খন্দবা নত্তে। পুম্নমক্না মাবু থাগত্তুনা থকখি-চাখি। নৌবিঙৈদদি থবোমচাসু মপুবোইববু থবক'সিদা মায় ওনশিনহন্নীংঙমদবনি। অদুবু ময়ামগী মওং মতৌসি উবগা মপুবোইববু মপূক্লিংদা শৌগৎচৈ। ভাবনা পঙখনসু খল্লিল্লুই— "ইপুবোইবনা মন্ত্রী ফম হেক কাবা! ঐনা লৈমবেলগুম পুঙ্গিসি মবেক-মহাও থোক্লা হেক লেনবা!" অসুম খল্লুবদা থবোমচা মতোমতা নোক্লকই। অমুকসু খল্লি— "অদু ওইব'দি ইমৌ থিবসু ব্রাববোই। ঐখোয়বু ঙাই ওইগে'না ওমশীল্লক্লদৌবিবা ময়াম'সিনা অমুক্তোইবা তাম্বোক্লবগা ঙম্মোইদৌবিপোৎনি।"

মহৌশানা থবোমচা লাইনীংবা কল্লি। হন্দক ভোৎ ময়া নীনী-হুম্লিশী হান্নদগী খংহেন হেনগৎখ্রে। ইমুংগী সনামহী লৈমবেলদা ধূপ-থাউমৈ কত্তুনা নোংমদা অহুম্লক খুকমজবগী মথক্তা বামোনগী লাইশঙদা চত্তুনা অয়ুক খূদিং হৈ-লৈশূ কৎলুবি।

লাঙলম নিল্লম্বা কয়াগী মবক্তা মীখলদু মায়পাক্লা লোইশিনখ্রে। ঙসি অসিনি ফল লাউথোক্লদবা নুমিৎ। নন্দবাবু, থবোমচা অনীদু ব্রাখল লাংতক্লনা

মপৃক্লিংদা লাই খুকমজে। অদুবু মীনা নীংবনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। নন্দবাবু মায়থীহৌবে। পাউ'দু তাবদা মহাক মকোক ঙাওদুনা ব্রাম্থখি। যূমলোন্নবশিং চেনশিন্নবক্তুনা মাবু লায়কন্নখি, জ্ঞান তাহল্লকখি।

মথং' নুমিৎনি। মায়থীখিবগী নুংঙাইতবা ব্রাখল কোক্তি নন্দবাবু। অমবোমদা, তাল্লকসিদা অমুকসু মচাদা থাখিনবা শেল লৈতবগী মবম্লা মতৌ-মনাওদু ফুম্বংনবি। শেলগী লম্বী'সুম থিবকপদা ভোত্তা চাদিং তৌখিবশিংদু নীংশিংলকই। তোনম্লানা ইতৎ তত্তনা শেল পীবকখিবা লৈদুনসু কোন্নদবা মতাং কয়াবক্তা মশাগী ফৃবিৎখাউদগী পুথোক্তুনা শীজিন্নব্রে। মদুশিংদু তোনম্লানদি খঙখিদ্রি, নন্দবাবুনসু হায়খিদ্রি। চঙশিল্লুববা কৌবনিনা মাগীসু খবদি তিংবা তাবনি হায়না খনখি। অদুম ওইনমক তোনম্লাদা অমুক্তং খঙহনবদি পাম্মী। অমবোমদা, তোনম্লাদি নোংমা-নীনী মমাঙদগী নন্দবাবুহোয়দা লাকখিদ্রে। অদুবু ভোৎকি ফল হায়দোকখিবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা গঙ্গা লল্লোনবা লুখোইগা বিস্লোদা নোকমীন্নবদুনা অব্রাং পাংনা হাইগৎখিবদুদি নন্দবাবুনা লাপ্লপ, মাঙ্গোলদা ফম্ল-ফম্লা উহৌই, কৌবদি নংহৌদে।

অসুম্লা মতৌ-মনাওনা শেলগী ব্রাখলদা উংলিউে' মখোয় লৈকাইগী হোতোল ফম্বা বাবৈদু চঙলকই। হংলকই ইতপ তপ্পা— "ভোৎ কাহৌদে হায়বগী নুংঙাইত্রিব্রা, আ-য়াম্লা লুনসু খজিল্লুনুদা।" মাঙ্গোল কাখৎলক্তুনা থৌদেল্লগা মখা অমুক তাবকই— "নন্দবাবু, তোনম্লাদি গৌহাতী চৎখি হায়বি। অদু মানা হায়বম্বদি মা মশা লৈত্রবসু নঙোন্দা খঙহল্লু হায়নে।"

"ইতাওবী গৌহাতী চৎখি হায়বা। অদো খুড়া, খুড়ানা ঐঙোন্দা হায়নীংঙিসিবু কবিনো?"

"নহান ভোৎ নুমিত্তা নহোয় দলগী মীশিংনা ঐগী হোতেলদগী চাখি থকখিবগী লুপা চহুম নিফৃ পীগদবা ব্রাংলিনে।" ঙাঙন-ঙাঙনা মাঙ্গোলদা থাবিবা ফানশাং'দুদা ফমথবকই। নন্দবাবু ইঙক ঙকই। তাঞ্জাসিদা শেঞ্জাও পাযবা বিপিনদু মুকম-মুকম শোন্দুনা শুমাঙ য়ৌশিল্লকই।

"মীশিংসে ওক্তি ঙকপজাংনি। শেল লৌখে লৌবগা পীবমদাইদনা কোয়চে

চেন্দুনা লৈব'দি মতুংদা কনানা পীনিংগনি। অদুবু ইবুংঙো নন্দবাবুদি লৈবিদনা।" নন্দবাবু, থবোমচা, অনীদু ভাব-মেন তাদনা ঙকচানৈ। বিপিন, মখা তাবকই — "হায়নখিবা নুমিত্তগী মবী-মঙানি মতুংদা লৌবীবগে খল্লম্বনি। অদুবু তঙায়ফদবা মতাং থোকএ।"

নন্দবাবু, পীশুম শূকচীল্লদুনা হংলকই— "খুডাগীসিবু তোনম্নানা শেল পৃথিবগী ব্লাবা?" শাউগল্লবা বিপিন্না খুল্লকই— "কবিনো অমুক ইনৌ-নৌনা হঙ্গৎলকইসিবু। লুপা লিশীং তবানিপান্নিদনা পৃথিবদো। ভোৎকি ফল লাউথোকপা নোংঙানবগা মথোই য়াওনা পীগনি হাযখিবনি।" বাবৈদু, মখোয়না ঙাঙনবিবদু তাবদা ইঙক ঙকই। নন্দবাবু মায়-মীৎ ইশা শাগৎলকই। হায়বকই— "কবিনো খুডানা তাকপীবিবসিবু, ঐদি মঙগুম থোকএ। তোনম্নানদি মীঙোন্দগী শেল পৃবগী মতাংদা ঐঙোন্দা খঙহনবা অমত্তা লৈতে। মানা শেল-থুমগী দায়ত্ব লৌদুনা ঐ ভোৎ লেপচখিবনি।" মানা ঙাঙবা লোইহিন্রিঙৈ বিপিন্না শাউবপ ফৃবিৎখাউদগী চে অমা লৌথোক্লগা উৎলকই— "সেঃ যেঙগুসে' নহাক নশাবুদি শেল লৌবদু পাকখিদে হাযবদু ঐ খঙঙি। অদুবু তোনম্নানা নহাক্কী সোইসু য়াওবা অইবা চে অসি শেনফমদু লৌখিবা মতম'দূদা পীবম্মিবনি। ইবুংঙো নন্দবাবুনা কাউবীবম্বসু যাই, নীংশিংঙু।" 'সি হায়বগা বিপিনসু বাবৈগী 'নাক্তা ফমথখি।

অমবোমদা, চে অদূদা ইবিবদু পাকবদা নন্দবাবু মঙলাক্লবগুমম্রে। মবোলদি— "খুডা বিপিন্দগী ঙসি লুপা লিশীং তবানিপানখক ভোৎকি ফল হাযদোকপা ফাওবদা চামদা তবা মথোই কাবীদা পূজবি। ভোৎকি ফল লাউথোকপা নোংঙানবগা শোযদনা শিংজনি। শেল পূজবিবশিং, আব. কে. তোনম্না *(দলগী থৌবুবেল)* অমসুং কে নন্দবাবু *(মীবেপ)*।" তোনম্নাগী মিংগী মপাদা সোই অমদি সিল নম্লম্বদা নত্তনা নন্দবাবুগী মিংগী মপাদা শাজিন্নবা সোইসু তৌবম্মী।

নন্দবাবু মকোক হোৎলদুনা নুংশাশোব শাংনা হোম্বগা হাযবকই— "খুডা, চে-সিদা ঐ সোই তৌখিবা লৈজদে' খুডানা ঐঙোন্দা ব্লাকৎপীবগী মহুৎ তোনম্না মশামক্তা ওইনা হায়বীবো। মসিগী মতাংদা ঐদি কবিমত্তা খঙজদে।"

বিপিন্দু নন্দবাবুগী ৱাঙাঙ'দুদা ফূক হৌগৎলগা মফি কল্লদুনা হায়বকই "ফৈ-ফৈ! য়েংবা তাই, মবী-মঙানি অমগা। মদু ফাওবা হল্লক্তবা থোকঅর্বনি মহাক্কী মথক্তা আইনগী ওইবা লৌখৎফম থোকপা থবক লৌখৎকনি। পুলিস ওফিসাব কয়া, উকিল কয়া তোৎন-তিন্নবিবা বিপিন্নি হায়বসি মহাক কাউবমালে।" চৎকদগী খোঙকাপ অহুমদং থাংলুবগা অমুক ওনশিল্লকই মখূৎনে মশানে— "অদুগা নহাক্কী সোইগী মতাংদা ঐঙোন্দা চময়হনগনু। মদুদি নহোয় অনী শেংদোক্লজৌ। হুঁ-মাবু থাজকবা ঐসে শোযববনি শোয়ববা!" 'সি হাযবগা খোঙথাং কল্লপ থাংদুনা চৎখি। বাবৈসু ৱা মখা তাবমদনা মতুং ইন্নখি।

নুমিত্তুগী নুমিদাংদু মতৈ-মনাওদু নোংয়াই মতুং পূং অমা তাবফাওবা ভূম্ব য়াদনা তুমীন-তুমীন চেপথোক্লুনা হিপ্লবি। মবক-মবক্তা নুংশাশোব ফূইন-ফূইন হোন্নবি। খন্নবি মথম্মোয়দা, মচাদা থাখিনবা শেল কদাযদগী থিৰ্কসিগে হায়না অমবোমদা নন্দবাবুদি কোকচীকপমখৈ অমুকসু খঞ্জিল্লকই— "কবিগুগু ইতাওবীনা ময়ূমদা হঞ্জিল্লক্লবদি— অহল অসিনা ঐঙোন্দা চিংনবিবা কোকহনবা ঙমগদ্রা! আইনগী মতেং লৌবক্লুনা ঐবু নমদুনা শেলদু শিংহন্নবা হোৎনবক্কদৌবিব্রা?" অসুম্না খল্লিঙৈ' থবোমচানা মঙোল্লোমদা ওনশিল্লকুগা তপ্পপ হায়বকই— "হযেংসি ঐ ইপামদা চৎলুগে। অতৈ লাযবি, ঐখোং ইবুংঙোগীদু হান্না থাখিদবা য়াদে।"

নন্দবাবু ভাব তাই। অদুবু ভোৎ লেপ্তনবা হাযবন্না মকৃবোক্কী খূমদা মাগ নুপীবু শেলগী মতেং নিকনবা থাবদু য়াম্লমক ইকাইবম্মী। অদুবু মচীনমক্লা চৎখিন খাম্বদুসু ঙন্নমদে। অহিংচূপ্লা পোখাফম খঙদ্রবা ৱাখলনা নৈহৎপীববা অনি নোং-ঙাল্লমদাইদদি খঙহৌদনা তূমথনখিবম্মী।

অযুক্তা মখোয অনীনা য়াহৌবকপদদি নুমিৎ থোক্লল্লে। মাঙ্গোলদা পাউ চে তাদুনা লৈবল্লে। নন্দবাবু পাউ-চেদু পাযখৎলগা লেপ্ল-লেপ্লা শল্লপ-শল্লপ পাবা হৌই। 'সুম পাথবকপদা মনুংগী লামায়দা— "দিমাপুবদা গঞ্জা কেঃজি লিশীং অনী আমীনা ফাবে" হায়বা হেদ্দিং অমা থেংনখি। নন্দবাবু পূঞ্জি

থিংজিল্লী, কবিগীনো খঙদে। মানা মখা'সুম পাথবকপদা গঞ্জা লল্লোনবশিংদু কনা কনানো হায়বদুসু খঙলম্মী। নন্দবাবু স্বাই লাউখি। নীংবা কায়না মুক্ম-মুক্ম শোল্লকই—

"লুখোই য়াওনা ইতাওবীসু পুলিসকী খৃত্তা লৈত্রবা। শোয়দ্রে– মানা পৃশীল্লুবিবা শেলদু শিংদোক্লবগী উপাই থিবকপদা তাবিবা দষা ওইগনি।" অসুম্না ফৃঙ্গংনবিঙৈ' ঙবাং লাক্লব্বা অহল অনীদু তুংথ-মাঙথা থোঙ্গালদা চঙলকপদুসু উবকই। নন্দবাবু অশাংবা নুংশাশোব অমা হোম্ভুবগা খোঙলৈ থুনা ইমুংদা চঙলকই। লময়াইদা ব্লাইবম শেংলিবী থবোমচাগী মমাঙদা পাউ-চেদু থাদবগা শোল্লপ হায়বকই—

"ঐনা চিংনবম্বদু চপ-চানা থোকএ।"

'সি হাযবগা হেঙ্গবদা য়াল্লিবা মঞ্জুনববা ফৃবিৎ অমা শৎ লীৎশিল্লি। থবোমচা ঙকচানৈ। নন্দবাবুনা ফিংলপ অমুক মখা তাবকই—

"ঐ ঙাইহাক্তং থৈদুনা লৈকখিগে, ঙবাংগী অহল অনীদু অমুক লাকএ!" 'সি হায়বগা মনীংথোঙ ফাওনা প্রপ-প্রপ থোকখিবম্মী। থবোমচানা ঙক্লপ শোলহৌই—

"কবিগী থৈদুনা লৈকদৌবিনো। ঐখোযনা পৃকবসু নত্তবদুবু!" নন্দবাবু এখিদ্রে। মনীংগী লৈপন মকমদা লৈশীনখিবনা হানদ্রে।

তাঞ্জাসিদা, মমাঙথোঙলোমদা ক্রেক-ক্রাক লাউবা মখোল অমা তাদুনা থবোমচানা লৈদুনা য়েংথোবকপদা, বিপিনগা বাবৈগনা পর্দা খজিক্তং হাইদোক্লগা ময়া কাবদুনা মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈবম্মী।

---

● *জুলাই ২৮, ১৯৯৫*

# পবিত্র

● কাছাড়গী কাপ্তানপুবদা লৈবা চেঙগী মিল অমগী মপূ ওইবিবা, ময়ায় ওইবপ ইনাকখুনবা বাগিন্দ্র সিংহগীদা থবক-ইনখাং শূবিবা চহী কুনলোমগী নহানি পবিত্র দাস। কোই নীংথিজনা হৌবা, মপূক-মপাউসু ফবা নহা অসি থবক শূবদা হনবা লৈতবা মথৌনা লৈ।

দাস অসিগী ইমুং অদু পীক্লিবা মনাও অনী অমগা মমা মমীৎ উদ্রবী অমগনি থাগী তোলোপ খবা ফংজবা অদুনা ইমুংগী চাদিংশেল ওইনবগী মথ্ মনাওশিংবুসু লাইবিক তমহল্লিবনি।

পবিত্রহোয়গী খুঙ্গং বাদ্রিগ্রাম অসি কাপ্তানপুবদগী খোঙনা চৎপদা চু মচৈ অনী তুম্না থকপগী মতম চঙবা নত্তে। অদুবু নকই হাযদুনসু যূম্নুগী অথা য়াওদনা ময়ূমদা পঙচৎ চৎলমদে।

হন্দক-মবক অসি য়াউশঙ ময়াগা ওইবনে, পবিত্রগী মিল তকপগী থবক খংহেন হেনগৎলকখ্রে। তাল্লকসিদা অমুকসু, ঈশিং পূকচৎকি লায়না লৈব বাগিন্দ্রদু মাগী অনাবদু নোংম-নীনীসিদা খংহেন হেঞ্জিল্লকপদগী অম পোকচবা মচানুপা শামোবু পবিত্রগা লৈমীন্নবম্লবা হাযবল্লগা লাইয়েংশঙদ লাইয়েংলুনবা মাগী নুপীগা লোয়ননা চৎখিবন্মী। হৌজিক্তি যূম্নুবেম্নীনা তৌবস্ থবকশিংদুসু পবিত্রনা তৌবা তাবে। অয়ুক-নুমিদাং খাক্তনা মিল তকপগী মথক্তা ষণ-লোক শেন্নবা, ইংখোলগী ইঞ্চাং-নাপী ঈশিং চাইবা অমদি অয়ুক্কি রাইশাং লমশেংবনচিংবা পূম্বা মহাক্কী মথক্তা হৈথবে। অসুম্না থবক্লা য়োমদুন লৈবিঙৈসিদা মাবু লুহোংনবগী পাউ অমসু ময়ূমদগী লাক্লম্মী।

পবিত্র অহিং তূম্বা য়াদ্রে। খল্লি— "ঐগী শেল-থুমগী ফীভম 'সিদ' কবম্লা লুহোংবা অমা পাঙথোক্কদৌবিবনো।" খনবমখৈ খল্লবতুং', মাগী

খুড়ানা লাইয়েংশঙদগী হল্লক্লবকান' মতেং নিবগে খন্না লৈম্রে।

অয়ুক্লি। নহানমখৈদি শঙ্গোমশুম্বনা শঙ্গোম শুম্বা লোইবগা পবিত্রনা ষণ পুম্থোকই। অদুবু ঙসিদি যৌ য়াম্মনখিবনা খবা কুইনা তক্লে। তাঙ্গাসিদা শামোনা কৌবকই— "তা-পবি, শঙ্গোমশুম্বা লোইবে। ষণ পুম্থোকঅবো লাকও।" পবিত্রসু শবৈদগী যৌ-দু তকপা লোইশিল্লম্লগা বাক্সি ফাওবা শো লোনগনি হায়বা কাউদুনা থোঙদমক থিংজিল্লম্লগা শঙ্গোন তম্না লাক্লুনা ষণবী মপী-মচাদুবু ববাক তোর্ব্বান তম্না হোইবক্লম্মী। অসোমদা স্কুল চৎনবা শেম শাববা শামোদি মিলগী শঙ মনাক য়ৌম্রে। কুইববনি মানা তাঙ্গা ঙাইরক্লিবা। থোঙ শো লোন্দনা লৈবম্বদু উবদা পম্থদনা হাংদোক্লগা চঙলক্লে। অসুম চঙশিনখিবদা বাক্সিসু শো লোন্দনা লৈবিবদু থেংনবে। খুদক্তা হাংঙি। য়ুম্লুনুপানা চেকশীন্না হায়বম্বদগী শেল মপুন খবা পবিত্রনা বাক্সিদা থমজবিবদু থেংনবে। থংনবা মীকুপ্তা মপুন অমা তাপ পায়খৎলগা ফুবিংখাউদা নমশীনখি। বাক্সি মখুম খুমজিল্লি। অদুগা কিকক-কিকক লৈদুনা য়েংলগা থোঙদু হান্নগুম থিংজিল্লম্লগা খোঙলৈ থুনা স্কুল' মায়গৈ পাংখিবম্মী।

পবিত্রনা ষণ পুম্থোক্লবগা হল্লকপদা থোঙ্গালদা বাগিন্দ্র মালতি অনীনা চঙলকপদু উবম্মী। মহাক্লা হবাওনা হংলম্মী— "খুড়া, খবা ফবব্রা?"

"পূংফ ফবমক্তি নৎত্রি। লাইয়েংশঙদা লৈবদু হৈনদ্রদুনা লাকঅবনি। হিদাক ময়াম অমা লৈবকইবসিনি, য়ূমদা লাইয়েংজবগে হায়দুনা।"

মালতিনা হংঙি— "শামোদি স্কুল চৎখ্রববা?"

"চৎলম্মনি ইন্দোন।" 'সি হায়বগা পবিত্রনা মাগী খুডাগী মায়থোঙ নুংঙাইবা মতাং য়েংদুনা মাগী লুহোংবগী বাবীদু তম্মী। মদু তাবদা বাগিন্দ্র মালতি অনীমক হবাওজে। অয়ুক্তি থবকশিং লোইশিন্নবা হায়বম্লগা বাগিন্দ্র, তুংথ-মাঙথা মাগী নুপীগা লোয়ননা য়ূমদা চঙমিন্নখি।

অসোমদা, পবিত্রনা মিলগী শঙ মনুংদা চঙলকপদা বাক্সি শো লোন্দনা লৈবম্বদু উবে। শো লোল্লমদ্রে হায়বদু খংনীং নীংশিংলক্লে। হাংদুনা য়েংঙি। শেল মপুন অমা লৈবমদবদুদা মহাক স্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। মমীৎ-মনা

উক-ক লৈদুনা কোইয়েং য়েংবা হৌবকই। পীশুম শৃক্কুনা ৱাখল তৌই—
"হূবানবনা শেল হূবগা কবিগীনো লোইনা হূখিদ্রিবসি!"

মহাক্না অসুম্না খল্লিঙৈ', মতম হৌখিবা খঙহৌদ্রে। য়ূম্নুবেম্বীদগী চাক্কি পাউ লাক্লে। পবিত্রনা তামন্দবদগী কৌব-কৌবদুনা লাকপনা মিলগী শঙ মনুংদা চঙলক্লে। হংলকই— "কৌদৌবে পবি, কৌবগা শৃক্না তাদ্রিবদি?"পবিত্রনা মক লূকথবগা তপ্পপ খুন্নকই— "পোৎ অমা মাঙদুনা থিবম্মিবনি ইন্দোন!"

"কবি মাঙম্ব্রগে?"

পবিত্রনা ইক-আক তৌবগা তপ্পপ খুন্নকই— "পৈ-শা!"

"পৈশা হায়বা?"

"হোয়!"

"কয়ানো, কদায়দা থম্বনো?"

" 'সিদা, বাক্সিদা থম্বনি!"

ৱাদু তাবদা মালতী, লাই শোল্লদুনা মবায়বক পায়খ্রে। ঙসি মাগী লুহোংবগী পাউ অমগা তাবনে, মালতিদু পবিত্রবু চিংনবক্লে। তাঞ্জাসিদা বাগিন্দ্রসু থোক্লক্কুনা লাঙলিবদুদা য়াওবম্মী। বাক্সিদা য়াওবিবা শেলমখৈ লৌথোক্লগা হিসাব বোৎ অদুগা পুন্না পবিত্রনা বাগিন্দ্রদা শিনবে। অদুগা, মক লূকথবদুনা হায়বকই— "খুডাগা ইন্দোনগগী 'মাঙদা ঐ য়াম্না ইকাইবে।" বাগিন্দ্র, মপূক্লিংদা নুংঙাইতবা লৈববসু পবিত্রদা অশাউবদি উৎলক্তে। অসোমদা মালতিদি মপুবোইবগীসু য়াওনা শাউজিল্লকই— "বাক্সিদি নঙগী নখূত্তনি। হৌজিকপু শেল মাঙঙে হায়দুনা কনাদা তাইনকদৌবিনো?"

পবিত্র, মকোক পায়দুনা ফমথখ্রে। বাগিন্দ্র, পবিত্রদা তক্কদবা ফৌ'খৈ তকথোক্লবা হায়বল্লগা য়ূমদা চঙলক্লে। মালতিসু মুকম-মুকম ঙাঙদুনা মপুবোইবগী 'তুং ইন্নবকই— "কদায়দগী মাঙঙমগদগে, মানা লৌশীল্লিবদুম ওইবিনি। তাম্বোকম্ব্রগা হেক ফগদৌবনি। ইপাল্লোমদা অফবা অঙাং য়াম্না লৈ পাজিদা খঙহনম্ব্রবদি অদুম থাজবক্কনি।"

মথং' নুমিৎকী অয়ুক্তা মালতিগী মপা লালাসু মপা চাননা লাকশিল্লি।

মচানুপীনা ৱাবীদু তন্নবদা মতেং পাংশিল্লকই— "জুগোৎ চাদবা জাৎসিদি থম্মুনু, হেক মচৎহনখো। ঐ অফবা অঙাং অমা থাবক্নে।"

অমবোমদা, মহাক্না লাকপদি হন্দক লুহোংগদৌবিবী মচানুপী অতোম্বীগী অউনপোৎকীদমক শেলগী মতেং নিবা লাকপনি। শাংব্রবা ৱাবীনি মদুসু। বাগিন্দ্র মালতি অনীমক খোঙ শজীং হৌবমখৈ ফমদুনা তাবে। কাইনথংদা; শেলগী মহুৎ, অউনপোৎ ওইনা পাংলগে হায়না থাজবা পীববতদা লালাদু হৌগৎখি। অদুগা মায়থোঙ মকালাম্না অমুক হায়বকই— "নুংঙাইবে-নুংঙাইবে' ইচা-ইয়া লৈবগী নুংঙাইবা হায়ববু শী-মঙায়বে।" অদুদগী খোঙকাপ খবদং থাংলুবগা অমুক ওনশিন্দুনা হায়বম্মী— "অদু নহোয়গী মিল তক্লবা অঙাং হায়বদুসু নোংম-নীনীসিগী মনুংদা শোয়দনা থাবকঅগেকো।"

তাঞ্জাসিদা পবিত্রসু ৱাইকূপ বোবা অমা পুবদুনা শঙ্গোন তম্না চঙলকপদা কোকহেক তাথোকখ্রে। মায় লৈথোক্লনা য়েংঙি। অদুবু লালানদি মীৎচিনফাও' য়েংলমদনা চৎখি।

পবিত্র, ৱাখলদি লাংতক্লে। অদুবু থবক্তি লেপ্লমদে। শঙ্গোন্দগী ষষ্ঠী শেংদোক্লে, ৱাই শীৎতোক্লে, ষণ দানাসু পীজবে। যৃম্নুবেম্বীনা হায়বকপা মতুংইন্না শঙ্গোমশুম্বা নুপাদু ঙাইবা তৌদনা মখূৎমক্লা শঙ্গোমসু শুম্বা হৌবে। অদুবু ওম্ভোকপনি - শুম্বা লোইশিল্লকপদা নীক-নীক লাউববা খুজাইদু মখূত্তগী নাম্বদুনা হৈদোক্লে। মদু উবদা মালতি, লাই শোল্লদুনা চেনশীল্লকই। পবিত্র ৱা ঙাঙদে। শঙ্গোম খজিক য়াওহৌবিবা খুজাইদু যৃম্নুবেম্বীদা লানশিল্লি।

"কৈদৌনদৌবিবা পি মবীকমুক'সিনা' হৈদোকখ্রো 'সিসু'"

'সি হায়বগা খুজাইদু খংলং লংথবম্লগা ফী-ফী কাম্লদুনা ঙাঙল-ঙাঙলগা মালতি চঙলকই— "চাবগা হূবগদনি খঙঙিবা। হুঁ থবক হৈতবৈ চাংদি খুজাই ফাওবা পায়বা হৈশিল্লকত্রে। নুংঙাইদৌবি ঐদি ইমুংসিদা, পূকফবা অহল অমগা...!"

মহাক্না হায়বিবসি মাঙ্গোলদা নুংশা য়াইদুনা লৈবিবা মাগী নুপাদনি। বাগিন্দ্রদু নুংশাদা মুম্থবিব্রা নত্রগা মশাদু ইনূং নুংঙাইতব্রা নত্রগা মাগী নুপীগী

ৱাঙাঙ'দুদা খুন্নীংন্ত্রিবরা, অদুম মক লূকথদুনা লৈ। মালতি, মাগী নুপাগী মতৌদু মীকুপ'মতং শূক্তোক্তুনা য়েংলম্লগা মচীন পৈথোক্তুনা ইমুংদা চঙখিবম্মী।

পবিত্র, নুংঙাইহৎবনা পীকথল্লে। খল্লি— "পুম্নমক মহাক্কী মবাললি।" অদুবু, ঙাঙলি-চৈবিবা পুম্নমক তাশীন্নদবা ঙন্নবসু মহাক্না লাংতক্লবিবদি, য়ুম্লুনুপানা মাবু চৎস্ত্রো হায়বক্কদ্রা হায়বসিনি।

অসুম্না চিংন ৱাখল খন্ন-খন্না ষণবী-ষম্লাউদু শঙ্গোন্দগী পুথোবক্কে হোৎনবিঙে' য়ুম্লুনুপানা কৌবকপদু তায়। পবিত্র, মক লূকথদুনা চঙলক্লগা হংঙি—

"কবি হায়বীগদবনো খুড়া?"

বাগিন্দ্র, মতম কুইনা লৈমিন্নবক্লবা পবিত্রদা মীৎ-কৃপ্তনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। অদুদগী নুংশাশোব শাংনা হোম্বগা হায়বকই— "পবি; নঙ অতোপ্পা থবক অমা থিকনবা তৌবো। ঐগী মিল তক্লবা মী অমা নোংম-নীনীসিদা লাকঅনি।"

পবিত্র, খুমফম খঙদনা উংদুনা লৈপ্রে। চৈবকসিদা, মালতিসু ইমুংদগী থোক্লক্তুনা মপুবোইবনা ঙাঙলিবদুদা মতেং পাংশিল্লকই— "হোযনে, পবিত্রদি মখূৎ-মশাসু হৈ-শিংবনীনা লেম্না খক মাঙঙবোইদবনি। হৌজিক লাক্কদৌবিবসিদি ঐখোয়গী মবী-মতানিদো। ইম্বোকউবা য়াবা নত্তেনে পবি।"

পবিত্র খুমফম খঙদ্রে। অদুবু লকক-লকক্লা হায়বকই—

"ঐদি খুড়াগা ইন্দোনগবু ঐগী ইমা পাবুংগুম্না খঞ্জবিবনি। ঐদি লুহোংগদবসু কুইদ্রে। অদুবু শেলগী অৱাৎপদি য়াম্না লৈবি। হৌজিক ঐনা কনা'মগীদা থবক অমা থিকব্বা হায়বসি...!"

পবিত্রনা ঙাঙবা লোইফাৎত্রিঙে' মালতিনা নংহৌবোইদৌগুম— "নঙগী শেলগী অৱাৎপদু কনানা পীবীগদৌবিবনো? নঙগী ফংফম থোকপদুদি ঐখোয়সু পীবোই হায়খিদেনা।"

বাগিন্দ্রসু তপ্লপ ঙাঙলকই— "পবিত্র, ইবুংঙো নঙ ৱাবৌনু। নঙগী ফংফম থোকপা শেনফমদুগী মথক্তা খুডানা ঙম্বা অহেনবা শেল হাপকনি।"

ৰাসি তাবদা মাগী নুপাদা মমীৎ পৈবপ, মচীন তুমথোক্কুনা যেংলন্নগা মালতি ইমুংদা চগুখিবন্মী।

মথং' নুমিৎকী অযুক্তা পবিত্র থবক থাদোক্কুনা ময়ূমদা হনম্রে। মহাক্না চংলমদাইদা মাগী তোলোপকি মথক্তা লুপা চামগাখক্তি অহেনবা শেনফম ওইনা বাগিন্দ্রনা হাপ্লীখি।

হন্দক পবিত্রবু মবাল শীবগী মতাংসিদা বাগিন্দ্র মালতি অনীগী মোত খৈন্নে। মাগী নুপীনা পবিত্রবু চিংনজববসু বাগিন্দ্রনদি মচানুপা শামোবু চিংনবির্বনি। মাগুলমচত্তা বাক্সিদগী শেল লৌথোক্লম্বা থেংনম্ব্রবনি। পবিত্রনা চংশ্রবদা বাগিন্দ্র, মচানুপাদা হংবদি হংঙি হাযববু অচুম্বা পাউখুমদি ফংলমদে।

হৌজিক্তি মালতিগী মপান্নোমদগী মিল তক্লবা অঙাং অমা থাবক্নে। মমীংনা গোপাল কৌই। হান্নদগী থবক অসিদা খূৎলোযববা নুপামচানি। গোপালবু ফংজবদা বাগিন্দ্র মালতি অনীদু হবাওজবন্মী।

শামোগা মখোয অনী অসি লেংগা ওইনা তৌই। খজিক্তং শংলকপদা হবাও-হবাওনসু শান্নমীন্নে। অদুবু, ইথা থাজদনা নোংমা নুমিদাংৰাই অমা, মিলগী শগু মনুংদা মখোয অনী ফূনবকখি। যূম্নুনুপানা চেনশীল্লক্কুনা খান্মী।

"কবিগী খৎনবিবনো নচীন-ননাও?"

গোপালনা মপি ঈবা চেল্লদুনা খুন্নকই —"কাকা, নহান্দগীনি মানা ঐঙোন্দা লুপা চনীদং কাকা খগুহন্দনা পীযু হাযবিবা। ঐনা, বাক্সিদি কাকানা পান্নর্বনি, পেশাগী ৰা ঐ খঙদে হাযকবদা, মঙোন্দা মীনন্মী হাযদুনা ঐবু ঙক পাযদুনা হেক্তা ইল্লীবনি। অদুদা ঐসু খাঙবা ঙমদ্রদুনা ফূনবন্মীবনি।"

তাঞ্জাসিদা শামোদি মপাবু কিবদগী কদোমদনো চেনম্রে। বাগিন্দ্র, মখা তানা হংঙি— "অতৈদি কবি হাযবন্মী?"

"মাগী লুপা চামবীখক লৈবে, চনী'মগা হাপচীল্লগা জেকেৎ অমা লৈগে তৌবনী হায।"

বাগিন্দ্র ভাব তাই। নুপামচা গোপালবু থেমজিল্লন্নগা লম্বীদা থোক্লক্কুনা শামোবু কৌশিল্লি। তাঞ্জাসিদা মালতিসু লাঙলিবদু তাবদুনা থোক্লক্লম্মী। হংলকই

"কৈদৌনবে নহোয় অনীদি?"

বাগিন্দ্রনা শাউবপ খুম্নকই—"নচানুপা হূবানবা অদুনা খংনবা হৌবম্মিবনিদনা।"

নহানমখৈ নোংমতসু মালতিগী মমাঙদা বাগিন্দ্রনা অসিগুম্বা খোন্দা কনবা ব্রা ঙাঙখিদ্রি। মহাক্না, মনাক্তা চঙশিল্লক্কুনা লেপ্লববা মচানুপাদা মখূৎনা থেংবোই-ইনবোই তৌবগা মাগী নুপীদা খৌবকই— "য়ূমদা পুশিল্লু! ঙসিদি য়েদুনা হংগদবনি!" মহৌশাদি মালতিদু মপুবোইববু খবা ঙল্লপ চৎপনি। অদুবু ঙসিদি মমীৎ-মনা তথক-তথক য়েংদুনা লৈবা নত্তনা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙবা ঙমখিদ্রে।

য়ূমদা পুশিল্লক্কবদা, শামোবু লুপা চনী মাঙখিবগী মতাংদা মপানা নমহং হংজিল্লি। অহানবদদি— 'খঙদে, ঐ হূদে' হায়দুনা ওৎলৈ-পাৎলৈ খুম্নকখি। অদুবু মপাগী খূৎচাউদুনা অমুক-অনীবক লুখমদুদা য়েববদুদদি কপ্ল-কপ্লা মবোল শেংলকখি— "ঐ লাল্লে বাবা! ঐ হয়েংখৈ হূবাল্লবোই! ঐবু ফূগনু বাবা!" 'সি হায়বগা মমা-মপা অনীগী 'মাঙদা মাঙখিবা শেনফম অদু মাগী ফূবিৎখাউদগী লৌথোক্লগা থাদবক্লম্মী। মদু উবদা মালতি, মবায়বক পায়বদুনা খোঞ্জেল তনিক্ল হায়বকই— "ইস! ইচাগী কবি অব্রাৎপা লৈদুনা অসুক ফত্তবা লমচৎ'স চৎলিবনো ...?" মালতিনা মখা তাবক্তিঙৈ', বাগিন্দ্রনা মবক থৎচিল্লকই "মফি-মবোল শেংননবা মবাঙ কাযনা লৈবি। 'সিমক্তদা অহেনবা অমমূক পামদুনা, অফাও'শানিংদুনা হূবানবা তম্মিবনি। মথোঙ হূক্তবা লীচৎ চৎলবদি লাইবিক তম্বগা হেক্তা তোকহনদৌবিবনি।" মালতিনা মায়থোঙ শূকথববা মচানু মাগী *(মচাগী)* লাইবিক পাফম কাদা ইনশীনখিবম্মী।

থৌদোক অসিগী নোংমা মতুংদা গোপালদু ময়ূমদা চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রে। হুম্নি শুবা নুমিত্তা মালতিনা মদুগী ঈ-পাউ খঙনীংদুনা মপামদা চৎলম্মী। মচানুপী উবদা লালানা শাউবংননা ঙাঙলকখি — "অতৈ লায়বি নচা লমহেনবদুনা মাবু থাঙনা থিন্দুনা হাৎকনি হায়দুনা কিহল্লি হায়বিনে।"

ব্রাদু তাবদা মালতি তু চুংম্রে। মপানা মখা তাবকই—

"নুপামচাদু মখুডানা কদাযদনো মাগা পুন্না থবক শূকনবা পুদুনা চৎখ্রে। হৌজিক্তি মাগুম্না মবম্মোকপা অঙাং ফংঙবোই।"

মপাগী বাদু তাবদা নীংঙমদবগা লোযননা মালতি মযূমদা হল্লক্লম্মী। মপুবোইবা উহন্দনা মচাবু কযাবক চৈবম্মী। মদুদা, ইঙ্গিৎ ফংলবা বাগিন্দ্রনা মচাবু কিহল্লদুনা হাযবকই -- "উপাই লৈতে। বাবকপা যাবা বাবকখ্রে। 'সিদগীদি বা ঙাঙঙোই; পুলিস্তা হেক্তা শিন্নখ্রগদবনি।"

মপাগী মতৌদুদা শামোদু শোব ফাওবা কন্না হোনখিদ্রে। তুমীন্না মাগী লাইবিক পাফম কা-দ লৈবম্মী।

বাগিন্দ্র, মথম্মোযদা নীংঙল্লকখিদে। খল্লকই— "কবিনুংগী পবিত্রবু ঙাম্মোকউবনো।" মালতিসু নহানমখৈ কাউথোক্লুববা পবিত্রবু নীংশিংলকই ঙসি অমুক নৌহৌনা।

যূমদু ইহাঙ হাঙলে। থবক শূবীগদবা মীসু থিবা ফংদ্রে। মিল চাং নাইনা ওকপা ঙমদ্রে। শঙ্গোন্দা ষষ্ঠী কংদুনা লৈবে। অদুবু তাল্লকসিদা, নোংমা অযুক অমদা ইথা থাজদনা পবিত্রদু গেৎ বাংমদা লেপ্লবে। কৌবকই— "খুডা, খুডা! ইন্দোন, ইন্দোন! গেৎ অমুক্তা হার্গবিযু!" মালতিনা, চাক থোংলম্বদগী তাবদুনা চেম্থোবক্লগা হাংদোকই। ইঙক ঙকই। পবিত্রনা মখূত্তা পোৎ মযোম অমা পাযবদুনা লেপ্লম্বদু উবদা।

"এঃ পবিএ, ওম্থোক্লসু থাজদনা লাকইদা! লাকও-লাকও চঙঙকও।"

পবিত্রনা মযোমদু পীবগা হাযবকই— "ইন্দোন, ঐগী লুহোংবগী অহাও-অথুম্নি।" মালতিনা মোমোন নোক্লগা চৎন-চৎনা হাযবকই— "নঙদি হেক চৎখিবদগী ঐখোযবু শূকউ উন্নববোই হাযদুনা লাক্তবা হেক ঙম্বনিনে।"

পবিত্রনা খুল্লকই— "কবি বানো ইন্দোন! খুডাহোয ইন্দোনহোযবু নাংমতসু কাউজদে; অদুনা লাকচবিবসিনি।" অসুম্না মখোয অনীনা ঙাঙল শাঙলদুনা চঙমিন্নবকপসিদা বাগিন্দ্রসু শুমাঙদা লেপ্তুনা হেক মবৈবল্লে। ইঙক ওকদুনা হংলকই - "এ-এ! পবিত্র নৎত্রাও?"

"মানি খুডা।"

"নকোইগা শীৎ নান্না কোকথোকঅদনা, নশকপু খঙলুদ্রেনহৌ কমদৌবি, নুংঙাইবিদনা?"

পবিত্র, মায়থোঙ মকশীল্লি। 'উম' হায়না শোল্লপ খুন্নগা মাঙ্গোন্দা থাবিবা চৌক্রি অদুদা চঙশিন্দুনা ফম্মী। বাগিন্দ্রনা, মালতিনা পায়বিবা ময়োমদু উবদুনা হংলকই— "কবিনো ময়োম অদুনা?"

"পবিত্রনা, মাগী লুহোংবগী অহাও-অথুম্বি হায়।" 'সি হায়বন্নগা মালতি ইমুং' চঙখিবম্মী।

"পবিত্র, কমদৌই নুপীমচাদুদি, মশক ফজব্রাও?" বাগিন্দ্রনা নোকমি-নোকমি পাউহংলকই। পবিত্রনা খুম্মী ইকাইনা— "হোয়, ফজে হায়গদমালে।" 'সি হায়রগা মখোয় অনীমক নোকমিন্নবে। অদুবু পবিত্রগী মীনোক্তি মকা লান্ন উদে। বাবীগী মখা তাবকপা ওইনা বাগিন্দ্রনা মহাক্কী নীংঙমদবশিংদু ফোঙদোকপা হৌবকপদা পবিত্রনা খুন্নকই — "ঐসু লোইনা তাজবে খুড়া। নহান ঐগী লুহোংবদা ইনাও শামোসু মমান্নবা অমগা লোয়ননা লাকঅম্মী। মহাক্না মপূক্তি ং নুংশিনা ঐঙোন্দা লোইনা তম্মম্মে। মাবু ফুব্বীকগনু খুড়া।"

অমবোমদা শামোদি স্কুল চৎখিবদা ঙায়বি। কবিগুপ্না লৈবন্না থোক্লবদি পবিত্রদা – "ঐ লাঞ্জরে দাদা" হায়না হায়জহল্লমগদবনি। মদু হায়হনবগী থৌনা বাগিন্দ্রগী লৈ। মখা তাবকপা ওইনা অমুক হংঙি —

"কমদৌবি থবক-ইনখাংদি?"

"ঐ হৌজিক কবি তৌসিগে হায়না খঞ্জানবি খুড়া। খঙদে, ঈশ্বরনা কবি তম্মিবা।" 'সি হায়বগা মহাক মক লূকথখি।

"ইমাহোয়, ইনাওশিংসু য়াইফবিদনা?"

পবিত্রনা খোঞ্জেল তনিক্না খুন্নকই— "খুড়া, লাইবক থীবদগী ইমাদি মতম খবা নাবম্মগা ঐগী লুহোংবা নোংঙানবগা লৈখিদ্রে। মচা ঐগী লুহোংববু ঙাইদুনা লৈবন্নগুন্নে...।" মহাক্না মপি ঈবা চেল্লদুনা মখা অমুক তাবকই— "ইনাওশিং অদুসু মানা মানা গুপ্না থবক শূহনবা তাবে। ময়াম্না ঐনা মহোযবু মীবক তিনবা ওম্ননবা শেন্না ঙমগনি থাজদ্রে।"

বাগিন্দ্র থম্মোয়দি শোক্লে। অদুবু অমুকসু হংঙি— "নঙনা কবিগী ননাওশিং

শেন্বা ঙম্মোইদৌবিবা?" পবিত্রনা খোঞ্জেল তনিক্লা খুন্নকই — "খুডা, ঐ, শোবগী অনাবা লৈবে। থবক অকনবা শূবা ঙমদ্রে।" 'সি হায়বগা হীক-হীক কপ্লরুম্মী। বাগিন্দ্রনা তপ্লপ হায়বকই— "অদুবু থবক্তি লেপ্পা য়াব্রদো। অদুনা হকচাংদুসু ডাক্তবদা অমুক্তং য়েংথোকপদি চুম্মী।"

পবিত্রনা মকোক্তা মখূৎ হাপ্লদুনা হায়বকই— "খুড়া, পুম্নমক পৈশাগী থবক ঙাক্তনি। ঐগীদি অনাবসিবু কোকচববদি লোইজবে। শেলদি, হকচাংনবু ফববদি অদুম তানবা ঙমগনি। অদুদা, হেন্না লুবিবদি, ইমাগী শোবাৎ শোন্নবা পৈশা অমত্তা লৈত্রি। কনাদগীনো, কদায়দগীনো পূক্বা তাবি। ঐনা ঙমগদবা থবকসু শূবা তাবি।"

ঙাইহাক তুমীন' লৈনকববতুং' বাগিন্দ্রনা হায়বকই— "অদু খুড়াবু নত্তেং পাংজৌ হায়ববা?"

"ঐ কবি হায়গদবনো খঙদ্রে। খুড়ানা ঐগী পূক্লিং খঙবীবিবদুনি।" তাঞ্জাসিদা ইমুংদা মাগী নুপীনা কৌশিল্লকপদগী, পাউখুম পীবমদনা, বাগিন্দ্র ইমুং' চঙখিবম্মী। মীকুপ খবা হৌম্রবতুং' খূদৈ অহনবা অমা পুথোবক্লগা হায়বকই—

"সে-সে, 'শী হোংদোক্লো। ঙসিদগীদি হান্নগী মতৌগুম খুড়াগী য়ূমদা চাক চাবসি। নহাক্লা ঙমগদবা থবক শূদুনা লৈয়ু। নুমিদাং হনবা পাম্মবসু অদুম হল্লু। অদুগা পৈশাগীদমক্তদি পঙখন খঞ্জিল্লুবগনু। নহোয় ইমাগী শোবাৎকি অচঙবা শেল'দু খুডানা পুথোক্কনি। নঙনা ঙম্বকান্দা শিংঙু। অদুগা নশাদুসু হয়েংমক ডাক্তবদা চত্তুনা য়েংথোকসি।"

পবিত্র ব্রা ঙাঙদে। মচীনবান তনিক-তনিক্লা মপি ঈ-বা চেল্লদুনা মাগী খুডাবু য়েংজে। চৈবকসিদা, মালতিসু ইমুংদগী ঙাঙল-ঙাঙলদুনা থোক্লকই— "অদু মোয়বাবা, ঐখোয় পবিগী তোলোপ্তুসু হান্নগীদুদগী খবা হেনগৎপীবনা চুম্মোইদ্রনে?"

বাগিন্দ্রনা খুম্মী— "হোয়, মদু ঐসু খল্লিবনি!"

● *দিসেম্বর, ১৯৯৬*

# কমদৌরিগে কুঞ্জো

● মাগী নুপানা হায়বকপসু হায়বকপা; য়ূমলোন্নবিবা মতৈগী নুপী, মচে অদুনগা তোয়না মনীংথোঙলোমদগী ঙা-ঙৌবগী মনম থাদোবকপনে; ঙসিদি লৈতদি লৈগ্রগে হায়দুনা কাপ অমদগী হেন্তক তৌবা ঙাপাইদু চিংনদনা মবীদুম লৈখোক্লগা সখীতোম্বী কৈথেল কূম্লক্লে।

অসোমদা, নহানমখৈ লম্বীদা খবা, হোতেলদা খবা, ব্রাবেম ঙাঙদুন মতম লেল্লম্বা, লাইবিকসু চাং অমা য়ৌনা হৈজহৌবা কুঞ্জোদু ঙসিদি কবি ব্রাখল খল্লক্লবনো খঙদে, বেড়ি মচে অমা পৈবপ চিংলগা অদুঙৈগী মল্লবা পোৎপু লাঙ্গোলনচিংবদু শেমজীল্লি।

সখীতোম্বীনা ঙা-দু য়াল্লদুনা কোম্থোঙ লানশীল্লকপদা মচাশিংনা— "ইম লাকএ!" হায়দুনা চেম্থোক্লবকই। ঙা-দু উবদা কুইনা চাখিদবগী হৌনবা হবাওনৈ। নহানমখৈ ইনোক নোক্লমদবা কুঞ্জোসু নোক্লদুনা সখীতোম্বীদা য়েংলগা মচানুপীদ হায়বকই— "ইবেম্মা, নমাশী ঙসিদি কোবী যোম্থোকঅগা ঙা লৈবকএহে।"

সখীতোম্বী খুমদে। খুম্লুবগা শাউনীংলক্কনি খল্লি। অদুবু ঙসিদি পোৎপু-লাঙ্গোলকা শেমজীন্দুনা লৈবম্লদুদা খবা নুংশিগুম তৌবকপবা কবিনো, মচাশিংগী ঙামোক লৈবকপদু মপাদসু থুংবিবে।

চাক চামাঙ নুমিদাং অদু মতৈ-মনাও ঙসিদি, চান্ননা, ইমুংগী চাওখৎ থৌবাঙগী মতাংদা ব্রাবী শানৈ। মচাশিংবু মী অমমম ওইহন্নবগীদমক অঙম অঙম্বা শূ-নোম্নবসি হায়নবে।

ব্রাবীগা নুংঙাইবনে, সখীতোম্বীদু মচেহোয়দা ঙা থোংবদু তেঙ্গোৎ অচৌবা অমদুম পীদুনা পূকচেল চাউবা মতৌদু উৎনীংলকই। মতম মাঙহন্দ সখী। ইঙ্গাং তেঙ্গোৎ অচৌবা অমা মাগী নুপা খঙহন-উহন্নিংদনা পুথোবক্লে।

থোঙজিন কাহোক্লমদাইদা ফমুংদা উপ্রাক উপ্না হীপুনা লৈবিবা কুঞ্জোনা উবদুনা হায়বকই—

"কনাইদা পীকদৌবিনো সখী?"

"ইচেহোয়দা পীকগে তৌ'নী।" ইচঙথৌনা খুন্নকই।

কুঞ্জোনা – "মহোয়নদি নোংমতা পীবক্তে। অদুগা নঙনা তৌবিবদুনা কবিনো?"

"ইকাইহনগে তৌ'নী কৈনো।"

কুঞ্জোনা হৌগৎলগা খুন্নকই— "ইকাইহনবীকনু কৈসু, ইপোৎ পীথোক্কুনা। মীনদি রা খঙদ্রগা ঐখোয়না খঙঙুগদ্রা।"

মাগী নুপানা হায়বিবদু থৌওইনা তাশীল্লুদে সখীতোম্বী। প্রপ-প্রপ থোঙজিন রাংমা লাহোবকই। অসোমদা কুঞ্জোদি ঙংহৌবি মুব্দম-মুব্দম— "কৈ কান্নবা, মীনা পঙঙিদুম হাযবীবকঅনীনে।"

ওহোকপনি; তফিং-তফিং দাউী কৃমথবদা খুদি থীজিন্দুনা ইঞ্জাংদু লোইনা হৈদোক্লে। শুমাঙ ময়ায়দা কৃন্দুনা লৈবম্না মখোয়গী হূই অদুনা হোৎচীল্লক্কুনা পাক-পাক লাক্কুনা চাববে। সখীতোম্বী, চৈনা অমগা লোয়ননা তেঙ্গোত্তু খূনগৎলগা হূই'দুদা লংদুনা থাই। তাঞ্জাসিদা কুঞ্জোসু ইমুংদগী ফিংলপ থোক্লকই। সখীতোম্বী, অশাউবনা লাকহৎখিদুনা প্রপ-প্রপ ইমুংদা চঙলকই। কুঞ্জোসু মতুং ইন্নখি। মচানুপীনা য়েনবা লোইদ্রিবা ইঞ্জাং খাংদু সখীতোম্বীনা মতুং ইন্নবক্লিবা মাগী নুপাদা খংইন ইনশীল্লি। মদুদা খাংদু নীকথোকপগা লোয়ননা কুঞ্জোগী মখোঙদা অশাবা ইঞ্জাং মহীদু চোংলে। তেঙ্গোত্তা য়াওববদি তিন কৃৎ-কৃৎ য়োৎকদবা ঙা মতৃম্না লৈমায়দা চাইদুনা লৈবে।

কুঞ্জোনা ঙকপোই-শাউনীংবোই হায়বকই— "কবিনো সখী, নঙনা তৌবিসিবু! নশানা ইঞ্জাং হৈদোকচবগা ঐঙোন্দা তাইনবিব্রা?"

"নঙনা মুব্দম-মুব্দম শোনবদু তানীংদ্রদুনা তফিং-তফিং চৎপদা খুদি থীজিন্দুনা হৈদোকইবা খঙঙব্রা।" 'সি হায়বগা চফ্-উয়ানসু লংখায়বে। কুঞ্জোনা খামজিল্লি। অদুবু লোইদে সখীতোম্বীদি —

"ঐগী লাইবকসি ওম্ভোকইদকো! কদায়দগী, লাইবিক হৈবা শূনিংদবা অমগা লৈমিন্নকদুনা শী থোকইবনি শী থোকইবা।"

কুঞ্জো খামজিনবা লেপ্তে— "ফবে - তোকও, সখী নঙবু! ঐনা শূনিংদবা লাইবিক হৈবা ওইব্বদুনা ঙসি নঙনা খুদি থীদুনা ইঙ্খাং হৈদোকপদি ওইবম্মোইনে ইবেন্মা।"

সখীতোম্বীদি মৈবী থোকই— "মীনা, নুপীনা থাকপা নুপানি হায়নবদু চপহেক চাবজাৎনি। শূদি শূনিংদবা, অহাওবদি চানীংবা।"

কুঞ্জোনা মখূৎনে-মশানে – "ব্রাদু কায়বক্কদৌবে সখী! ঐ চাক্কা অমত্তা চনীংদ্রেহে!" হায়বন্নগা মফি ফৎ কন্দুনা চাকখুমদগী মায় লৈথোবক্লম্মী। মদুদা সখীতোম্বীনা পেলহৌদ্রদুনা চাক পূখমদু পায়দুনা খংইন ইনশীল্লকখি অমুক। কাংথোল মখোঙদা থেংজিন্দুনা চাক্কু লময়াইদা পূমচাই চাইনা তাবম্মী। কুঞ্জো খাঙবা ঙমশিল্লক্কে। ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা চুমদ্রিং চঙশিনখিদুনা থোঙজিন মকমদা ঙাবিবা, মপানা পায়বম্বা চৈশূ অমনবদু তাপ পায়দুনা হোৎচীল্লক্লগা শাম্থব. হৌবকই। য়ূম্লোন্নবিবা মচীন-মনাওশিংনা চেনশিল্লক্কুনা খাম্মী। কুঞ্জো, ব্রা মখা তাবমদনা মাঙ্গোলদা থোক্লক্কে। মচীন-মনাওশিংদুসু মখোয় অনীবু শাউদনবা থেমজিল্লন্নগা হন্নখ্রে।

অসোমদা, শাউনীংবা অমদি ইকাইবনা য়োন্নবা সখীতোম্বীদি পীক্লিবা মচা অনী অদুগা চাবম-থক্লম খঙদনা য়াতাহৌই।

কুঞ্জোসু, ঙসাইমখৈ মবুক গ্রু-গ্রু খোংদুনা মাঙ্গোল উখোক্লেন্দা পীশুম শূক্কুনা ফন্নম্বদগী লূন্নবা খোঙথাংগা লোয়ননা ইমুং চঙলক্কুনা চুমদ্রিং ফমুংদ কাখৎখিবম্মী। অদুবু তূম্বদি য়াবমদে। খল্লি – মাগী নুপীনা চৈবদা য়াওবকখিব ব্রাহে "নুপীনা থাকপা নুপা "গী ব্রাহন্দোক। চুম্মী, মীনা হায়নবা হায়ববু, মতৈমনা ময়াম্বদা চৈবদা মঙোল্লোমদা ওনশিল্লগা ব্রাহে'সিমক শীজিন্নদুনা চৈবা য়াওখ্রে। নুমিত্তুদা মতৈমনা — "... নুপীনা থাকপা নুপাদনবু নুপীনা পুশিল্লকঅগ খোঙগ্রাই শক্তুনা, হাউই হাউতে থিদুনা চাবদা ব্রা পেৎপনি! কতনলাই চুবা নুপাগী মতৌগা তম্বীবক্কনু, ইকাইজে ...!" অসিনচিংবা।

নুমিৎ অদুদগী কুঞ্জো, মতৈমবু উবদা থৈদুনা চৎলিবনি। অদুবু মতোম্মতা থেমজিঞ্জে — "হয়েংদগীদি ইখূৎমক্লা ষম্পোৎ-লাঙ্গোল পায়বগদবনিনা মহোয়না হায়বিবা ফজদ্রবা ৱাহৈ'দুদগী ঐহাক লাপথোকপা ঙম্মগনি।" অসুম্না খল্লিঙৈ চৈবকসিদা, সখীতোম্বীগী নাহেখোল তাবকই। মচাশিংসু তোয়না য়াওল্লি, মবুক লাম্বগী হৌনবা।

কুঞ্জো খল্লুবগা নীংঙল্লকখিদে। ইমুংগী অৱাৎ-অপা মেন্নবা হোৎনবদা কোয়চেন চেন্দুনা নোমজবিবী মাগী নুপীবু নুংশিবকই। নীংশিংলকই — মহাক্লা তোয়না শোনমনবদগী কোবী য়োম্থোক্লগা লৈবকখিবা ঙাপাই। মহাও ফাওবা তংহৌদনা অবেম্বদা মাঙখিবা।

অসুম্না খন্ন-খন্না মহাক তুমথখিবম্মী। অদুবু লান্নবা মবুক অদুনা মাবু, নোং-ঙানফাৎত্রিঙৈ' হৌদোকপিবম্মী। মীৎ পাঙথোবকপদা উবকই— ঙবাং থাউ হাপকনি হাযবা কাউহৌববা লেমতোন অদুনা মুশি-মুশিবিবদুসু।

কুঞ্জো তুমথবা যাদ্রে। নুপী-অঙাংশিং হৌগৎনদ্রিঙৈ ষম্পোৎ খোইবা চৎপনা ফবে খন্দুনা ফমুংদগী কুমথবক্লগা কোয়েৎ-ফি অমতং থিবি। ইমুংগী ফিয়ানফমদা ফি-না মবোল-মবোল লোনশিন্দুনা লৈবিবদুদগী অমম্ব'দুদা মাদুনা অচৌবা অমা চিংথোক্লগা কোয়েৎ য়েৎশীল্লে। নঙ্গলদসু ফিজীনা থুংনা কুপ্লে। অদুদগী শঙ্গোন য়ৌবক্তুনা বেডি মচৈ অমসু চিংলে। অমতং লেমহৌবিবা অদুনা মৈখেৎকা কোন্ননা কোয়েৎ অদুদা কিশিল্লগা ষণ পোৎমাদু পোৎপু পানশিল্লগা লাঙ্গোল লেংথোংনবদুনা তোর্ব্বান তম্না হাইদোবক্লম্মী।

ষম্পোৎ খোইবা হৌবে। কুইনা পল্লুদ্রবা অব-তিতি'দু ঙসি অমুক পল্লে। চংবা ৱাৎহৌবদগী মূখোকস্ত্রবা বেড়িদু না-দ য়েপশীল্লি। লম মচেৎ অদু লৌওন অমা খোইবা লোইবদুনা কাবণ থাগদগী অমুক অনীবক লৈবা হৌবে। তাঞ্জাসিদা, মাহৌঙন্না ঈবদ্ধজগনবী মতৈমা অদু মনাওনুপী মৌনৌ অদুগা সনাবুল অমমম যপ্লদুনা তুবেলদা কুম্মিন্নবকই। কুঞ্জো, মতৈমা অদুগা কৌন-ঙাঙনদবগী মথক্তা মনাওনুপী অদুগসু হঙ্গোইবপ চৎনৈ।

মখোয় অনীদু মুক্কম-মুক্কম ঙাঙনবদুনা লাকই। অদুবু কুঞ্জোনা খোইবিবা

মপাদু য়ৌবকপদা তুমীন লৈনখিবম্মী। মহাক্না মীৎচিনা হাইফেত্তুং য়েংলুবদা মতৈমনা মাবু য়েংলম্বদগী হৃৎ লৈশীনশ্রগা মনাওনুপী'দুদা মীৎনা ইঙ্গিৎ অমা উৎখিবদু উহৌই। মনাওনুপীনসু অমুক কোকখুম ফি-দু খজিক্তুং হাইদোক্লগা মঙোন্দা য়েংলক্লম্মী। অদুদগী মাঙদা চৎলিবা মচেদা মখূৎনা ঈল্লদুনা খোঞ্জেল ফাজীন্না নোক্লগা তুবেলদা কূমিন্নখি।

কুঞ্জো খল্লি — "নহানমখৈ ঐনা ষম্পোৎ খোইবা, ইনাওনুপীসি উদ্রিদনা, অদুনা নোকইবা ওইবা তাই।"

মখোয় অনীনা হল্লকপা মতমদসু অমুক্কা মঙোন্দা মূন-মূনা য়েংলগা খোঞ্জেল ফাজীল্লগা নোকপা তাবে। খবা লাপথোকশ্রগা ইফোং-ফোংনা চৌনা অমুকসু নোকমিন্নবকখি। অদুগা মানা তানীংদ্রবা, ফজদ্রবা ৱাহৈ অমদুসু হায়খিগুম শেংফাত্তনা তাখি।

কুঞ্জো ৱা ঙাঙদে। অশাউবা খাঙবা ওইনা ঙসাই তুম্বা ঙমহৌদ্রবা বেংমতেক্তু মনাদগী লৌথোক্লগা চূপ্লী। মৈখেৎ লৌথোক্কদগী কোয়েত্তু শৎ অমুক লৌথোক্লুবদা খংপ্রেক খংবমখৈ লাক্তুনা লংথোবকখি। কোয়েত্তু, অমম্বদা য়েৎখিবদু, অতৈ ফি অমা নৎলমদ্রে। মদু সখীতোম্বীনা অয়ুক-নুংদাং তোয়না শেৎনবা থাংজীং মপান্দুনি।

কয়াম কুইনা কুঞ্জো মীৎ উইশিন্দুনা পংথদুনা লৈকববনো খঙদে। মানা মীৎ পাংনীংগুম পাংনীংদগুম পাঙথোবকপদা ঙবাং মখূৎমক্লা পেন্না য়ৈবীশ্রবী মাগী নূপী সখীতোম্বীনা হৈথা-পোত্থাগা লোয়ননা নোকফেৎ তৌদুনা মনাক্তা লেপ্লম্মী।

---

● জানুৱাবী, ১৯৯৭

# কায়দোংফম থিরকপা

● ৱাকচীংগী ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিনবা নুমিদাংনি। লৈচীল য়াম্না থাখিবনা থা থোকচববসু থাবলদি ময়েক ইশেং শেংলমদে। ঐখোয়' য়ুম চীংয়াদা য়ুমদোম্পোক ওইনা লৈবনি। ঐনা পিশক পীক্লিঙৈদা ইমা-বাবা লৈখিদবনা মবম ওইদুনা, হনুবী শীংদা চল্লবী অবোক্না ঐগদা ঐনা অ্যান তাবকপা মতমদা য়ুম'সিদা লৈবন্নে। ঐখোয়' য়ুমদগী খবা চৎলগা ঐখোয়' য়ুমগুম্বা য়ুমদোম্পোক অমগা লৈবি। মদুদা নৌনা হোংলকখিবা ইমুং অমগী মীওই অহুম লৈ — মমা, মপা অমসুং মচানুপী অমা। মখোয়দু ঐখোয়গুম্না ঙা-ফাদুনা হিংজবা ইমুংনি।

ঙসাই, নুমিৎ চুপ্পা পাত্তা ঙা লুমদুনা লৈক্ববনা, ইফা ফাবক্রবসু হকচাংসিদি ইচোক চোকথবন্মী। নুমিদাংদু চাক চাববা মতুং; মমাঙথোঙ অমা, থোঙনাও অনী পানবা, চৰুনা য়ুমথক ওইবা, ফক্লোংনা ফক্লাং খাবা য়ুম'দুগী থোঙ-থোঙনাওশিংদু চেজেৎ লোনশীল্লগা হিপথবগে হায়দুনা ফমুংদা কাখৎলি। অবোক্তি তুমদ্রি, মৈফৃ মনাক্সা উকবোন তৌদুনা লৈবি। তাঙ্গা'সিদা হূই খোংবগী মখোল তাবকই। ফনা লাপ্পদা খোংলম্বদগী অসুম-'সুম তান্নদুনা খোংলকপগুম তৌবি।

ঙাইহাক মতুংদা হূই খোংবদু লেপখ্রে। অদুবু খোঙউপ বুতকি গ্রুপ-গ্রুপ পাউবা মখোল, মথং-মথং, মশীং নাইদনা তাবকই। নকশীল্লকই। খপ্লি— মহৌশাগুম খৃৎলাই পায়বা নহাবোলশিংনা লাঙ্গাবা চৎলিমালে। মখা তানা য়াখল খল্লুবগী মতম ফংখিদে। খোঙউপ মখোলদু থোঙ মনাক্তা য়ৌশিল্লকখি— কোক-কোক! কোক-কোক! "দবরাজ খুলো!" অমুক্তং অয়াকপা থোঙ্গেলনা হায়বকপদা ভাব তাবে; কাঙবু অমদু লাক্লে হায়বা। অবোক্তি না-সৃ খবা তাথীবনা তাগুম-তাদগুম তৌদুনা, ঐঙোন্দমুক, থোঙলোমদমুক, ঙক্লপ-ঙক্লপ য়েংঙি।

ঐ শোব চনীং তানা হোম্ববগা থোঙ হাংনবা শেম-শাই; অদুবু ফমথক্তনি। অমুক্কসু – গদ্রং-গদ্রং! "সুনা নহী হে ক্যা?" নমখায়দেদা খাকই।

ঐ, ফন চোংথখিদুনা থোঙগী পৌবোন শংলি। থোঙনা হাইদোকখিবগা লোয়ন-লোয়ননা নোংমৈ মতোন মবী-মঙামুক্লা ঐগী চূবাদা, লাইবক্তা, ঙকশমদা, থবাক্তা, মফম চান-চানা নমশীল্লকই। মখোয় অয়াম্বা মমায়দা ফি মু কিশিল্লি। অদুবু ময়াং সিফায় ঙাক্তনি। পূন্না কৃষ্মামুক ওইগদ্রা। মল্লি-মল্লি' থাবল'দুদা অকক্লবা মশীংদি খঙবা ঙমখিদে। ঐঙোন্দা নোংমৈ নল্লিবশিংদুগী মবক্তগী অমনা মীতৈলোন্দা হংলকই—

"নহাক লালহৌবা নংত্রা? অতৈদি কদায়দা লৈ?"

"ঐ ইচম-চম্বা মীনি, ঙা-মীনি! য়ূম'সিদদি লালহৌবা লৈতে।"

ঐবু মপান্দা থোক্লক্লবা নোংমৈ মতোন্না ইঙ্গিৎ তৌবকপদগী ঐহাক থোঙজিন ব্রাংমদা খোঙ থাংদোবকই। অদুবু নোংমৈ মতোনশিং অদুদি অদুম্মক হান্নগীগুম মফম হোংদনা থল্লি। অদুদগী ব্রাং-চাউববা অহুমখক্লা নোংমৈ তন্ন তন্নদুনা ইমুংদা চঙশিনখি। ঙক্তি লৈথোকপা যাদে। অদুবু মীৎচিনা পৈবপ য়েংলুবদা উবকই— অবোক্লা মৈফূ'নাক্তা ইপঙ-পঙথবগুম ফল্লিবদু। মায় অসি য়ূমলোমদা ওনশিনবা য়াদ্রবসু নাকোংসিদি ইমুংলোমদা লৈশীল্লি। মীকুপ খবগী 'তুংদা মখোয় অহুমদু মবী-মবী থোক্লক্লে। ঐঙোন্দা ইমুংদা চঙনবা, অদুগা থোঙ লোনশিল্লু হায়বগী ইঙ্গিৎ উৎলল্লগা মখোয় থৌনা ফবা খোঙথাংদা গ্রুপ-গ্রুপ থাংদুনা চৎপা হৌগ্রে। মখোয়না চৎত্রবদা ঐসু থোঙ থিংজিল্লে। পৌবোল চেৎনা থাবে। অদুদগী অবোক্কি মনাক্তা চঙশিন্দুনা মশা পায়বগা ফমথবগা হংঙি —"অবোক' অবোক কবিসু তৌদেকো?" ঐনা হংলিবদু তাফাত্তবনবা কবিনো, ঐঙোন্দা য়েংবতমক য়েংলকই। অদুগা ইনমগনসিদা মখূৎ থল্লদুনা মপি ঈ-বা চেল্লদুনা হায়বকই—

"ইশূ কবিসু তৌদেকো?"

"ঐ কৈসু তৌদে অবোক।"

"পীকপ্রবা য়ূম'সিদা কদায়দবু কবি থিকনি। কাঙ্ম-লূকখা নোম্বদুনা,

মোম্পাক কাঙদুনা য়েংঙম্মিবনি। অহিং'সিদা নত্রবদি মতম লৈতবদু'ঙায়বে। সিফাই নত্তেনে মহোয়দু! যমগী দুত ঙাক্তনি। মীগী থব্রায় লৌবা লাকই্‌বনি।" অবোক্না খোঞ্জেল তনিক-তনিক্না হায়বকই।

ঐনা হায়— "অবোক হৌজিক্তি হিপ্পসি। তূম্মীংদ্রিববা অবোক?"

"তূম্বা! কমদৌনা তূমগদৌবিবনো? তূম্মীডৈদা অমূক হোৎচীল্লক্কুনা হাঙ্তোকপীবস্মবদি। থাজবা য়াবিব্রা মহোয়সিবু!"

অবোক্না ঐগা অসুম ঙাঙনবিডৈদা অসোমগী য়ুমদোম্পোক্লোমদা হূই খোংবা মখোল তাবকই। ঐহাক ফমুংদা কাখৎলি। ফমুংগা তাইননা ফাৎলিবা থোঙনাও'দু মখোল থোকহন্দনা হাংঙি। মপান্দগী মীনা উখিবা তাবে খন্দুনা অমুক কূমথবক্লগা লেমতোন দোশীদু পীক্না লৈথে। অবোকসু ঐনা তৌবিবদুগী নাশোন্দি খঙঙি। খোঞ্জেল ফাজীল্লগা, মখূৎনা হত্তুনা হায়বকই— "থোঙনাওদু হাংগনুনে নঙবু। নোংমৈ কাপশীল্লক্কুনা তোকঅবনি। থিংজিল্লুনে।"

খজিক্তং হাংদোকপা থোঙনাওদু খজিক অমুক চিংশিল্লী। মীৎ অমগী অহোবা মফমদা ঙায়বে হাংলিবা। য়েংঙি হায়বদু'ঙাই, কবিগুম্ব'মতা শেংনা উদে। খোংলিবা হূইদুদি, কবিগুম্বা অমনা খংথা থাবদগী খেং-খেং লাউদুনা চেনখ্রে হায়বদু খঙঙি। থংনবা মীকুপ্তা গ্রোক-গ্রাক লাউবা, থোঙগুম্বা নমখায়বগী মখোল তাবকই। ফক্লাংগী অহোবদা মৈঙাল অমদি উবি। থোঙ নমখায়বগুম্বগী মখোল'দুগা ঈবোয়ননা ময়েক লৌবা ঙমদবা নুপা অমদি নুপীগী খোঞ্জেলনা লাউবকপা তাবকই। অচীকপা চীংয়াদুদগী থোক্লকপা মিপাইবগী খোঞ্জেলদু অতোপ্পা চীংমায়দা য়ৈক্নবগা অমুক হল্লকপগুম তাবি। অদুবু কুইদে, তপ্ন-তপ্না মমি শামখ্রে অমুক। ইমুংগী মৈঙাল'দুসু হৌজিক্তি উখিদ্রে। ঐগী ব্রাখলনরা কবিনো, মমি শাল্লবা থাবল'দুদা উবিবা, মশেন-মবাংলবা য়ুমদু থোক-থোক নোম্বগুম তৌখি।

ফনা কুইনা মীখোল তাকদ্রবা 'তুং — ইখঙ-খঙহৌদনা কপ্লকপা নুপীগী খোঞ্জেল তাবক্লে। ইমুংদা মৈঙাল অমসু উবক্লে। ঙসাই খোংলম্বা হূইদু ওইবস্বা য়াই; অমুক গৌ-গৌ খোংদুনা কনাগুম্বগী মতুং ইন্নবগী মওংদা অসুম-'সুম

লাপথোকখ্রে। ঐ, ফমুংদগী তপ্পা কূমথৈ। অবোক্কি মনাক্তা চঙশিল্লগা তপ্পপ হায়—

"অবোক 'সোমদা কপ্পবা তায়!" অবোক্তু তাফাত্তবগুম তৌই। ঐনা অমুকসু মনাকোং মনাক্তা চীনসি নপশীল্লগা হায়—

"অবোক ইন্দোন ঙানবীহোয়দা কপ্পবা মখোল তায়নে।" অবোক্না—'হা' হায়দুনা ফূক হৌগৎলি। ঐনা হায়— "অবোক, অমুক্তা চৎপীকবনা ফবোইদ্রা?"

"মহোয়দুবু চৎখ্রে হায়বা খঙগুব্রনে?"

"খোংঙিবা হূইগী খোঞ্জেল'সিনা তাকপদি মহোয়দু য়াম্না লাপ্পা চৎখ্রে হায়বা খঙঙে অবোক।"

ৱা ঙাঙদে অবোক। কোয়েৎ য়েৎশীল্লি। মাগী ফমুংগী লুখুমদা থল্লিবা মতোন তুম্বা খূদুপমুক শাংবা থাঙ'দু শত্তোকই। মখূৎ ওইনা চৈশূ পায়, মখূৎ য়েত্তুনা থাঙ'দু পায়; অদুগা হায়বকই—"লাকও, লেমতোন্দু পায়বকউ। নখূত থাঙ অমসু পায়বকউ।"

অসুম্না ঐসু অবোক্কী মতৌগুম; থাঙ তোনককপা অমা পায়বদুনা, লেমতোন্দুমগা, য়ূমদু তম্না লাক্লে। ৱা ঙাঙদুনা কপ্পদি নত্তে হায়ববু, নুপী ওইবা অনীনা হীক্ল-হীক্লা থব্বায় শোক্লা কপ্পা মীকপখোলদি নকশীল্লক্লবদা ময়েক শেংনা তাবা ফংলকই।

থোঙ্গাল য়ৌববদা উবে— থোঙদু খজিক্কং হাইজিল্লবসু, ইশেৎ শেখদুনা লৈবিবদু। থোঙজিন মনুংদনা তাদুনা লৈবি, তেক্লবা, থোঙগী পু-না। ইমুং লময়াইদা ইচে ফজতোম্বীনা মফি-মবোল শেৎলি হায়বা খঙদনা, লৈপাক্তা মখূৎনা শুবদুনা নুং-হীক্লনা কপ্লি। ইচাই চাইববা অমুবা মশমশিংদু অমগা অমগা ইয়েৎ য়েৎশীন্ননা উবে। মনাক্তা ইন্দোন্দুনা হীক-হীক কপ্পদুনা মবায়বক পাযদুনা ফল্লি। নাকন অমদনা খুডানা, ৱা-লানসু ঙাঙদনা, নোম্বদুনা, ফক্লাং মনাক্তা লেপ্তুনা লৈবি। ঐগী খূত্তগী লেমতোন্দু পায়দুনা অবোক্লা থোঙ খজিক হাইদোক্লগা চঙখিবদা; খুডা-ইন্দোন অনীনা অবোক্কী মখোঙদা পুল্লপ তুথবকখি। ঐহাক লেপ্লিবা মফম'দুদগী খজিক মকম ওইবপ্পা লৈশীল্লি।

থোঙদু খবগা হাংদোবকপগা, অবোক্নি লেমতোন মৈঙাল'দুনা ইমুং'দুদা চঙখিবগা, উবমদবা কয়াসু ময়েক শেংনা উবকই — শ্রু-শ্রু নৈশিল্লবা ফমুংগী ফি-বোলশিং। লুখুমদা লৈগদবা মোন্না ফমুং ময়ায়দা ইথেক থেকচীন্দুনা লৈবম্বা; ফমুং মথক্তা লৈগদবা পোমফিনা লৈবাক্তা তাদুনা লৈবম্বা, অমদি ইমুং কাচিন্দা লৈবা ঈশিং চফূ কায়দুনা ঈশিংনা ইমুং তংখায় পূমচোৎ চোৎলিবদুসু মথং-মথং উবকই। খজিক্তং লোন্না, মুন্না য়েংশিল্লুবদা অমুকসু উবকই— ইচে ফজতোম্বীগী থবাক অমদি ঙকশমদা ঈ-থোকপগী অঙাংবা ময়িশিং। মমাদা কোনশিন্দুনা কপ্পী—

"ইমা-ঐ হিংলুবগী কান্নদ্রে' ঐ লোইবে ইমা!"

মপাগী মখোঙ কোন্দুনা অমুক কপ্পী—

"বাবা-ঐবু কমদৌনা হিংঙু হায়বিবনো!"

'সি হায়বগা মহাক ৱাম্ববম্মী। খুডা, ইন্দোন অমদি অবোক, মখোয় অহুম চঙদুনা মাবু লাযকন্নে। ঙাইহাক মতুংদা জ্ঞান তাবক্লবদা, অবোক্না মখোয়বু থৱায় ৱাদনবা থেমজিনবীবন্নগা ইমুংদুদগী খোঙ থাংদোবক্লম্মী। অবোক্না থোঙজিন হেক কাম্থোবকপগা ঐসু ঙসাইমখৈ নুংশাশোব থিঙৎলম্বগুম খংহোন হোম্থবকখি। অদুদগী, হন্না য়েংলমদনা অবোক্কী 'তুং ইন্দুনা যূমদা হল্লকখি।

অমুক্নি; য়াম্না ঙল্লি। নুমিদাংদু মখোয় ইমুংগী ওইহৌবিবা ফীভম'দু অসুম খঞ্জিল্লুবদা ঐ তূম্বা য়াখিদে। অৱাবা ৱাখল কোকথোংনবদুনা য়াম্না থেংনা ঐহাক তূমথখিবনি। অবোক্না কনানো অমগা মাঙ্গোলদা ৱা ঙাঙনবা তাবদগী ঐ মীকপ থোক্লকখি। মখা তানা ঙাঙলকপসু তায় —

"উপাই লৈতে ইন্দোন। পাঙ্গল ফূদোকপা ঙমজদ্রবা ঐখোযদি মফম'সিদা অমুক লৈহৈদ্রে। ঐখোয় পোকপদি মণিপুবদা পোকচবনি। মণিপুব ইমাগী মচানি। অদুবু ঐখোয়গী মোংফমদি মণিপুবগী ৱাংমদা ওইয়ু তন্মন্নমালে ইন্দোন।"

ঐহাক ফমুংদগী কূমথৈ। খুডানা মপি অব-ব শীম্থনা অবোক্কী 'মাঙদা ৱা-ঙাঙলি। লম্বীদনা ইন্দোন অমদি ইচে ফজতোম্বী মক লূকথদুনা মমায় ফীকক খুন্নগা লেপ্পী, অঈংবা নীংথমগী লৈচীল মবক্তা।

অবোক্লা শুৎ-শুৎ কপ্লদুনা মমীত্তু ফিজীনা তৈথোক্লগা হায়বকই— "নহোয় অহুম্মক নাদ-য়েক্তনা, নহোয়না নীংঙিবা মফম'দুদা তেক্ত-কায়দনা য়ৌবা ঙমজৌ! অদুগা ইশূ নুপীগী মথৱায় নুংঙাইরোইদবা ৱা ঙাঙগনু নহোয়না।"

ঙাঙন-ঙাঙনা অবোক্তু ইচে ফজতোম্বীগী মনাক্তা চঙশিনখ্রে। অদুগা ইচেগী মমায়দা খুমজিল্লিবা ইন্নফিদু হাইদোক্তুনা য়েংলুই। থিংবা ঙমদনা অবোক্কী মীত্তগী পি-না চেম্থবকখিবদু ঐনা ইমুংদগী উই। ঐগী ৱাববা ৱাখল, শোক্লবা থম্মোয়'সিদি, মখোয় অহুমগী তুশোন্নববা মতৌদু উকবদা ক্রক-ক্রক ফাজীল্লকপগুম তৌবকখি। ঈহৌবক্কে তৌবা পি-বু থিঙৎনবা হোৎনক্কবসু অবেম্বা তাখি।

অবোক্লা ইচে ফজতোম্বীগী মকোক্তা খুইববা মাগী মখুত্তুনা নানবিবগা খোঙ্গেল তনিক-তনিক্লা হায়বকই— "ইবেম্মা! অবোক্লা নহোয়বু খাম্বগী পাঙ্গল লৈতেনে। চৎলুকো-অঙ্গংবা অচীকপা লমদা। মাঙগী লম্বী তেল্লকঅবা অবোকহোয়দি যমগী দুত, সিফাই মহোয়গী মীওৎ-মীনৈ'সিদা অসুম পোখাফম খঙদনা শিবা ঙাইনা লেলহৌবা তাবমালে।" 'সি হায়বগা মখূৎ অনী চঙদুনা খুইববা মাগী মায়দা চেম্থবকইবা পি-দু তৈথোকই।

অমবোমদা, মনমগন্দা নঙ্গো অমমম্না নম্থবিববা, মখূত্তা পোৎয়োম অমমম্না য়াম্থবিববা মখোয় অহুমদু; মক লূকথ-লূকথ, লূম্নবা খোঙথাং থাংদুনা মল্লবা লৈচীল মবক্তুদা অসুম-'সুম চঙশিনখ্রি।

---

# এপোইন্তমেন্ত লেতর

● "অদু অমবু ওইবে, অমবু ওইবে। ইন্তবভিয়ুদু মায় পাকপীদুনা থবক্তা হৌবকান্দা চাক অমতংদি হান্না চমীন্নখিসিকো।"

'সি হায়বগা নোক্ল-নোক্লা খৃৎ শোক্লবন্নগা তোংলকইবা বিক্তোদুদা অমুক কাখৎলগা থম্মোয়দা মবোল লোনবা হৌই—

"মানি, মহাক মতমসিগী মীনি। শেলনা মবায়বক শেমখিবা। মেত্রিক্তা কম্পার্তমেন্তলগী মিংথোল ফংখিবা জামিনি, ঙসিনা বেঙ্কগী মেনেজব। অমবোমদা এম.এস.সি. ফার্স্ত ক্লাস নোবেন চুংখাম। ইন্তবভিয়ু থামনবদগী ইন্তবভিয়ুদগী পেন্সিল ফংলগদবা...।"

অসুম খল্লুবদা মহাক খজিক্তং খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লুবে। মদুদা বিক্তো থৌবিবদুনা ইঙক-ঙক্লা মঙোল্লোমদা ওনশিল্লকই। নোবেন খল্লি— "ফিবোলকা তনান-তানান্দবদুদা মহাক্লা ঐবু খজিক্তং ঙাওবা অঙাওববকাইনা চিংনরম্বসু য়াই।"

অমবোমদা, নুপা'দুদি ব্রা ঙাঙলকখিদে। মমায় অমুক লৈথোক্লুনা মানা থৌবিবদুদা পূক্লিং চঙশিনখি।

নোবেন খল্লি — "ঙসিগী ইন্তবভিয়ুদু মায় পাক্তনিদি নীংঙি। অদুবু তন্বা ঙমদে। 'সিগুম্বা থাজবা থমখিবা ইন্তবভিয়ু কয়া মতমগী থৌবোন হৈবা থৌপুবশিংনা লোইনা মীনম্বা তাহনখি।"

অসুম খন্ন-খন্না চৎপনা খামগদবা মফমদু হেন্দোক্লুনা চৎখৎলপ্লে। নোবেন্না ইফিং ফিংনা হায়রকই —

"এ-এ, বিক্তো! খাম্মু- কৈনো তৌবীবিদুবু! হৈনৌখোঙদি আদ লৈহৌবেনে।" বিক্তো থৌবিবদুনা ইঙক ঙক্লা— "হৈনৌখোঙ হায়বা? হুম!

হায়খিদেদা, কৈথেলমচা চৎসি হায়খি'দাইনে!" ঙাঙন-ঙাঙনা মুন্দম-মুন্দম শোল্লগা মমায় লৈথোক্লুনা অমুক হন্না থৌবক্লে।

নোবেন খঙলকই, মহাক শোয়ল্রে হায়বা। হায়খি— "কৈথেল মচাবোমদা চৎসি।" অকক্লবা মফম হায়খিদে। খল্লি অমুক— "কোকসি কবিনো অমদি তৌবমালে। অকাউবা হায়ব'সিমা ইতৎ- তত্তনা শাগোন্নবকএ। ঙসাই ব্রা ঙাঙদনা নোকখিবা অদুগা পুন্না য়েংলুবগদি মহাক্লা ঐবু ব্রাখল চোইববা মীশক অমদি হায়না শোয়দনা খল্লম্মনি।"

হৈনৌখোঙ য়ৌববদা নোবেন বিক্লোদগী কৃমথবে। মানা পীগদৌবিবা ভাবা অদু য়ামদে খঙন-খঙনা অয়াওবা খবদু পুথোক্লুনা পী।

"... ... ... .. ।"

"কৈনো, পৈশা শুদ্রে শাউবনু হাযবীবিসিবু? লুপা কুনসিনাদি য়াবোইযে। অতোপ্লা কনাগুম্ব'মা ওইবদি নিফৃদগী শুক্তা তাবোই।"

"য়াওদ্রদুনা তৌবনি, শাউবীনু। নোংমা মতাং চাব'মদা ঐ শোযদনা পীজগে!"

বিক্লো থৌবা নুপাদু ব্রা মখা তাবমদনা লৌনীংদ-লৌনীংদা লৌবগা মুন্দম মুন্দম শোল্লদুনা হন্না অমুক থৌখিবম্মী। মাগী মতৌদুদা নোবেন্দু খজিক ইকাইহৌই। অসুম্না ইকাইবা মচা মচা কয়াবক নংখিনি খল্লি মহাক। নহান নোংমগী লম্বীদা চৎলিঙৈ' গাডীগী হোর্ণ খোংলকপা তাদনা লম্বী শমগে তৌকবদা—

"হে-ননাদু পঙব্রাও! হোর্ণ অদুক হৌনা খোংঙিদু তাদ্রাও?"

নোবেন খংপ্রেক খংঙি। অদুবু শোব চনীংতানা হোম্ববগা তপ্লপ খুম্লকই-

"তাজহৌদ্রে!"

"ননাদুবু তশেংনা পঙঙব্রা হায়বনি। পঙঙদি নমীৎ-ননাদু শিংনা, কোইযে য়েংঙগা চৎপা তাবা, খঙঙব্রা!"

নোবেন মক লূক্লা ঙাইহাক্তং লেপ্লম্লগা মফমদুদগী খোঙলৈ থুনা খোং থাংদোবক্লম্মী। মসিনি, না পঙদবা নোবেনগী কোক; থবক ফংদবগী চোইজাইনববা ব্রাখলনা হেক-হেক লম্মাংনহল্লিবা মাগী পুক্সি।

য়ূম য়ৌবদুনা পদ্রাক-পদ্রাক মাঙ্গোল হেক কাখৎপগা মমানা ইমুংদগী হায়বকই— "পিয়ন্না চিঠী অমা পীবম্বনি। তেবল মথক্তা লৈবনি।"

নোবেন থোইনা হবাওদে। 'সিগুম্বা চিঠী কয়া লাকখ্রে। দিপোজিৎ থীবগা থবক চঙবগী। থা-দ লিশীং মবী ফংবা, মঙা ফংবগী। ওকএ, খাবে মথম্মোয়দা। অদুবু মহাক য়েংদি য়েংনীংখি, কবি ইবিবনো হায়বদু। হাংদোক্লুবদা উবকই, পবেং মবীদং ইবিবদু। ব্বাবোলদি, মমাঙ থাদা ইম্ফালদা কোয়বা চৎপদা মপা চানকদুনা ইস্তবভিয়ু য়াওখিবা, তোলোপ্তি অকক্লুবা খঙদবা ওজাগী ফমদুগীনি। মায়পাক্লে থবক হৌবীববো হায়দুনা ইবকপনি। তোলোপ্তি এক্সপবিয়েন্স লৈবগী মতুংইন্না লিশীং তকক্তগী তবেৎ ফাওবা ফংগনিকাইনসু হায়নখিবা লৈ। অমবোমদা, থবক্তু তৌবা পান্নগদি হয়েংমক খোঙশানবা তাই।

নোবেন লাংতক্লে। খল্লি-হঞ্জিন-হঞ্জিন; চৎসিবা চৎকুমসিবা! মমৈথংদা চৎকে হাযনা লেপ্লে। অদুবু মহাক লৈকাইদগী নত্রগা মবী-মতাদগী শেল পূবা হৈনবা মী নত্তে। লুবিবদি, চৎকে হায়বগদি পূদবা য়াবোইদৌবি; মহাক্লা নত্রগা মমানা।

চিঠীগী মবোলদু তন্নবদা মমাদু হবাও-হবাও শেল থিবা চৎখি। অদুবু পংকুই কুইদে। অমুক মায়থোঙ মকা লামফাত্তনা হল্লকই।

নোবেন্না চিংননা হংঙি – "ইমা কমদৌবকএ?"

তাহৌদবনবা কবিনো, খুন্নক্তে।

নোবেন্না মখা অমুক তাবকই— "হোয়দা, ফংঙক্লগদি তোকপাইদুনি। তোলোপসু পঙচাউ চাউবা থবক মান্দেদা। অমবোমদা, ঐনা চখোকএ খল্লো; য়ূমসিদা ইমা নতোমতা কমাইনা লৈহৌদোইনো?"

মচানা ইতন তম্বুনা ঙাঙবদু তাবদা মায়পাকপী, দোং-দোং খুন্নকই—

"অদু অদা হায়দুনা লৈবনু! সে-লুপা লিশীং মঙানি, পায়শিল্লু। তোলোপ কংদ্রিঙৈ' অহানবা থা-দুমদি খবা হৈ-শিংনা হেক শীজিন্নবো।"

"অদু ইমাবু নতোমতা লৈহৌববু ঙমদৌবিব্রাও?" নোবেন্না ইঙক-ঙক্লা হংলকই।

"কবিগী ঙম্মোইদৌবিবনো। ইমা থোংবা-থাকপা, ফিশু-ফিজান্না ঙমদবা নত্তে, লোইনা ঙম্মী। হয়েং কোন্না ঙম্মক্তবা মতমদনা মতমদুগী থোকঅবা অমা অদুম লাকচনি। চৎলু-চৎলু লাই খুকমদুনা। থা অম-'নী য়েংঙগা তোলোপ্ত নাতে চাবোয়দবা ওইবগনা শৎ হেক তোকথোকঅগা লোইবেদনা।"

থৌগৎ-ব্রাহৈনীদি হায়ববু মমাগী খোঞ্জেলদু তনিক-তনিকখি। মহৌশানি মসিদি। অমত্তা পোকচবা মচাবু মমা ওইবীনা মীবমদা কবম্মা থানীংগনি। হৌজিকরাইদা শূকথবগ হল্লকখিবগী মবমসু মসিনি। অদুবু মচাগী তুংগী পুন্সিগীদমক খন্দুনা খাঙবা য়াবা খাঙলগে খনম্রে মাযপাকপী।

মথং' নুমিত্তা মমাগী থৌজালগা লোয়ননা নোবেন ইম্ফালগীদমক মযূম লমদম লক্ষীপুবদগী খোঙ শান্দোবক্লে। মাগী থবক্তুগী ঈখৌবাংবনা লমজিংদুনা মহাক ইম্ফালদা পম্মদনা য়ৌনীংখি। অদুবু লাইবক থীবদি, লম্বীদা চী নীংখায়বকপদগী চীংলক্তা অহিং লেনবা তাখি।

অমবোমদা, মফমদুগী খুঞ্জাশিং অমদি লম্বী শেম্বা মীওইশিংনা পুন্না অহিংচূপ্পা হোৎনমিন্নবদগী নোং-ঙাল্লমদাইদা লম্বী য়াবদুনা গাডীশিং মফমদু থাদোক্লবকখি। অসুম লেপ্তুনা লাকপনা অয়ুক্তি পূং তবামাথোই তাবমদাইদ ইম্ফাল য়ৌবক্লম্মী।

নোবেন পম্মদে। হোতেল অমদা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লি। অদুগা মায়-মীং চীন-য়া শেংদোক্লগা কবিনো খবা চাবগা খোঙলৈ থুনা থবক মফমদু তল্ল লাক্লম্মী। অদুবু হায়বকপা মতমদগীদি হাইফেৎ থেংথবে।

নোবেন্না স্কুলদুদা থুংলুবা মতমদুদা কা-শিং অয়াম্বা খোঙ লোনবা উই স্কুলদুগী, 'ওফিস' হায়না থাবা কা-অমগী মমাঙদা ফানশাং অমদা মহাক চঙশিন্দুনা ফম্মী। তাল্লক্তুদা, খজিক্তুং মনীংলোমদা চখোক্লগা লৈবা, মায়গৈ অহুম ফক্লোংনা ফল্লাং ওইবা হোতেল অমদা মশক্তি উবা ফংদনা, মী খবনা ঙাঙনবম্বদু তাবকই। অমনা হায়বকই— "ঐসে এমেনি, অদুবু লুপা লিশী মবী মখায়গী থবক'সিদা চঙঙু তম্মম্লমালে। কমদৌনি, শেলসু পায়দে, থবক খবা ফব'মা লৈগদবসু!" 'সি হায়বগা নুপাদু ফাক-ফাক নোক্লকখি।

অহল খবা ওইবপ তৌবা, হোতেল মপূ ওইবমগদবা মানবা নুপা অমনসু ময়াম চাবী-থক্লিবশিংদুগী অৱাৎ-অপাদু হংলগা মখা শমথবকই—

"ইবুংঙোনা হৌজিক হায়বীখিবদু ওম্বোক্লা চুম্মবনি। শেলনা ঙম্বসি ঙম্মীকো ইবুংঙো। কবি হায়নি; জোইন্ত তৌববো হায়দুনা কৌববা মী ফাওবা মতম চানা য়ৌবক্তে হাযদুনা মমীং ককথৎলগা, ইন্তরভিয়ুসু য়াওখিদবা মীদু ওইনা হাপচীনবা ঙম্মীপোৎনি।"

অমনমক খুল্লকই— "উম! ঐনা তাবিসে চুম্মম্বা তাবে। কনানো নোবেন কৌবা অমা ভি. পি. ওইনা খল্লেদি হায়বগা, মাগী মহুৎ, মাগা মিং মান্নবা অমা হাপখ্রে হায়নবিসে!" অসুম্না, চাবম-থক্লম্বশিংদু মুকম-মুকম ঙাঙনবদুনা হোতেলদুদগী থোকখিবম্মী।

মখোয়না ঙাঙনখিবদু তাবদা নোবেন্দু পূমঙক ঙকখ্রে। কবিনো খবা হংলুগে শন্না ফূক হৌগৎলি। অদুবু চৈবক্তুদা গেৎ-লোমদগী নুপা অনীখক চঙলকই। মখোয় অনীমক ইন্তরভিয়ু নুমিত্তা থেংনখিবা মীওইশিংদি নত্তে। অনীদুগী মবক্তা পিয়ন মানবা অমা য়াওবিবদুনা ওফিস কা-গী শো হাংঙি। অদুগা মশা খবা নানবা মীয়ায় চল্লবদুনা কা-দুদা চঙখ্রগা ফাইল অমা কোল্লদুনা থোক্লকখি। নোবেন ফূক হৌগৎলি—

"ওজাবু কবিগুম্বা অমত্তং!"

মীকুপ্তুদা নুপাদুদি খোঙকাপ মবী-মঙা হেনগত্তুনা চৎখিবম্মী। পিয়ন মানবদুনা কা-দু শো অমুক লোল্লগা, কবি হংলিবনো হায়দুনা হংলকখি। নুপা অমদুদি ঙক্লপ অমুক্তং লৈশীল্লন্নগা কবিনো হায়বা হংলমদনা গেৎ-তা খামদুনা লৈবিবা কাব'দু তম্না চঙশিনখি।

নোবেন্না লাংতক্লনা মঙোন্দা থুংলবিবা চিথীদু লৈহৌবিবা নুপাদুদা য়েংহল্লি। মদুদা মানা, নোবেন্দা শংত্রিক য়েংলগা ঙকশীন্নবা মান্না হায়বকই—

"ও-ও! ঐ ভাব তাজবে! অদুবু য়াম্নদি নুংঙাইজদ্রে। সোমগী চিথীসি সুমদৌবনি। ঐখোয়গীসিদা মিং মান্নবা কেন্দিদেৎ অনী শুবম্বগী মথক্তা ঐখোয়নসু চেকশীনহৌদবদগী অতোপ্পদুদা থাগদবা চিথীদু সোমদা ওইনা লান্না থাজীনখ্রে। শোয়খিবা অদুগীদমক ঐখোয়বু ঙাকপীগনি।"

নোবেন নুংশাশোব শাংনা হোন্থবকই। নীংশিংলকই, ঙাইহাক মমাঙদা হোতেলদা ঙাঙনখিবদু। মহাক বা মখা তাকদ্রে। মায়-মীৎ ইপঙ-পঙশিল্লদুনা মঙগী মতৌগুম মফমদুদগী থোক্লক্লে। খোঙকাপ খবদং কানবদা মঙায়বিঙে' নুপাদুনা হায়বকই—

"সোমগী বেগ লৈহৌবে।"

নোবেন মীৎ-না খংশিং শিংঙি। চঙশিন্দুনা বেগতু য়াল্লগা অমুক থোক্লক্লে। মাগী মতৌদুদা নুপা'দু খোঙফম হোংদনা লেপ্তুনা লৈহৌই। মতৌ অসুম্না নোবেন নীংবা কায়না ময়ূমদা হুল্লকখি।

নোংমা অয়ুক অমদা মহাক, 'সুম খল্লুবদা পেন্দবা, শাউনিংবা পুম্নমক য়ান্নখিদুনা, মাগী মহৈ-মশিং তল্লকখিবগী চে-চাংশিং য়াওবিবা তবং অমনবদু হাংদোক্লুনা মার্কসিত, সার্তিফিকেতনচিংবা লোইনা পুথোবক্লগা মখূৎ অনী চঙদুনা শ্রু-শ্রু নৈহৎলি। মদুনসু পেন্দ্রদুনা শমজিনবা য়াদ'মখৈ শিংগুপ শানা অমুক শেত্তৎলি। শেত্তৎপা অদুনসু পেন্দ্রি। অদুবু মখাতানা মহাক কবিসু তৌনীংঙাই লৈত্রে।

অসুম্না মহাক্লা নীংবা কায়ববা মীশক অমগী শক্লোন্দা লৈবিঙে' মমানা হবাও-হবাও চিথী অমা পায়বদুনা ঙাঙল-ঙাঙলা চঙলকখি—

"চিথীদি লাকপৈ মশীং নাইদে। থবক্তবু নাতে চাগন্দবনি!"

'সি হায়বগা মচানুপাদা পীশিল্লগা মখা অমুক তাবকই— "সে-সে হন্দক্লিসিনা কবি হায়বিবনো ইমাদা তাহল্লু। ওইগদবা থবক্লিবা, ওইবোইদব থবক্লিবা হায়বদু!"

নোবেন ইহৈ হৈনীংদনা লৌই। অদুবু চিথীগী চেখূমদু মওং অমদি তানা উবি। কোলকাতাদগী থাবকপনি। হাংদোক্লুনা য়েংঙি মীকুপ খবদং। অদুদগী পীগুম শূক্লগা মকোক পায়দুনা লৈপ্লে। চিথীদু, লুপা লিশীং তবামঙাদগী হৌগদবা, মহাক্লা পাম্না ইন্তবভিয়ু ফমজখিবা সবকাবগী লোইশঙ অমগী সুপবভাইজবগী ফম অদুগীনি। কাউববা মতমদা ঙসি এপোইন্তমেন্ত লেতব লাক্লি।

নোবেনগী মতৌ'দুদা মমানা ঙক্লপ হংঙি—

"কৈদৌবগে ইবুংঙো! থবক্কি নৎলমদ্রববা?"

তন্দে-মান্দে খুম্মী— "থবক্কিনি ইমা!"

মমানা মায়থোঙ মকালাম্মা মখা তাবকই— "সবকাবগীবা, প্রাইভেৎকীবা?" অশাংবা নুংশাশোব অমগা লোয়ননা নোবেন্না খুম্নকই— "সবকাবগী থবক্কি ইমা।"

সবকাবগী থবক্কি হায়বদুদা মমানা হবাওনা অমুক হংলকই—

"থবক মফম্ম কদায়দনো ইবুংঙো?"

"কোলকাতাদনি।"

"অদুদি কৈদৌঙে চৎপা তাবি?"

"লাকইবা শগোলসেন নুমিৎসিদা জোইন্ত তৌবগদবনি হায়বি।

মমাদু মখূৎ থেকই — "অদুদি ঙসি ইবাই, হয়েং থাংজ, হংচীৎ নোংমাইজিং . . ... ..., চয়োল অমগী মতমদি লৈবিদনা। অদুবু লম-থাপ্পনিনা থেংথদ্রিঙৈদা চৎপদি চুম্মী। হায়য়ু-হায়য়ু, চৎপগী পৈশানা কয়ামুক চঙগনি হায়বদু।"

নোবেন ফুম্বংনৈ। মমানা হায়বিবদু তাগুম তাদগুম্মী।

মচাগী মোং ইহা হাদবা মতৌ'দুদা মখা অমুক তাবকই—

"নঙনা পৈশাগী খন্দুনা কোক শাবিবদু ইমা লোইনা খঙঙি। অদুবু কোক্কু নঙনা শাকব্বনু। ইমানা ওইনা শাকুবগে...।"

নোবেন্না মীৎ পাঙন-পাঙনা উদ্রিঙৈ' মমাদি লৈকাইদগী শেল পূকনবগীদমক কোম্থোঙ ব্বাংমা লাল্লম্লে। কৌগে তৌবসু মমাঙগী লৈবক ফাওজীনখিবনা হানখ্রে। নোবেন, "ইস" হাযবা ব্বাহৈগা লোয়ননা মবায়বক পায়দুনা লৈহৌই।

ঙাইহাক মতুংদা মায়পাকপী হল্লকখি। মচানা মফম হোংদনা অদুম লৈবম্বদুদা হায়বকই—

"এ! হৌজিকফাও চেগুপ ময়ামসি খুন্দোক্কেদি হায়দ্রদুনা মখোঙ-মখূৎ শীৎ তিংখোক্কুনা লৈবম্মীনেসে। কোয়চেন চেল্লিবা ঐনা ব্বাদ্রেনে!"

’সি হায়বগা মচাগী মমাঙদা লৈবিবা তবং’ মথক্তুদা ফিজীদা কিদুনা পুবক্লিবা পৈশাদু লৌথোক্লগা থম্মী। অদুগা মখা তাবকই—

“কাঙজমগী ননে বিলাশিনিদগীনি। মাদি দিল্লিদা, কোলকাতাদা তোয়না চৎপনীনা প্লেন ভাবানা কয়ানো, ত্রেন ভাবানা কয়ানো হায়বদু লোইনা খঙি। ত্রেন্দা চৎপগীদি পৈশাসিনা লেমপানা কোন্নবনি হায়হৌই।

অদুগা নঙনা তৌগদবা হায়ববু তোলোপ ফংদ্রিঙৈ’ অহানবা থা-দু পৈশাদি খবা হৈনা শীজিন্নবা তাবে...।”

ঙসাইমখৈ মায়থোঙ মকা লান্নমদবা নোবেন্দু মমানা ঙাঙলিবদু অসুম তাক্নবদা ফাক-ফাক নোকথোবক্লে।

“খী-দ অঙাওবসিদি! পৈশা মমাঙদা থম্মকানসিদদি নোক্লকএনেসে। কোক্তু শাদ্রেকো হৌজিক্তি।” অসুম্না শাউজিন্নদুনা মচাদা নুংশিনা ঙাঙলম্লগ. মায়পাকপী ইমুং চঙখিবম্মী।

হৌজিক্তি, মাঙ্গোলদুদা, থবক্তু জোইন্ত তৌবা মতমদা উৎকদবা অশেংব চে-চাংশিংগী শমজিন্নবা য়াববোইদবা চেগুপশিং, অর্থ থোক্তবা শেলগী মপুন অমদি মখোয় অনীগী লংদাইদা পুন্সি লানফমদা হঞ্জিন-হঞ্জিন মাযথীববা, মহাক মশানা ‘ঐ নোবেন্নি’ হায়নীংদ্রবা নোবেনগদা ঙায়হৌবে।

---

● ওক্তোবর, ২০০৩

# ডাক্তর ঐজ্ঞা

● "...............?"

"........ ......!"

"অস! ঐদি হিদাক লৌগে লাকই, কমাইতৌনিদুদি...!"

"লৈতে হায়বমক্তদা 'সুম শাংথবিবকইসিবু কবিগীনো ইবেম্মা। লাইশঙ ব্রাই তৈবিঙৈসিদা শাউহল্লনু ঐবু, লেঙঙো-লেঙঙো!" মবৌলৈবা, পূক্লুংদা ব্রা লোৎপগী খূৎশাউনি।

ফজবী ব্রা মখা তাবমদনা নূংগী মুর্ত্তিগুম, মমায় ঙাংশিন্না মীকুপ অমত্তং লেপ্লল্লগা হনখ্রে।

থৌবাণীদু, মহাক্লা চৎখিববোমদা পীশুম শূক্লগা পৈবপ যেংদুনা লৈহৌই। অদুদগী শকফম হঞ্জিল্লক্তুনা ব্রাই তৈন-তৈনা মুক্কম-মুক্কম অমুক শোল্লকই—

"ঐ' নুপাসিসু ওক্তী ওক্তবজাৎনি। মী' মচা নৈশাবী অসিদা শাউফমদি থোক্তবনি ঐসু।"

যূম পাল্লবনি। অদুবু চহী মঙা হৌজীনগ্রবসু মমীওদি মচা উবা ফংদ্রি। পোকমীন্নবা মনাওশিংগীদি মচা অনী লৈবা, অহুম লৈবা য়াওনখ্রে। লোইনা তোঙানসু চানবে। ঙাওবা হনবা য়াববনি। অদুবু ডাক্তব ঐজ্ঞা...।

থোইনা চাউবা ডাক্তবমক নত্রবসু চাবা তুমদবদগী পোকপা লায়না অমদি লোক-লাইহৌনচিংবদদি ডাক্তব ঐজ্ঞা হায়ত্রবদি লোইবে। অমবোমদা, ঐজ্ঞাগী লমচৎ নৈনকুববদি — মাদি বামোন ওইদুনসু শা-ঙাবু হেন্না খোয়দাজবা, থোইদোক্লা নিশাগী লমদসু পঙনোপ নোপচদবা মীনি। কাংশী, শবীক পায়দুনা খীংদবসু কুইববজাৎনি। মনূং চঙলুববসু ঈক্কজবদি লায়বদনা খূৎ-শা ফাওবা শম্বোই-হামদবোই তৌদুনা চাকখুম চঙলক্লগা লৈবঙদা থৌবাণীনা ঙৌজবিবা

ঙা-মতৃম খাংদগী কোখত্তুনা চাবসু হৈনবা ঐজ্ঞানি। তুবেল মপানগী নাপী-শীংবী শোংলপ হৌবা লুম্বা য়াবা মফমদা লুন্নগা, মাংন-মাংনা নত্রগা মাংবা শাজিন্নদুনা থৃগ্তুনা লৈবগা তুবেলদা ঈব্দজবীশিংবু; মক ওইনা নুপীগী অচীকপবু লোন্না য়েংজবগা পুক্সিগী অৱা-অনা কয়া কাউথোকপা ঙমজবা মীওং ওইনসু তৌই।

থৌবাণীনা ৱাই তৈবা লোইদুনা ঈব্দজবগা লৈ-শৃ কত্তুনা লাইগী থৌগল চঙবা হৌবদা ঙায়বি। লৈকাইগী হুইদ্রোম' মৌনা হোবে-হোবে লাক্কুনা হংলৈ—

"সুমতী - চন্দ্রো লৈব্রা?"

"লৈতেয়ে। কনা ঙমদবা য়াওবে ইনম্মা?"

"অঙাং অতোম্বদুনিনহৈ। মশাদু শাগত্তুনা চেঙ খৈবদু-ঙাইবে নীক্কুনা লৈহৌবিবা। হিদাক্কু নঙনা খঙঙগনা নঙনা হেক পীবো, চন্দ্রো অমুক ঙাইদ্রবসু।"

"হোয় - ইনম্মা! ঙাইহাক্তং ঙাইবীবো অদুদি।"

থৌবাণীনা লাইগী থৌগল লোইশিল্লদুনা থোক্লকপগা ডাক্তব ঐজ্ঞান অনাবা য়েংলুবদগী হল্লকপগা মপা চানবম্মী। অনাবগী লাইওংদু হায়বগা হুইদ্রোম' মৌনা ডাক্তবদগী হিদাক লৌবে। হিদাকমলনা লুপা নিফৃ থোক্লো লুপা কুনদং পুথোবল্লগা হায়বকই—

"নিফৃ শুদ্রে, অৱাৎপদু হয়েং পীবগে।"

অসুম্না হিদাকমল তংখায় পীবন্নগা হুইদ্রোম' মৌদু প্রপ-প্রপ হনশ্রে। ডাক্তব ঐজ্ঞা, থৌবাণীদা পৈবপ য়েংলগা পৈশাদু ফৃবিৎখাউদা হাপচীল্লি। মাগী মতৌদুদা থৌবাণী, পীশুম শৃক্লদুনা ঙাঙলকই— "ডাক্তবকা ওইবীবনু, লৈকাই নুংঙাইনবা। শোৎপগা কবিগা, হিদাক লৈবদবু। হয়েং পৈশা থৌবমদাইদনা ঐঙোন্দা হেক্তা তাবা।" ঐজ্ঞা খুন্নক্তে। থৌবাণী, মখা তাবকই— "ইকাইজবে ঐদি মীগী মমাঙদা, মায় অসে থমফম লৈত্রবনি।"

হন্দক্কি মতাংসিদদি ঐজ্ঞা খুন্নকই— "কবিনো ইকাই হায়বিসিবু। হিদাক শোৎখিবৈবা?"

থৌবাণীদু অমুক তুমীন লৈম্লে। ফুমজিন্দুনা থম্লিবা ব্রাফম'দু ফোঙদোবক্লদৌবে। মমীৎনা পৈবপ-পৈবপ য়েংবা হৌবকএ। চৈবকসিদা, ঐঙ্গানা কবিসু নাচুংলুদনা হায়বকই— "চা লোনবা লোইববা নৎত্রাও! পুথোবকও, থেঙত্রনি ঐ। তুবেল ব্রাংমদা অনাবা অমগী অমুক চৎলুগদৌবিবনি।"

থৌবাণীদু তুবেল ব্রাংমা পল্লকপদুদা খাঙবা ঙমদ্রমালে, হায়বকই— "তুবেল ব্রাংমৈ অনাবসিদি কুমলায়না হায়বদুনি। চহীচুপ্পা লাইয়েংঙবসু ফবা কৌবা লৈখিদ্রে।"

থৌবাণী খঙঙি, ঐঙ্গাগী তাৎ। অনাবদা থৈদোক্লগা মাগী অপাম্বা লম্বীদা চৎলিবনি হায়বা। লৈকাই য়ুম্লোম্নবশিংনা তুমীন-তুমীন ঙাঙনবদু তাবদগী, ঙবাংদি হেক্তমক খঙবা যাবা খঙলুবগে হায়দুনা ফজবীহোয়গী কোল্লুপ্তা লৈবী মনেহোয়দা নুমিদাংব্রাই কোয়বা ওইনা চত্তুনা হংদোক্লু ববনি। মনেনা হায়বকখি— "ইমীৎসিনদি উকদ্রি। অদুবু লৈকাইসিনদি ফজনা ঙাঙনবে। মসোমদা, মমা হনুবী অদুনদি অয়ুক পুং তব্দক্তগী নুমিদাং পুং তবেৎ ফাওবা হোতেল ফম্লিবনিদো হায়দুনা লৈম্রেদো। মদুগী অচেংবা তাঞ্জাদু লৌদুনা ঈবাং চখনবিবা ওইতাবেদনা। 'সিনি ব্রাবী হায়ববু।"

মনেগী ব্রাদু তাববতুং" থৌবাণী ব্রাখল লৈতাদনা হল্লকখি। অদুবু মমীৎমক্লা উদ্রিবনিনা মচেক্লা য়ৈদুনা মাগী নুপাদা ঙাঙবা হৌবিবনি। ঙসাই ফজবী লাকপদা শাউবগী মবমসু মসিনি।

থৌবাণীসি ব্রাতবু খবা ঙাঙগনবগী ব্রানি। মাগী থোকপা চাং অমদা শিংজবী নুপীনি। খল্লি —"ইনেনা হায়বকখিবদু খজিক্তং ওইগনি। ঐঙোন্দা লোইনা হায়দোক্লীংদদুনা ব্রা খবদি শোয়দনা লোৎলমগনি।"

অমবোমদা, খজিক্তং হায়বদা ঐঙ্গানা ভব ইতা তাশিন্নদ্রবদা থৌবাণীদু ফুল্লপ্পা ব্রা'দু ইফোংহেক ফোংদোবক্লে—"ঐ চিংনদুনা ঙবাং ইনেহোয়দা চৎলুববনি। মহোয় লৈকাইনা কবি কবি ঙাঙনবিগে হায়বদু লোইনা তাবকঅবনি। অদুগা অনাবা শাজিন্নবী লমচৎ লৃদবীদু ঐঙ্গাবু হংবা হৌজিকব্রাইদসু লাকঅম্বনি। ঐনা লৈতে হায়বদুদা হনগ্রবনি।" ঐঙ্গানা ফিংলপ খুন্নকই— "ইসো হিদাক লৌবা লাকইবা ওইবিনিনে।"

অদুদগী থৈদোকপা য়াবা থৈদোক্তুনা মখা শমথবকই— "মী-মকোক ঙাওবৈ লায়না লৈবনীনে। হোয়, ডাক্তব হায়বদু ওইশিল্লুববনিনা ঐসু অনাবগী মনাক্তা চঙদবদি য়াদেদো। মদুদা, মাবু নত্রগা ঐবু কল্লকপা মীনা পাউথোকপীবিবনীনে।" থৌবাণী নুংশাশোব শাংনা হোম্থবকই, অদুগা হায়বকই— "ঙাঙবীবিবদু শেংদি শেংঙেকো ঐজ্ঞা?" ঐজ্ঞা খুমগে তৌই। অদুবু খুম্বা ঙমদনা অদুম লোইশিল্লে।

হোয়, তশেংনমক্তি ফজবীদু কোকঙাওবগী লায়না অমবুদি লৈবজার্থ..। অদুদা, ঐজ্ঞাগী শাজৎকা মপা চান্নকবগী ব্বানি। মবক-মবক্তা মাদি ডাক্তব ঐজ্ঞ উনবা, হিদাক লৌবা অদুম লাকইবনি। অদুবু ঙসিদি থৌবাণীদগী শামিন অম ফংখ্রবনি।

চিংনবনা থল্লবা থৌবাণীগী ব্বাখলদি মওল-মওল খল্লি — "কোকঙাওব ওইবম্মোই, অবোংপা ফোংঙক্তনবা চাবা হিদাক্তুম ওইবল্লি।"

'সুম খঞ্জিল্লুবদা হ্মাং অনপ্পী কাবকই। থোইদোকপা ইমুং-মনুং শৌ-শৈ লাউনবা তৌদনা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈখ্রে, ঐজ্ঞানা তুবেল ব্বাংমদা চৎপগী তাল্লক অমবোমদা, থৌবাণীনা খল্লিবসিগী ওন্নতৈনবদা ঐজ্ঞাদি হন্দক-মবকসি তুবেল ব্বাংমদা শূকচৎ চৎখিদ্রে। ফজবীসু অমুক হন্না লাকখিদ্রে। অদুবু ব্বাখলদি লৈ.. থৌবাণী। হৌজিকসু চাউশেন শেন্নবি।

নোংমা নুমিদাংব্বাইনি। থৌবাণী, ধূপ-থাউমৈ কত্তুনা লাইগী থৌগল তৌবি। তাঞ্জাসিদা ঐজ্ঞা থোকখিবগী খোঙউপ মখোল তাবকই। খাউজাউ প্রম য়াল্লদুনা হন্না য়েংলমদনা থোকখি। অসুম্না হন্দক-মবকসি নত্তনা হান্নদি হেক হেক চৎলি। কৈথেল কাবিবনি মাগীসি। অদুবু 'সিগুম্বা খোঙচৎসি ঙসিদি থৌ.. য়াম্না চিংনবক্লে। নোংমতা কৈথেলদগী ঙন্না হল্লকখিদে।

ব্বা ঙাঙদে থৌবাণী। লাইগী থৌগল প্রপ-প্রপ লোইশিল্লন্নগা মফি তনহোং হোংলগা ঐজ্ঞাগী মতুং ইল্লকই লাপ্লপ। 'সুম ইন্নবকই। কৈথেল কাবিবা ঐজ্ঞা.. কৈথেলদা মীকুপ অমফাওবা পল্লমদ্রে। অসুম চৎখিদুনা থোং লাম্থোকখ্রে। তুবেল ব্বাংমগী মনেহোয়' য়ূমসু তুংওইনবন্নগা মুশি-মুশিবা পোদোন থাল্লিবা ফজ..

শঙ্গায়দা য়ৌখ্রে। থৌবাণীদি মমশীল্লকপদুদা মনেগীদা চঙহৌই। মনেদু লাইগী থৌগল তৌদুনা লৈবম্মী। থৌবাণী উবদা ইঙক ঙক্লা—

"মমশীল্লকপসিদা কদায় চৎলুবনো সুমতী?"

"মুতুম লৈকাইদা মী অমা উনগেনা লাকপনি। খিত্তং ঙনমল্লিমালেনা 'সুম চঙঙকপনিদা ইনে!" থৌবাণী ৱা লোৎলি। মনেনা— "ঙাইহাক ফম্মু অদুদি।" হায়বগা মাঙ্গোল কাচিন্দগী মুডাদু পুখোবকই। থৌবাণী ৱাখল লৈতাদে। মনেনা হায়বিবদু তাগুম-তাদগুম্মী। মনেদা— "ইনে, ঐ হান্না অমুক্তং চখোকউখিগে।" হায়বল্লগা তফিং-তফিং অমুক থোক্লক্লে। মনেদু মাগী মতৌদুনা তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈহৌই। অসোমদা থৌবাণীদি অসুম লাকপনা ফজবীহোয়গী য়েন্নখা য়ৌখ্রে।

তাঙ্গাসিদা ইমুংগী মনুং ওইবপ্পা নুপীগী খোঞ্জেল অমনা তনিক্লা হায়বকপদু তায়—

"নঙ, নঙ লাকঅনু! নঙদি মীবু মাঙহনবনি। ঐবু লাইয়েংবা শাজিন্নবগা কবিগী ঐবু মাঙহনবীবি। কবিগী লৌশিনবসু ঙম্বীদ্রি!"

'সি হায়বগা হীক-হীক কপ্পকপগী মখোলসু তাবকই। নুপীদুগী ৱাহংগী পাউখুমদি কনানসু পীবক্তে। থৌবাণী জ্ঞান তংখায় মাঙঙি য়েন্নখাদা। নুপীদুনা কপ্প-কপ্পা মখা অমুক তাবকই—

"হৌজিক্তি লৈবাক শাবা শল্লেদনা। চৎপীখ্রো, পামজদ্রে। নঙদি ডাক্তব নত্তে; লমচৎ কামখ্রবা জীবনি, মীনুংশি খঙদবা!"

থৌবাণী হুমাং কাবমখৈ ৱাহৈ অমত্তা চীখদনা তাবি। অদুবু হেন্না তানীংলিবা নুপা খোঞ্জেলদি হৌজিকসু তাদ্রি। নুপীদুনা শাউনা অমুকসু— "চৎনীংদ্রগা লৈবীহৌবো, ঐ ওইনা চৎস্রগে!"

ইমুংদগী থোক্লকপা খোঙথাংগী মখোল তায়। অমনা তান্নবকপগী মখোলসু তায়। থংনবা মীকুপ্তা খোঞ্জেল ফাজীল্লগা ঙাঙলকখিবদুদি থৌবাণীনা তানীংলিবা নুপা খোঞ্জেলদুমক্লি।

"ঙাইখোনে নঙবু! শাউখিনু চঙঙকখোসে।"

নুপী'দুনা খোঙ মনাক্তগী— "নঙনা হায়বা ৱা অমত্তা ঐ তাবা পামদ্রে। শিব-চঙবা মফম খঙদ্রবনি ঐ ঙসিদি!"

অসুম্না ঙাঙন-ঙাঙনা খোঙ হাংদোক্লগা, নুপীদু, হীক্ল-হীক্লা কপ্পুনা খোঙজিন ৱাংমা লাম্ভোবক্লবদা ইমুংদা লৈহৌবিবা নুপাদুনা মখূৎ পায়দুনা য়াল্লি—

"লাকখোবা! মীনা উম্ব্রগা ঐবু হিংনা থাববোইনে' সে - ঐ লানম্রে। অশাউবদু অমুক্তা ফাথখোসে। ঙসিদি ঐ, নঙবু থাদোক্তুনা চৎলবোই। লাইনা তম্ব'মা লৈজবম্মনি, হৌজিকমক লোইশিল্লু, কনা খঙদ্রিঙৈ' লোন্না চৎশ্রসি।"

ইমুংদা পোদোনগী মৈরীনা ঙাল্লি মুশি-মুশি। ঙাঙন-ঙাঙনা নুপাদুনা নুপীদুবু ইমুংদা চিংশিনম্রবদা য়েন্নখাদগী থৌবাণী মিহুল ফ্রং-ফ্রং চোংলদুনা চেম্ভোবক্রে। অদুগা খোঙজিন ৱাংমদগী তনিক্লবা খোঞ্জেলদা হায়বকই—

"ঐজ্ঞা ডাক্তব' হৌজিক হায়বীখিবদু শেংদি শেংঙেকো?"

'সি হায়বগা ৱা মখা তাবমদনা ইন্নফি'দু লেংজুমদা ফৎ হাইগৎলগা, থৌবাণী, ফী-ফী কাল্লদুনা খোঙথাং থুনা থাংদুনা চৎখি।

অসোমদা, মম্ভববা য়ুম'দুগী মনুংদা উংখৎনবম্বা অনী অদুদি লম্বী লম্মাঙনবগুম মুশিববা মৈঙাল'দুদা তঙক-তঙক অমনা অমদা য়েংদুনা লৈনহৌই।

---

● মার্চ ২০, ১৯৯৬

# মঙ অমসুং তাইবং

● ওফিস্তগী যুম য়ৌবক্লবদসু মীত্তা শংশং উবি, য়েংহৈদ্রবা থৌদোক্তু। মীওই অহুম সবকাবগী লান্মীশিংনা ফাখ্রগা মফম খণ্ডহন্দনা মাণ্ডহনখিবগী মায়োক্তা চংপা খোঙচংকী মীযাম্না, লন্মীদা লাকপা মন্ত্রীগী গাড়ী চংফম পীদবদগী ঙাকশেল-লান্মীশিংগা খোঙচত্তুদা য়াওবিবী নুপীশিংদুগা খৃৎ থোক্লখিবদু। মদুদা মতীং লৈবী নুপী লুচিংবী খবা শাথীনা শোকপদগী লাইয়েংশঙদা পুখৎখিবা, খবনা ঙাকশেল-লান্মীশিংদুবু মথম্মোয় শোক্লা চৈহৌবা, খবা অমনা কায়দুনা চেন্নহৌবদু।

ফৃইনা হোনবা নুংশাশোব অমগা লোয়ননা মাঙ্গোলদা মীকুপ অমত্তং লেপ্লম্লগা, ইমুংদা চঙলগে হায়দুনা খোঙগী পর্দাদু হাইদোক্লবদা খোঙ শো লোন্দুনা লৈবম্বদু থেংনবে। খল্লি—

“ইমাগা মহোয়’নী কদায’ চংখ্র’জাৎনো!”

যুমথংনবিবা ইপন তোলেন্না মখোয়’ মাঙ্গোলদগী শোল্লপ হায়বকই—“নমাগা মেমচাগদি মৈবাগী মিতিং য়াওকনি হায়দুনা চংখিবনি। নঙ ঙাইহাক ঙাইবো।”

ঐ ফি-বোল হোংদোক্লে। য়েন্নখাদা লৈবিবা নোংগী ঈশিং পীকথন্না যাওবিবা তেক্কিদুগী অঈংবা ঈশিংদুনা মায়-মীৎ তাথোক্লগা মখোয় ঙাইবা ওইনা মাঙ্গোলদা থাবিবা ফানশাং অদুদা লোংনা হীপথে। ফান্দুগী পান্বোম হেন্দোকইবদুদা মোণ ওইনা খাঙলগা মীৎ তপ্পা উইশিল্লী। মীকুপ খবগী ’তুংদা ঐহাক মঙলৈবাক্তা খোঙদাবক্লে।

অদুদগী খোঙ অসিনা ঐবু অদুম পুখিদুনা শূক্লবা উমং অমদা য়ৌবক্লম্মী। ঐহাক মতম খবগী মমাঙদগী কোয়চং চত্তুনা লৈবক্লিবনি হায়নসু তৌই। হকচাংসু যাম্না চোকথৈ।

ঙাইহাক পোত্থানীংদুনা ঐ অনকপদা হৌবিবা উপাল অমগী মখাদা চঙশিনবদা ঙায়বি; তাবকই— মিপাইববী শা অমগী লাক্ল-লাক্লা খোংলকপা খোঞ্জেল। শজীগুম্বা ওইবম্বা য়াই। ওইবম্বা য়াই, শাহীংচাবা শা অমনা শোল্লবা জীবদুবু তুহৎকদগী কোয়তান তান্নবা।

ঐ পোত্থাফম খঙদ্রে। তশেংনা, অসুক চীকখ্রবা চীংনুং, মীনিলখোলসু অমত্তা তাদ্রবা মফম অসিদসু অঙম-অঙম্বা নমজা-নমথেক্লবগী চৎনবী লৈনবি হায়বা ঐ কাউকবে। অদুদি ঐ মফম অসি খুদক্তা থাদোকপা তাই। মসি ঐগী লৈফম ওইবদা মতীক চাদ্রে। ঐহাক খোঙথাং কন্না থাংবা হৌই। অদুবু, মদুসু ওইথোকখিদ্রে। উচেক-ৱায়াগী খংপ্রেক খংবা খোঞ্জেলনা থাংলম্বা খোঙদু চপ লেপহনখ্রে। চৎকেদি খল্লি, অদুবু চৎঙমদ্রে। তোল্লবা জীবশিংগী মতেং পাংবীবনা খবদং ওইববসু ঈশ্বরনা পেনবীগনি খল্লুবদা ঐ, তপ্না খুৎ'সিনা লৈমায়দা শৌদুনা ফমথবে। ঙাইহাক্কী মতুংদা অমুক পুমচীক চীকখ্রে মফম অদু।

হৌজিক্তি চোকথববা ঐহাকসি পোত্থানীংলে। অদুনা, অকংবা উনা খবা খোল্লগা তমথীববা শা-উচেকশিংদগী ইশাবু কঞ্জনবা নুংগী শুকং অমদা ওথোক্লা ৱানা চঙলে। অমম্বনা শূক শুববা মফম'দুদা তন্দন্না কুফেৎ-কাফেৎ শান্নবম্নদ উখি। মঙাল ময়াম'দুনা লমজীংদুনা ফনা মনুং হুঞ্জিন্না চঙলে ঐ। খমথেংবা শুকংগ মনুং অদুদা অমোনবা মফম অমসু থেংনবে। মদুগী মথক্তা উনা অকংবশিংদ থাবগা ঐ নীংঙাইদনা হিপথবে। তুমগে হায়দুনা হিপ্পমক্তি নত্তে। অদুবু মীৎ অসি উইশিল্লুবদা মমি-শামি উবা হৌবকই; পুন্সিগা মবী লৈনবা শক্তম কয়া ঐনা মফম অসিদা থুংলদ্রিঙে' থৌদোক খবা থোকস্রবগুম ... ... .. ।

শক্তমশিংদুগী অহৌবদা উবি, ঐবু পাবী-পুবীদগী চাবোল-শূবোল লৌনব তমথীববা লায়না অমনা চাবা হৌবকখিবদু। মতম কয়া চাংয়েংনবব'তুংদা থুংনখিবা ঐগী লোয়নবী ফাওবনা ঐবু লোয়নবা কিবদগী অমুক হনখি মপাল্লমদা, মহৌশাগুম ফনেক খোয়দোম শেৎলদুনা।

মহাক্লা চৎখ্রবদা ঐ চেঙখাউ অমা পায়বগা খুকম তোংদুনা যূমথোঙ খূপ ঐগী অবাম-যৌবাংবা কোক্লফমগুম চঙবা হৌবকখি। মহাক লৈবিঙেদদি ঐহাক

মতম চুপ্পা ফমদা তাদুনা লৈবল্লনি। অদুবু মহাক্না চংশ্রবদা কয়াদা কনখিবা ঐ অসে। অদুগা অমবোমদা, চাক্লিবা ঐঙোন্দা চাননবা পোং হাপ্পদি হায়কনু, ঐগী 'নাক্তা কনামতা চঙবিবক্তে। কনা'মনা থোঙ গম লোনশিল্লি; কনা'মনা ফজবা ৱাহৈদা খবথুনা চংখিনবা হায়বীবকই; কনা'মনা চৈহৈদবা মওংদা ঐবু... ...।

অদূদগীদি ঐ কৈথেলগী মচী-মচীদা চঙবা হৌবে। তশেংনা কৈথেল ষণগুম পৃক্তিদমক নিবদা হালেংদ্রে। অদুবু মদুনা ঐঙোন্দা অমুক হেন্না ৱাপ্রে। শোব ফুল্লি; শিগে তৌই অবাঙবা মবক্তুদা।

লাম্বনা খাঙফম খঙদদুনা ঐহাক হোতেল অমগী মমাঙদা খূৎ তিংথোক্লুনা লেপ্পুবে। হাযবকখি মপৃদুনা—"খূৎলাংখাংফাও' কৌদ্রি, থোকখো। চাগে হাযবগা হোবেন নুমিদাংৱাই লাকউ। ময়ামগী অবেপ্পা শোয়দনা ফংগনি।"

খূদক্তা ঐ, লৈহৈদ্রে মতাগুম সহব থাদোক্লুনা চৎপা হৌবে। থবক শূবা ঙন্নম্লবদি লম্বীগী চিদাইদা নূং থুগাইনহৌবিবদু পূংখায় অমতং ওইববসু যাওকুববদি অবাম্বা খবদং ওইববসু কোক্লবমগদবনি। অদুবু ঐদি কদায় ? চৎলিসিফাও' নাহে-নাহেনা শোবগী ফীভম য়েংলগা চৎলি; মসিদবু...?

খন্ন-খন্না খোঙদি থাংবা লেপ্তে। ঐসু মাবু অথিংবা পীকদ্রে। অসুম-'সুম চৎখিদুনা মন্ত্রী অমগী থোঙ্গালদা চপ লেপ্পুবে। খল্লি— "হুর্দাক্তি ঐগী পুক্নিগী অৱাৎপা খবদি শোয়দনা মেনবা ঙম্মনি। নিংথৌনবু অৱাৎপা লৈত্রা!"

চিংনবা লৈতনা ঐ, সনা শঙ্গায় তম্না চঙশিল্লি। ঐগী খোঙজেল য়াঙলবা ৱাখলদি মন্ত্রীগী মনাক য়ৌশ্রে। অদুবু চোকথববা হকচাং অসিদি গেৎ মনাক্তা কনানো অমনা তুংলোমদগী লুশম'সিদা খংয়ান য়াল্লকখি। হন্না য়েংথোক্লুবদা ৱাং চাউববা থোঙঙাকপা অমনা মমীত্তু কোবীগুম ঙাংশিল্লদুনা অকিবা উৎলকখি—

"কদায়দৈ অঙাওবনোনে! ঐবু মী ওইনা উদ'মখে চঙগে তৌবম্মিসিবু। হে! মসি চাক্লিবনা চঙগদবা য়ুম নত্তেনে! মশক'সিগা, থোকখোনে!"

ঐবু ইম্ভোবকই গেৎ ৱাংমদা। ঐনা হায়জে— "চানবীদুনা ঐবু মন্ত্রীগী 'নাক্তা অমুক্তং য়ৌহনবীয়ু। ঐ মঙোন্দা ৱাহৈ মঙা-তবাদং হায়জনীংঙি।"

"হো মন্ত্রী থবক য়াম্না চিন্নি। হৌজিক মী উনবা শংদে। নঙনা হায়নীংঙিবদু ঐঙোন্দা হায়য়ু।"

"ঐগী ব্রা'সিদি মহাক নত্তনা কনাদসু হায়কবা য়াবা নত্তে। চানবীদুনা ঐবু!" ঐ চঙগে তৌই। অদুবু খঙহৌদনা লূন্নবা চৈ অমনা নময়াং'সিদা অনী-অহুন্নক শাম্বুবা হৌবকই।

"খোকখো, খোকখো অঙাওবা। ফৃবদা নশাদু পোপ্পা তাবে হায়বনি।"

ঐ ব্রা অমত্তা ঙাঙদ্রে। চৈনা খাঙলদুনা উখোঙ অমগী মনাক্তা ফমথবে। হৌজিক্তি নুপা'দুনা গেৎ-সু লোনশীনবিব্রে। ঐদি মপান্দা চৈনা কোক্তনা ফমহৌবি। অদুবু গেৎ-কি অহোবদগী ঐবু য়াম্না থাজহন্না হায়বকই—

"অ - অদুদ'সুম ফম্মৃকো। ঐ, মন্ত্রীদা নঙ লাকই হায়বা খঙহল্লুগে।" 'সি হায়বগা মনুংদা চঙখিবগী খোঙথাংদি মাগী বুক্তুনা তাক্লকই।

ঐসু থাজবে। মহাক্না ঐবুদি নুংশিবীবে হায়বা। ঐ উখোঙ'দুদা মন্ত্রী থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈবে, অব্রাবা পৃন্না কাউথোক্তুনা।

পংকুই কুইখিদবোই নীংঙি মন্ত্রীনা থোক্লকখিবদু। তপ্ন-তপ্না গাডীশিং থৌদোবকই। জীপ, কাব, মবী-মবী। ঐসু মনাক নক্লা লেপ্লী। খাল্ল – নুপা'দুনা ঐগা উননবা শোয়দনা হায়বম্মনি। মন্ত্রীনা ঐবু কবিনো খবা শোয়দনা হংঙনি। ঐসু ঐগী পুন্সিগী মাযথীববা লামায অসি কাঙদুনা মঙোন্দা উৎপা ঙম্মগনি।"

ঐ অসুম-'সুম চঙশিল্লি। গাডীদি মথং-মথং চৎখি। ফিবাল অঙাংবা পায়দুনা, শাইবেল খোংদুনা। মবক'সিদা মন্ত্রীগী গাডীসু য়াওখ্রে। ঐহাক খোঙকাপ তবা-কুনদং খংচেন চেনখৎলি। অব্রাবনা য়োল্লবা ঐ ব্রাদবগুমখি। অদুবু চীন্দদি ব্রা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাঙবা থোকখিদে। গাড়ীদি অসুম-'সুম লাপথোকখি। ঐগী খোঙ'সি থাংবদা ব্রাবমালে, লেপ্তুনা লৈহৌবে। খৃদক্তা, তুংলোমদগী মাঙ থাগৎলক্লিবা জীপসি অমদগী খৃৎলাই পায়বা ঙাকশেল্লোই অমনা ঐগী পৃক্লোপ্তা নোংমৈ মতোন্না শাফৃ কন্না খংথিন খিল্লম্মী। ঐ মফম'দুমক্তদা তুদুনা লৈহৌই।

ওঃ হাঙলবা চাকখাউগী মৈচাক কোক্রিঙৈ' চৈনাদি মথং-মথং থুংলবি।

চৈবকসিদা, ঐবু কবেম্নবগী মখোল অমা হাইফেৎ তাখি'গুম তৌই; কদোমদনো! তপ্লা মায় অসি গেৎ-লোমদা লৈশীল্লুবদা ঙসাইগী থোঙঙাকপদুনা ঐবু য়েংলগা ইশি-শিনা নোক্তুনা লৈবম্মী। ঐ থম্মোয় শোকখি।

অদুদগী ঐহাক, ঐগী ব্রাকৎ তাবীনবা কনাসু লৈত্রে খল্লদুনা তমথীববা তাইবং অদুদগী য়াম্না লাপ্না চখোবক্লে। অসুম লাকপনা মমৈথংদা নুংগী শুকং অসিদা থুংলবি।

ও! মঙ'দুদা মঙবা মঙলান অমদা তাউকবমালে ঐহাক। হিপ্লিবদুগী মখাথংবা শকক্তু লেঙগুম-লাক্লুম তৌবকপদুদা মীকপ থোক্লকই অহানবগী মঙলান্দুদা। "হিঃ কবিনো'সিদি!" খুদক্তা ঐ ফূক হৌগৎলি। ঙসাইগী তং দনশিংদুসু অদুম্মক পূল্লং লংনা পাইদুনা শান্নবম্মী। মঙাল'দুদা অসুম-'সুম য়েংশিল্লুবদা কবিগুম্না মবাং-তুবাংবা পোংশক অমা উবকই। ঐ তু খ্যাও চুংখি। খঙলে, মসি লাইবেন্নী। ঐ মাগী মথক্তা তূম্লুবেদনা।

অসুম্না কিদুনা লৈবিঙে'; লাইবেন্নীনি হায়দুনা তৌই, মফি-মবোল লশিং মফোনগুম ভৌবী, কুচুসু ঙাঙ্গানবী নুপী অমা ওল্লকখি লাইবেন্দুনা। মাগী মশক্তু নীংঙমদবগী নুংশূক-নুংজানবগুম উই। ঙাইহাক মীৎচান্নবব'তুংদা খংপ্রেক খংবমখৈ লাউবকখি মানা—

"চেনম্রো খূদক'সিদা নথব্রায হিংনবা। মায়গৈ পুম্নমক তমথীবনা খূদূম চল্লবনি। অচীকপা পাম্বা নঙগী লৈফম ঙসিগী তাইবংদা লৈত্রে! চেনম্রো উমং'সিগী ব্রাংমদা, চেনম্রো নথব্রায় পুদুনা!" ঐহাক চেম্বোবকখি ইপা পাখংনা।

মপান্দসু নুমিদাং ওইবম্মী। কবিমক্তা উবা ফংদ্রে চীংনুং'দুদা। শা-উচেক্কি অয়াকপা খোঞ্জেলদি তুজুংলবা ঐঙোন্দা ময়েক শেংনা তাবি। খেক-খেক খোংলকপা, য়া-য়া নিল্লকপা, মথং-মথং। অমুকসু পুদ্রুপ-পুদ্রুপ তান্নবকপগী মখোল অমা তাবকই। ঐঙোল্লোমদা চেনশীল্লকপগুম তৌই, নকশীল্লকই অসুম। ঐ মঙগুম থোকম্নে মঙ'দুদা। ঐ'সে জ্ঞান মাঙলবনি হায়দুনা তৌই। ফনা কুইনা মীৎসি উইশিল্লুববতুং পাঙথোবকপদা উবকই – পঙলাপ লাপ্তুনা কৈশাল অনীনা শঙাই অমবু ঈহীং-নাইহীং শাবমখৈ শেৎ-শেক্তুনা চাবম্বদু।

ঐনা অসুম মীৎ কৃপ্তনা শংত্রীক য়েংলিঙৈ’ কৈশাল অনী অদুনা অমত্তা ওইনা পূনশীন্নখ্রগা মুশূক মুবা অচৌবা লিন অমা ওন্দুনা মনাক নকপা উপাল অমদা কাখৎখি। অদুগা, উশাদা মহুম শাবম্না লমখুনুগী, মব্রমসু মচাসু চাবা হৌবকই। পুম্নমক্তু লোইনা য়োৎশীনখ্রব’তুংদা লিন্দু মী অমুক ওল্লগা কূমথবকখি। মন্ত্রী-ফাত্রীগুম্বা ফম্মাইবনি হায়দুনসু তৌই। মুন্না য়েংশিল্লুবগা মবাং-তুবাংবা ফিজেৎ শেৎপা লাম্মীগুম্নসু উই। মহাক য়াম্না শাউই হায়বসি মাগী অঙাংবা মমীৎ অমদি শূক্তোক্লিবা পীশুম অনী’দুনা তাক্লকই। কবি কবম্না লোন্দা-পুদানো খঙদে পঙঙাঙতা ঙাঙখি। মাগীদু ঐবু চৈবিবনি। ঙাঙন-ঙাঙনা নুপাদু ঙসাইগী মন্ত্রী অদু অমুক ওল্লক্রে। মহাক্লা কবেম্নবা মীনোক অমগা লোয়ননা চঙশিল্লক্লগা হায়বকই—

“মানা ঙাঙখিবদু নুপা নঙ খঙদ্রমালে। ঐখোয অনী, হায়বদি, মাগা ঐগবু লিংজেল মান্নবিবমখৈ নহোয়গুম্বা মীচম’সিদি ... ... ...।”

তাঙ্গাসিদা, মেমচানা লেংজুমসি নোল্লকপদগী, নুপাদুনা ঙাঙলিবদু লোইনা তাবা ফংহৌদনা ঐ মীকপ খংথোক থোক্লকই। হায়বকই— “নুমিৎ তাবে হৌগৎলো।” উইকম-উইকম্লনা মীৎসি পাঙথোক্লকপদা, থোঙ শো হাংনা হাংনা ফিংলপ অমুক ঙাঙলকই — “বেল্লি চৎপীশিং সিফাইনা ফূবদা নুপী অনী লায়কন্নবা ঙমদনা লাইয়েংশঙদা শিবে হায়। তামোদি তাদ্রিববা?”

ঐনা ঙকচানবিঙৈ, ইমাসু ঙাঙল-ঙাঙলা চঙলকই— “ইচা হল্লকঅম্না ফবে। লম্বী-সোবোক্তকা থোকখিনু’ লৈবাক ঈবাং হৌবক্তদৌবি। অদুনা কার্ফিয়ু হেক্তা থমজিল্লকপসু য়াবি। ’সুমাইনা অশি-অনা থোকঅদি সবকাবদি কার্ফিয়ুদা তাইনবনি।”

ইমানা ঙাঙবা লোইবগা, নংহৌবোইদৌ’ মতাগুম মাইক্তা লাউদুনা লাকপা তাবকই—

“...দিস্ত্রীক মেজিস্ত্রেতনা থোকপা হুকুম মতুংইন্না গ্রেতব ইন্ফালনা কোনবা মফমশিংদা মতম কক্তনা কার্ফিয়ু থম্মে।”

---

● অগস্ত ২৫, ১৯৯৫

# ছোচি ফোরো ফোরো ছোহিংপান

● কাউদ্রি ঐ ঙসিসু; ময়াং কালিছা মাইবা-চাক্লিবা অদুনা ইচেগী অনাবা ফনবা তত্তুনা শোনখিবা মন্ত্রগী ৱাহৈশিংদু। মখা তাবকপতনি মখোল শেংফাংত্রিবা। অদুবু মন্ত্রগী অহৌবা ৱাহৈ মবীসিদি ওস্থোক্লা কন্না শোনগ্রে —

"ইশছূ ... ছোচি ফোবো ফোবো ছোহিংপান...।"

খঙদে কবি হায়বিবনো?

কুমলায়নানা নাবদগী চৎপদা খজিক্তং মখ্বাঙ কোন্তক তৌবগী ৱাদনি, চহী হুম্ফূদগীদি শূকহেন হেল্লস্লোই। মচা-মশূ, নুপীনচিংবা লৈববা লৈতববা হায়বদুদি খঙদে। কোয়নদি চৎলি মীতৈগী য়ুমথোঙ খুদিং কৃষ্ণগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লদুনা। খূদৈ অঙৌবা অপাবা অমনা চেঙখাউ শাই, মখূত্তা চৈশূ অমসু পায়। ইদ্ধ লুজববা লুজদববদি খঙদে, মবায়বক্তা চন্দোন্না পূমঙৌ ঙৌই। মানা শেংপা ফিজোলনা, অঙৌবা নত্তনা অতৈ মচু অমত্তা শীজিন্নবা উদে। চৎপদা খোঙথাং কন্না থাংজববসু লোক্তি চিংখৎ চিংখত্তুনা মপি তাবমখৈ খূবা মীনি। মন্ত্র-যন্ত্র শোনব-খোৎপা ইবনচিংবসু হৈ হায়দুনা লৈকাইনসু পঙহায় মহায়নৈ।

ঐখোয় ইচেগী হকচাংনা চিফেৎ-চিফেৎ ঙমদবসিদা অখঙ-অহৈ, ডাক্তব-মাইবা কয়া পঙয়েং ময়েংহল্লবনি। অদুবু পাকহেক মমায় লৈবা উদে। নোংমদি, মহৌশাগুম কালিছা চাক্লিবা অদু লাকপদা ইমানা হংনীংনা হংখি। ইচেসু মাঙ্গোলদা লৈ। ইমানা—

"তা-দ' মন্ত্র-যন্ত্রগা খঙবা লাকপা লৈববা, অমত্তং তাকপীবম্মুবা, ইচানুপীগী অনাবসি ফনবা।" লোক চিংখৎ চিংখত্তুনা খূন-খূনা খুন্নকই—

"খঙঙিনে খঙঙিনে' কবি লায়নানোনে?"

থাজগনবা ইমানা মাঙ্গোলদা কৌখত্তুনা ফমহল্লি। ৱাবী শাই। ইচেগী মকোক্তা, মশাদা, মন্ত্র কান্বা হৌই—

"ইশছূ ... ছোচি ফোবো ফোবো ছোহিংপান...।" অদুদগী মখাতানা কবি কবিনো মবোল লৌফম খঙদনা মুক্নম মুক্নম অমুক...।

হিদাক গুলি খবসু মাগী চেঙখাউ'দুদগী লৌখোক্লনা পী। চাবগী মওংসু তাক্লম্মী। হিদাক'সিনা ফৎত্রগা অতোপ্পা মখাতাবা লাইয়েং চখবগী ৱাফমসু ফোঙদোক্লন্নগা অহল'দু মাগী হাঙলবা চেঙখাউদু থন্নবা থংনবা যূল্লোমদা মখোঙ থাংদোকখ্রে। মানা কোলহৌ-কোলহৌ 'কৃষ্ণ-কৃষ্ণ' শোল্লগা, লোক খূনিং-খূনিং তৌনা চংখিবদু য়েংলগা ইমানা মাঙোলদগী লাউহৌই__

"হিদাক্তি মথং লাকপদা অমুক পুবীবকখিদৌবা নত্রা তা-দা"

খুন্নম্মী লোক খূন-খূনা__

"হোয় হোয়।"

নুমিত্তুদগী মাবু ঐখোয়' ইমুং-মনুংনা 'ছোচি ফোবো ফোবো ছোহিংপান' হায়না অদুম খঙনবে।

হিদাক থাবা হৌবে। চাংয়েংনি। ইমানা হায় ইচেদা__

"য়াম্না থাজনা চাগদবনি। থাবু থাজদ্রবদি ফনা ফবা হিদাক ওইববসু কান্নফম খঙদবনি। হিদাকসি চাবগা ফবগে খন্দুনা চাগদবনি।" মায় নোংপোক ওল্লগা ইচেনা গুলি মতূম অদু লাই খুকমদুনা চাবা হৌই।

ঐনদুম হায় ইমাদা__

"ইমা, তাৎ-পাৎ তৌবগা পৈশা লৌগদগী তৌবা মাল্লি। কৈসু হৈবমদৌ মান্দে। মশা ফাওবা লোক খূবদা শি'দৌববসিনা হৈদুনা কয়াম হৈবমগদগে।" ইমানা ইচে তাহন্দনা খুল্লকই __

"অঙাং নঙ' খঙপোৎ নত্তে! অসুক য়াম্বা ডাক্তব-মাইবা য়েংহল্লে। ইমাবু কৈদৌ হায়বি'নো? কনানা খঙনি, মপা চান্নকদুনা কোকহেক ফখিবসু।"

ঐ ৱা মখা তাকদ্রে। ইমানা হায়বিবসিদা অচুম্বা য়াওই হায়বা ঐ খঙঙি।

মথং' নুমিৎ হুম্নি-মবীনি মতুংগী ৱানি। ইমানদি ওম্বোক্লা ৱানা ঙাইজবম্নদগী লাকমন্দ্রবদুদা শাউনীংলুববনি। অদুবু কদোমদগীনো অমুক শং হেক মশক উৎলবে।

"এ! য়ৌবীবকএদনা! ঙাইদুনা লৈজবম্মীবনি। ঙসি নোংম-নীনীসি খবা ফগৎপগুম্মী। হিদাক্কুগী ময়াইনবা কবিনো।"

ইমাগী থাজবদি হৌজিকসু মাঙদ্রি। ইচেনা মহৌশা' মহৌশা ওইববসু ইমাগী মীত্তদি খবা ফগৎপগুম উববনি।

মনা-মশীংদগী শেম্বা হিদাক মহী লীক্লি অচৌবা অমা মাগী চেঙখাউ'দুদগী লৌথোক্লগা হায়বকই –

"ঙবাংনা লাক্কে খনবনি, শংদে। ঐনা লাইয়েংঙিবা অনাবসি ফনদি য়াম্মী। অমসু অমসু নংনবা হোৎনবদা মতমদি হেক্তমক হৌখি।"

'সি হায়বগা লোক খূন-খূনা মখা তাবকই – "অদু ইচাগী হকচাংদি খবা ফগৎলে হায়বা নৎত্রাও?"

ইমানা খুম্মী – "হোয়নে, খবা ফগৎপগুম উইনে। মখাতাবা হিদাক ঙাইজবিবনি।"

ছোচি ফোবো ফোবো ছোহিংপান্না লোক খূবদু খাঙজীনবা ওইনা মথবাক্তা খূবাক্লা নন্নগা শোব থবেৎ-থবেৎনা হায়বকই – "হিদাক্তু ঐ পীগে। অদুবু লাই ফত্তবগী চাকথা অমতংদি হান্না থাদোকখিসি। হৌজিক নত্তে, হোবেন মম্মকান্দা তৌগদবনি। অদুনা ঙসি অহিংসিমদি নহোয়সিদা লেকঅগে।"

'সি হায়বগা হিদাক লীক্লিদু লৈমায়দা থন্নগা মখা অমুক শমথবকই – "চাকথা'দুমা থাদোকখ্রগদি হিদাকসিসু থকপা অদুম হৌবা য়াবে।"

অসুম্না ইমাগী থাজবগা, মাইবা - চাক্লিবদুগী নুমিদাংগী চাবা ফংনিংবা মতৌদুগা; ঈৰুজনীংবদা থোংগ্রা তেকপা হায়বদু থোকখ্রে।

ইমুংদদি পুশিনবা কয়া নুংঙাইববোই হায়দুনা মাঙ্গোলদা মাগী হীপ্পবা ফি-বোল, কাম্বলনচিংবা খনবিদুনা মাগী পেন্ননবা থৌবাঙ লোইবীবে। লোয়ননা ইঙ্গাং মথেল অহুম-মবী শুনা লাঙলবা নুমিদাংদুগী চাবাদুসু পীজবে।

চাক তোক্লবা 'তুং, ইচেগী মকোক্তা মশীং নাইদনা মন্ত্র অমুক শোম্বুবা হৌই – "ইশছূ ... ছোচি ফোবো ফোবো ছোহিংপান...!" মন্ত্র খূৎশোন-লাকশোন অদুগী হায়কুববদি ইচেগী অনাবদু চেনখিবা য়াববনি। অদুবু শিখাঙ

খাঙদুনা হেক লৈবনি। মন্ত্রদু শোল্লবা 'তুং মশামক্লা হিদাকসু পীথকপা হৌই, চাং তমদুনা। অমবোমদা, লাই ফত্তবগী চাকথাদি ঙসাইনা চাক-চামাঙদা থাদোকখ্রবনি। অদুবু হয়েংগী অমসু ৱাংলি। হায়বকই অমুক, ফমথক্তা ফম্ন-ফম্না—

"নোং ঙানফাৎত্রিঙৈ উসিন অমসু শিলহৌদবা য়াদবনি। উহ্ন পাম্বীদা শিনগদবা। উহ্ন অম্বাইদা হৌবা নৎত্রা?"

"কদায়দগী, মাইবনা শীজিন্নবা পোৎপু ঐখোয়না খঙবা হৌনববা।" ইমানা খুম্মী।

মৈনম অমা পায়বগা উহ্ন থিকনবা ঐগা লোয়ননা চৎলে। খবা চৎলগা মনীংগী লৈপন্দুদা নীংথিজনা উমং মচা অমগুম চগুংননা হৌবম্মী। মহৌ মকা ফবা পাম্বী অমা মবা তৎহন্দনা লৈপাকসু য়াওনা ফৃক্তুনা পুবক্লে। মদুবু অমুক ঈশিং খীক্তুনা য়েন্নখাদা থুমোক্লা খুমজিন্দুনা চেকশীন্না থনগ্লগা মহাক তৃম্বা চঙখ্রে, কৃষ্ণগী মিংলেন শোল্ল-শোল্লদুনা। অদুবু নুমিদাং অদু মহাক পোত্থাবা ইফং ফংখিদ্রে। অঈংব'দুদা মাগী লোকখৃবগী লায়না'দু হৌবক্লমালে। কংখৃ খৃবগী মশীং নাইদে। লোকখৃবা লোইবগা কৃষ্ণগী মিংলেন্না মখা অমুক শমথবকখি। অমুকসু ঙাইহাক-ঙাইহাক তৃমগুমসু তৌই।

নোংঙান্দুনা ঐখোয়না য়াহৌনবকপা মতমদদি অহল অদু লৈবা উদে। মনীংলোমদা য়েংথোকউবদা থাঙ মচা অমা পায়বদুনা মন্ত্র শোল্ল-শোল্লদুনা লাকপদু উই। হায়বকই—

"শোয়দনা ফবনি! উহ্ন্দা দষা-লাংফম ফত্তবা পৃম্বা শিন্নবম্মবনি। হিদেন তাফমগী য়েৎলোমদা খজিক্তং চৎলগা লৈপৃং মচা অমা লৈবদুদা থাবম্বনি। মদুন কংবা হেক হৌবকপদা ইচাগী অনাবসু ফবা হৌবগদবনি। কবিসু থৱায় ৱাকবনু।" মাগী ৱাদু তাবদা ঐখোয় ঙকপগা লোয়ননা হবাওনখি।

মতৌ অসুম্না, হবাও-হবাওনা অয়ুক্তি চা-দু ঐখোয় পৃন্না থকমীন্নবগা, হৌনবী মতুংইন্না মাগী হিদাকমন্দুগী মথক্তা অহেনবা শেনফম খবগা হাপুন পীববতুং', মহাক, মাগী যূমথোঙ খৃদিং চৎপা খোঙচৎ অদুগীদমক খোঙ থাংদোকখিবম্মী।

নুমিত্তুগী নুমিৎয়ুংবা মমাঙ, চাক-ঈশিং চাদ্রিবঙৈ' ইচেনা, তুবেলদা ঈৰূজবা চৎপদা খঙনীংমনবদগী লৈপুং'দুদা চঙশিল্লগা য়েংলুই। ঐসু য়াওই। মানা হায়গুন্নদনা উহন্দু ইকং কংশিন্না উবে। থীছুবা তৌদনা তাপ পায়দুনা চিংখৎলি ইচেনা, তৌহৈবা তৌহৈদবা। হায়বকই ফিংলপ—

"এ! 'সিদি তাং তৌবম্মেদনা!" উবে, উহন পাম্বীদুগী মবামখৈ ককথৎলম্বদু।

ৰাবীদু ইমাদা তন্নুবদা ইমাদি হায়ফম খঙদ'মখৈ শাউখি। মহাকপু অমুক হন্না উনবগী নুমিত্তু ঐখোয় ঙাইখি। অদুবু 'ছোচি ফোবো ফোবো ছোহিংপান'-দি মানা চংখিবা নুমিত্তুদগী মতম কুইনগী ওইনা মায়গৈ অসোমদা মায় ওল্লকখিদ্রে।

---

● *জানুবারী*, ১৯৯৬

# ইকাইবা

● "... ... ... ...?"

"ঐনা কৈনোমতা হায়জগে হায়বদু মিতিংসু লোইশিল্লকঅবনিনা হায়জবা য়াবদবা হংজবিবা।"

"হায়বীয়ু তাসি!" হেদ-মাস্তবনা খুন্নকই।

"ওজা কালানা হৌগৎলগা চীংলেম্মা হায়বকই— "ঐনা ব্রাফমসি হৌদোকচবকপদা ময়াম্মা ঐবু ব্রাবৌবীবোই। ব্রাফমদি 'সিনি – ঐখোয় স্কুলগী ওইনা চৎনবী অমগুম শেম্বীবিবা হায়গদবা, লৈবিবা হায়গদবা; হাযবদি – স্তাপশিংগী লুহোংবৈবু ওইবো, মচাশিংগী ইপান-থাবৈবু ওইবো, চউম্বৈবু ওইবো, লু-কোকপৈবু ওইবো; থৌবম অমা হেক্তা থোকপদা ইশা-ইশা খঙনবু ওইবো, খঙদনবু ওইবো, খায়বীবিবা পোৎপাংশেলগী শেনফম অসিগী মতাংদনি। ফংঙিবা তোলোপসি কনাগুম্বা সাইদ ইনকম লৈজদবা ওজা খবদদি পুম্নমক মসিদা তাইনবিবনি হায়জবিবা। মসিনা শীনবদা কোন্নদবসু য়াওবিবমগনি খল্লি। ঐ ইশামকসু অদুমঙাই – য়ুমগী ভাবা, থা অমগী চাননবা চেঙ-হব্রাই, স্কুল কাথোক-কাশিনগী গাড়ী ভাবা অমদি অঙাংগী স্কুল'ফী-নচিংবা পুম্নমকসিগী চাদিংশেল খাইদোকপ্রগা খৃত্তা চনী-চহুমগুম্বদনি লেমহৌবিবা। মদুদা অমুক লাইবক থীদুনা অনা-অয়েক্লচিংবা য়াওশিল্লকঅদি ফীভম অমা তাদ্রিবনি হায়জবিবা।"

"ওজা কালানা হায়নীংঙিবদু কবিনো হেক্তা হায়বিয়ু।" হেদ-মাস্তবনা উপ্পল্লিবা আনোক্কু লৌথোক্লগা হায়বকই।

"মসিদা হায়নীংঙিবদি ওজা, স্কুলগী চৎন-পথাপ অমা লৈবগুম, লুপা চাম-চামদগী তানদবীগী ফীভমদা, হেক্তা হায়বা খঙদে, ইশা-ইশাগী

একাউন্তদগী ককপনি খঙদে, তৌবীবিবসি, খজিক্তং শেমদোকহঞ্জনীংঙি। সজেসন ওইনা হায়জববদা, খ্বাইদগী ফজগদবদি কনাদসু নম্ফূ-হাফূ তৌদনা মশা মশানা অঙম অঙম্বা, চাম্মবু ওইবো, চনীবু ওইবো, য়াঙ্খেবু ওইবো, অঙম্বদু তেংবাঙনহনবা...।" ওজাশিং তুমীন লৈনৈ।

কালানা মখা চত্থবক্লিঙৈ হেদ-মস্তবনা মবক থংনা হায়বকই—

'সি মতাংদা ওজা কালা ঐ কৈনোমতা হায়জগে। মসিদা লুপা চাম পীদবা য়াদে হাযবা চংনবীমক্তি লৈতে। অদুবু লুপা চাম হায়বসি হৌজিক্কান্দা কৈসু যাম্বা শেনফম নত্তে হায়নীংঙি। অমবোমদা মানা মানা পাম্বা মওংদা পীনবসি মীৎয়েং অমদা খজিক্তং ফজদগুমসু তৌই। মমাঙদা ঐখোয় অমুক-অনীবক তৌজখিবদুনি। মদুদা ওজা খবনা য়াঙ্খে, খবনা চাম, খবনা চনী পীনখি। মদু যেংবদা ফজখিদে। অদুগা ওজা কালা, ওজানা পুখৎপীবক্লিবা ব্রাফম'সিদি মমাঙগী মিতিং অমদসু খন্নখ্রবনি। ঐনা খনবদা মিতিংদু ওজা কালা য়াওবীহৌদ্রমালে।"

কালানা শোব চনীং তানা হোম্বগা তপ্লপ হায়বকই—

"ময়াম্না য়ানবগদি খঙদ্রে। অমবোমদা, ঐনা পুখৎচবিবা সজেসন'সিসু পংকায কায়দ্রববা খন্দুনা পুখৎচবনি। তেংবাঙবা হায়বসিগী ঙমখৈবু লৈব্রা। চামদুনসু পেঞ্জদে ঐগী ওইনদি, লিশীংনসু পেনগনি থাজদে, য়ামহঞ্জনীংঙি। অদুবু লুপা চাম্মনা চাবা অনী চাজবা কনাগুম্বগী ইমুংদদি চামসি অর্থ য়াম্না লৈ। 'সি হায় হায়দুনা সেয়াব শূক্তৌ তৌববোই হায়বৈ ব্রাফমদি নৎচদে। অমুক্তং খন্নহৌবনা চুম্ব্রা হায়দুনা হৌদোকচবগী ব্রাতনি।"

হেদ-মাস্তবনা কবেম্নবা মানবা মীনোক অমা নোক্লগা হায়বকই— "ওজা কালাবু ময়াম্না পীনবিবসি নত্তবা কয়া পীবা পাম্বীবিবনো?"

ময়াম চেক-মোক লাউনদে। পুমচীক চীকই কা-দু। তিল্লিবা ওজা খুদিংমক্লা কালানা কবি খুন্নকপগে হায়বদু তানীংবগী মওংদা মঙোল্লোমদা মায় ওনশিন্নবকখি।

কালা, হায়নীংবদি য়াম্না লৈবস্মী। অদুবু পুন্নমক্ত থম্মোয়দা ওমশিল্লগা ব্রাবোয়শিন ওইবা ব্রাঙাঙ অমনা মখা শমথবকই—

"ওজাগী ৱাঙাঙ'সি ঐখক্তা নাইতোম তাহনবগী ৱাঙাঙনি হায়দবা ঙমজরোই। মতাংসি য়ৌববদি ঐসু ৱা মখা শাংথবা পামজদ্রে।" 'সি হায়বগা মহাক মায়থোঙ ঙাংশিন্না ফমথবম্মী।

ময়াম মুব্ধম-মুব্ধম শোন্নবকই।

অমনা হায় — "হৌজিক' মতমদা লুপা চামদি কৈসু নত্তে। মসিদৈ তাবদি ইকাইনববনি।"

অহুম-মবী ওনশিন্নদুনা অমুক তপ্পপ ঙাঙনবকই— "ওজা কালানা হায়বিসি মপাম্বোঙদদি ফজদবা মানবা, মনুংদদি পুমচুম চুম্মবা ৱানি।"

অমনা অমুক — "হোয়নে, খন্দুনা য়েংঙু। থা অমদা থৌদোক মঙা-তব্ধক্কা পুল্লপ থোকচীল্লকঅদি ঐখোয়গুম্বা, তোলোপ খবা ফংজবিবসিদ মপূংফানা তাংদুনা হিংজবিবা ওজাশিংদি মীগী থোঙজিন্দা চঙঙুবা তাবনি, নিকব তাবনি।"

অমনা হায়— "ইশা ইশানা অঙম্বা পীনবসি ঐনা হান্না ওজা ওইজবকপ, স্কুলশিংদদি অদুম চংনৈ।"

অনীনা পুল্লপ খুন্নকই— "স্কুল অয়াম্বা অদুমাইনা তৌনৈদা।"

অমনা অমুক হায়বকই— "হৌজিক্তি মদু অমুক চংনদ্রে। য়াম্বা য়ামদব চপ-চপ মান্ননা পীনববনি।"

অমন'মুক ঙাঙলকই— "শান্তিবালা 'খোয়নীগীদি ঐখোয়গী নোলেঙ কবিমতা য়াওদবীদা হন্দক্কী তোলোপুদগী চনী-চনী ককঅম্বগী ৱানিসে। ঐন হায়দি য়ামদ্রবদা ইশা-ইশা ফাওদি খঙহনবীয়ু 'সিনিদা।"

ময়ামদু মুব্ধম-মুব্ধম ঙাঙনবা লেপ্পমদে।

হেদ-মাস্তরনা তেবলদা খূবাক্কা দপ-দপ থাবগা হায়বকই— "ওজাশিং মুব্ধম-মুব্ধম শোন্নগুমসি। য়ানীংঙি নত্রগা য়ানীংদে হায়বদু ইশেং শেংনা হায়নসি।"

ওজাশিংগী মবক্তগী হেদ-মাস্তবগা খবা নকশীন্নবা ওজা মায়ঙৌনা লেপখৎলগা ওজা ময়ামদা নৈনা য়েংলগা হেদ-মাস্তবদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—

"ওজা, ঐগী মোত্তদি ওজা কালাগী ব্রাফম'সিদা য়ানীংবনা কয়া য়াম্না য়াওবিবা, অদুগা চাম-চাম খায়বদা যাবিবনা ওজা কয়ানো হায়বদু খগুদোকঅগা মীশিং য়াম্বদুদা ওইনা চংহঞ্জনীংঙি।"

হেদ-মাস্তবনা ফুক হৌগংলগা হায়বকই— "উম, মদুনা ফবনি। ওজাশিং ইশা-ইশাগী অপাম্বা মতুংইন্না পীনীংবা; হায়বদি, চামদগী তাথনা পীনীংবা য়াওবগদি খৃৎ অমুক্তা থাঙ্গৎপীয়ু।"

হেদ-মাস্তব, লৈদুনা ওজাশিংদা য়েংলকই। কনাসু খৃৎ থাঙ্গৎনবকখিদে। তুমীন-তুমীন লৈনবম্মী। ময়ামগী মতৌ'দুদা কালা অমুকসু ইকাইবনা মায় ঙাংশিল্লম্মী, অমদি হেদ-মাস্তবগী ব্রাঙাঙদুনা অবোইবা ওইবগা ময়ামদু কায়নবম্মী।

মতম খবা হৌব্রবতুং' কালাগী মচানুপাগী চউম্বা নুমিৎ য়ৌবক্লম্মী। ইপান থাবদসু চাক খাঙদুনা ওজাশিংবু বার্ত্তোন তৌদুনা পীজবা ঙমখিদে। মবম অদুনা চউম্ব'সিদা তঙায়ফদনা ওজাশিংবু পীজ-পীথক্লিংলম্মী। কালানা থৌবমদু শোয়দনবা মাগী নুপীগা কৃপ্না তান্নদুনা শীন-লাংলম্মী।

চউম্বা নুমিৎনি। লাইগী থৌবম লোইবব'তুং, কালা, কোম্বোঙদা থোক্লক্কুনা লাক্কদৌবিবা মীথুংশিংবু খৌবাংনা ঙাইবম্মী। বার্ত্তোন ফংলবা ওজাশিং থেংলপ-থেংলপ লাক্লবদু মায়থোঙ মকা লাম্না খৃৎ শোক্লবগা তবাম্না ওক্লম্মী।

ময়াম পূন্না হবাও-হবাও চামীন-থকমীন্নবম্মী। চাব-থকপা লোইববতুং' ময়ামদুবু ঙাইহাক্তং পোত্থাবীনবসু হায়জবম্মী। ময়াম্না পোত্থানবিঙে' ক্না, হৈ-নচিংবা চানবা পোৎলমশিংসু লানশিল্লম্মী। তাঞ্জাদুদা, ওজাশিংনা তেংবাঙনবকপা শেল য়াওবিবা চেখাউ অদু হেদ-মাস্তবনা কালাদা মোমোন নোক্না পীশিল্লকখি। কালানা খঙন-খঙনা খঙশিন্নদ' হংলকই; পায়দি পায়কদে—

"কৈনো'সিবু ওজা?"

"কৈসু নত্তে! নুংঙাইনা পল্লু হায়বগী খৃদোলনি!"

ফাগী-ফাবাঙ ওইনা হেদ-মাস্তবনা হায়বকপদুদা ময়ামদু ব্রা লাউনা নোক্লম্মী। হৈ-চান-চানা হেদ-মাস্তবনা মখা অমুক শমথবকই—

“ওজা কালা, পংয়াম য়ামদবা, ওজাশিংগী মায়গৈদগী পীজবা পোৎপাংশেলনি, তবাম্মা লৌশিনবীয়ু।”

’সি হায়বগা মাগী হান্নদগী তিংথোক্লিবা খুত্তু খবগা হেন্না তিংথোবক্লম্মী।

কালানা নোকমি-নোকমি মখূৎ অনী লোন্নবগা মকালাম্মা হায়বকই —

“ওজা, ৱাবৌবীবা য়াদে; অতৈ ওজাশিংসু ৱাবৌবীনু। পোৎপাংশেল লৌবগা মীবু পীজ-পীথক তৌবসি ঐগী হৈনজদবীনি। অকাউবনা মবম ওইদুনা ৱাফমসি ময়ামদা মাগুজৌননা হায়জবা গুমজহৌদ্রে; মসিগীদমক ঐবু গুাকপীয়ু।”

লাক্লিবা ওজাশিংদু গুকচানদুনা অমগা অমগা মায় ওনশিন্নখি। অদুবু তিংথোক্লু বিবা খূৎপু য়াম্মা ৱানা হুঞ্জিঞ্জবিবা হেদ-মান্তবগী মকা লান্নম্না মায়থোঙদুদি খগুহৌদনা মকশীল্লকখি।

---

● *নবেম্বর ১৩, ২০১১*

# মীৎয়েং

● "মসি পোক্লকপদগী ইমুং অসি নুংঙাইবা হায়বদু ঙমদ্রবনিনহৈ, মসিদা হান্না হেক্তা...!"

পেন্দবা অমদি অশাউবনা লাকহৎখিদুনা প্রপ-প্রপ হোৎচীল্লক্লগা মাঙ্গোলজাউনা শুমাঙ মতোন্দা কোল ফেংলিবী মচানুপী অতোপ্পী থোইনুবু মঙক পায়দুনা মেৎলবে। থোইনুদু মমায়-মমীৎ ঙাংশং ঙাংশিন্দুনা মপি অব-ব চেপ্থবম্মী। মচানুপী অহল লাংলেন্না শঙ্গোয় অমনবদুদা চেঙ খৈবম্বদগী চেনশীল্লক্লগা ব্রং-ব্রং ঙাঙলকই—

"কবিগীনো খঙদে, খোয় পাবসে ওম্থোক্লসু শাউগনপ্রে। লৈকাইনা কৃম্মে ওইনা য়েংনবনি হায়বনি!" ঙাঙন-ঙাঙনা মপাবু মখূৎ পায়দুনা চিংথোকখি।

মাঙ্গোলজাউ শাউবা হন্দ্রি; হায়বকই থোইনুদা য়েংলগা —

"নঙনা য়াম্না হৈ-শিংলবনিনা পৈশাদু নঙনা হেক চৎলগা ফংনবা থিকবো।" অদুদগী খোঞ্জেল ফাজীল্লগা শংলদুনা মখা অমুক তাবকই—

"মীওৎপীসিদি, শিগ্রো হায়বসু শিদেনে মসি।" 'সি হায়বগা ফী-ফী কাল্লগা মবায়বক পায়দুনা মাঙ্গোল উখোক্তেন্দা ঙাদুনা ফমথবম্মী।

অসোমদা, চহী অমদগী হেন্না হকচাং তংখায় শিথবী লায়নানা ফমদা তাদুনা লৈবিবী থাতোপ্পীদু, মপুবোইবগী ব্রাঙাঙদু তাবদা খাঙবা ঙমদ্রমালে; হায়বকই, ফমথক্তগী নাহে-নাহেনা – "হাৎলো, নচানুপী অসিসু চীন্দুং ইন্দুনা শিহনগ্রো। কবি ব্রাঙাঙ-শাঙাঙনো খঙদে, মীগী মপাগা শূকমান হেক মান্নবোইদৌনি।" মাঙ্গোলজাউ খুমদে, ইশূক-শূকথনা লৈ। অদুবু থাতোপ্পীদি মখাতানা মুকম-মুকম শৌবি, মপুবোইববু শাউগল্লি চৈগল্লি হায়দুনা।

তশেংনমকসু মাঙ্গোলজাউ খজিক্তং শাউবগীসু মচাশিংবু তথি-তথি

তুজুংনীংঙাই ওইবা মওংদা হেক্তমক চৈগনবা মীশক্তি। লৈখিদ্রবা মচানুপা অদুসু মপা ওইবিবা মাগী মীচৈ কয়া চাখি। কবিগুম্বদা এঞ্জিনিয়ব বাবুনা খুৎশুমন পীবিবক্তবা নুমিৎ, মচাগী হিদাক লৈদনা য়ূমদা হঞ্জিল্লকপদা মচাগী নাহেখোল তাববা, মাঙ্গোলজাউ মুক্কম-মুক্কম শোনবা হেক্তা হৌবকই।

নোংমা, অসুম্না হিদাক লৈদনা হঞ্জিল্লকপদা মাগী নুপী থাতোম্বীনা নাহে-নাহেনা ঙাঙলকখি—

"অঙাংসি ফীভম অমা শোক্লে। হিদাক পীজবা লেপ্পদি অমুক হেঞ্জিল্লগনি। খঙদ্রে - কবম থোকঅগবনো!"

থোইদোকপা খম্বকবা তৌদনা খুন্নকখি মাঙ্গোলজাউ—

"খঙদ্রে ঐসু জ্ঞান মাঙঙে। ইমুং 'সিদা ইতেং পাংবীনবদি কনাসু লৈতে। লায়ববগী ইমুংনি নাবক্কনু হায়বদি য়াদেদো। ফনা লুই তৌদৌসি।"

"ঐনা ঙম্মম্মবদি নতেং খবদসু পাংশিল্লমগদবনি। ওম্থোকই, ইবায়বক অসিসু।" 'সি হায়বগা মমীত্তগী ঈ-বা শীজ্বজে।

"উপাই লৈত্রে ঐ! ফবকওইদবা লৈববদি শিজখ্রো হায়ববনি, অমুক মী ব্রাহ্মদুনা লৈদৌ শকক।"

ব্রাহৈশিংসি হায়দোক্লবগা মতোম্মতা তু-চুংঙি মাঙ্গোলজাউ। হায়হৈদবা ব্রা হায়খ্রে হায়বদু মশানা অদুম খঙজে। অদুবু মশীং নাইদনা ঙাঙখ্রে, শেলগী লম্বী লম্মাংনবকপা থেংখাং কয়াবক্তা।

মচল, মচে অনীবু মহৈ-মশিং তমহনবা ঙমদ্রবসু মাবুদি শাগৈগী পিবানি মাঙবা য়াদে খন্না মপা অমা ওইবগী ঙমজবা মতীং ফৃদোক্তুনা মচা মুক্তাবু মী অমা ওইনবা হোৎনজবকপা মাঙ্গোলজাউনি। অদুবু মীনা নীংবনা অমা, লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। বি.এ. তম্না হৌগৎলকপদা তমথীববা লায়না অমনা নাবকখিবনি মুক্তা। লাইয়েংলিবা ডাক্তবনদি মণিপুবগী মপাম্দা লাইয়েংলুবনা হেন্না ফগনি হায়দুনা তাকপীবম্মী। অদুবু উপাই লৈতে মাঙ্গোলজাউ। নোংমগী খুৎশুমন ফংনবা হোৎনবদা ব্রাজবিবা মাগী মফমদদি মদু মঙগুম্না থোক্লম্মী। নীংবা থুংদ-থুংদা, চারা নামতা চাদুনা মচা অদুতবু কনবা ঙমজববদি হায়দুনা

ঙন্নমখৈ হোৎনখি। শেল কয়াবক পূখি, মাবু থবক শূহল্লিবা এঞ্জিনিয়ব বাবুদুদগী। মদুগী মথক্তা, চহী কয়া চঙনা শেল খজিক-খজিক তুংশীঞ্জবগা লেপশীঞ্জখিবা মচানুপী অহল লাংলেনগী সনাগী লীক অমদি খূজিদুসু মচানুপাগী অনা-লাইয়েংমন ওইনখি।

হংচীৎ অসিনি মচাগী শোবাৎ। নহান্দগী এঞ্জিনিয়াব বাবুদুদা হায়দুনা লাকপনি —

"সাহেব, সাহেবনা মতেং পাংবিবগী পাংবিবা ইচাগী লাইগী থৌবম অসিমতংগা মতেং পাংবিয়ু। ঐ শেল ওইনা হঞ্জিঞ্জবমক ঙমদ্রবসু খূৎশুমন লৌদনা থবক শূজগে।"

"হোয় - মদুসু তৌদবা য়াব্রদো!" এঞ্জিনিয়াব বাবুনা মঙক নোন্নগা খুন্নকখি।

নুমিত্তুদা মাঙ্গোলজাউ, উপাই অমদি লৈবে খনখি। অদুবু ঙসি ময়ূমদা চত্তুনা উন্নকুবদা চিংনবা লৈতনা হায়বকখি—

"ব্রাবৌবীবা য়াদে! ঐ তাদ-গী মতেং য়াম্না পাংজনীংবনি। অদুদা ঙবাংসি শেলগী তঙায়ফদবা মতাং অমা লাক্তুনা...!"

মাগী নুপীনা মপুবোইবনা হায়বা লোইদ্রিঙৈ' অমুক— "কবিনোনে তা-দ। তাদ-বু হান্নসু নচা লাইয়েংবগীনি হায়দুনা শেল কোকথোং অমা লৌবীখিবদাইনে। হান্নগীদু হান্না শিংদোকপিখোদা। তাদ-গীদি থম্নু থম্বীখো। নহান্দগী তামোদা ইন্নফি অমতং লৈগে, লুপা লিশীং অহুমদং পীয়ুনা তকপবু পৈশা লৈতে হায়দুনা ঙসি ফাওবা পীদ্রিবনি। তাদ-না পৈশা লৈ-লৈতেসু খঙদনা হেক্তা হংবিবে।"

মাঙ্গোলজাউ ভাব তাই, ইমুং অসি নুপীনা হিমায় চুন্বা হৌববোইবে হায়বসি। ব্রা মখা তাবক্তে এঞ্জিনিয়াব বাবু। ইফিং ফিংজিন্নবগা মাগী গাড়ীদু থৌদোক্তুনা কদোমদনো চৎখি। মাঙ্গোলজাউ, ব্রা মখা তাবমদনা মক লূক্লা ফুম্বংনবা ব্রাখল অমগা লোয়ননা মখোঙ থাংদোবক্লুম্মী। অদুবু ঙসাই য়ূমদগী চৎলমদাইদদি মাগী নুপী অমদি মচাশিংদা এঞ্জিনিয়াব বাবুদগী শেল শোয়দনা ফংগনি হায়বগী থাজবা থম্নন্নগা লাকখিবনি।

ময়ূম য়ৌনীংদ-য়ৌনীংদা য়ৌবক্কুনা শুমাঙ হেক লানশীল্লকপদা মচানুপী অহল লাংলেন্না শঙ্গোয় অমনবদুদা চেঙ খৈবম্বদু লেপ্তুনা হংলকখি – "পাব কমদৌবকঅগে?"

খুমদে মাঙ্গোলজাউ, তাহৌদবনবা কবিনো। অদুবু মায়থোঙ শূকথবদু উবদা লাংলেন ভাব তাখ্রে। মখা তানা অমুক হংলুদ্রে।

শুমাঙ মতোন্দা কোল ফেঙলিবী মচানুপী অতোপ্পী থোইনুনা অমুক মপাদা য়েংলগা হংলকই –

"পাব - পৈশা ফংঙক্রববা?

মদুদসু খুমদে মাঙ্গোলজাউ।" মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা মকোক পায়বগা উখোক্তেন্দা ঙাদুনা ফমথৈ।

থোইনুনা মখা তাবকই –

"হয়েংদা ঙায়বে, কমাইতৌদোইনো পাব। উপাই অমা থিদ্রদি য়াববোইয়ে।" মপাগী মতৌদুদা শেল য়াওবক্রে হায়বা খঙলদুনা হায়বকখি।

মাঙ্গোলজাউ খুমদে। থোইনুদা য়েংবতমক য়েংঙি, পীশুম শূক্লদুনা। অদুবু থবক শূবগী মতিক, ব্রা-সু ঙাঙগনবী থোইনুদি, মপাগী মতৌদুদা মপূক্লিং ব্রাবৌনা, খোঞ্জেল ব্রাংলপ তৌনা অমুক ঙাঙলকই –

"মী-মমাঙদা হয়েং চোপ্লদৌবিনি তৌবিসে। পৈশা লৈতে হায়দুনা তৌদবসু য়াববোইদবা।"

মাঙ্গোলজাউ, পেন্দবা পূম্বা, অশাউবগা লোয়ননা থোইনুদা হৈথবকই। মতাং'সিদনি মহাক্না থোইনুগী মঙক পায়দুনা মেৎলবিবা, চৈহৈদবা চৈববিবা।

কনাগুম্বনা হায়। মচানুপী অতোপ্পী অসি পোক্লকপদগী মাঙ্গোলজাউহোয' ইমুংসি নুংঙাইবা ঙমদ্রিবনি, অশি-অনা নংলিবনি হায়দুনা।

তশেংনমকসু, পাঞ্জিগী মোত মতুং ইন্নদি - থোইনু; নুমিৎ, থবান, থব্রাম্মিচাক, পূংফম্লচিংবা ফত্তবদা পোকপীনি। মহাক পোকপদা মমা থাতোপ্পী শিবমগদৌববনি। মবায়বক ফবনা শগোলসেন গুকনা উকন ওইদুনা শম্লাদা লীৎহৌবিবনিকা হায়দুনা পঙহায় মহায়নৈ।

মাঙ্গোলজাউ খল্লি, মাঙ্গোল উখোক্তেন্দুদা ঙাথবদুনা ফম্ন-ফম্না — "মসিনা ওইবা তাই, ইমুং অসি অশি-অনা নংঙিবা। পাঞ্জিনা হায়বা ব্রা তবাই-তবাইনা লৌকৃবা য়াবা নত্তে। মসিগী খুদম-চাংদম হায়ববু মণিগুল্লবা ইচানুপাদু ঙসিদি মাঙজবে। মখাতানা মমা থাতোম্বী ফমদা তাদুনা লৈবি। খঙদে, মসিদগী হেন্না 'ব্রাবা কবি অমুক থোক্লগবা।"

মহাক্লা অসুম্না খল্লিঙে', থাতোম্বীনা মুকম-মুকম শোল্লিবদু অমুক তাবকই—

"অঙাংসিনা কবিসু অকায়বা হায়খিবা লৈতে। শোয়বগদ্রা খনবদগী হংজবনি। মদুদবু কবিগী শাউফম থোকপগে। কমদৌসিগে কৈদৌসিগে হায়না খনফম থোক্তববা হায়বা।"

"যাবে' নঙনা অমুক মতেং পাংশিল্লক্কনু। ঙমদবা নঙগীদি তুমীন্না অদুম লৈয়ু। ঐনা থোকপা তৌনি।" মাঙ্গোলজাউ, ইচঙথৌনা খুল্লকখি।

ব্রাববা ব্রাখলগী মৈখূবক্তা মচাগী শোবাৎ অদু মমীংতগী ওইনা শোল্লম্মী; ইংখোল মচেৎ অমা লৈজবদু বন্ধান থমদুনা। হৌজিক লৈহৌবিবদি য়ূমগা শুমাঙ মচেৎ অদুগদা মঙায়বে।

অসুম্না লৈতাফম খঙদনা লৈবিঙে' থোইনুদু খুনগী লৌমী পাখং অমদা চেনখিবগী অব্রা-নুংঙাই যান্নবা থৌদোক অমা মাঙ্গোলজাউগী ইমুংদা অমুক থোক্লবে। মমা থাতোম্বী অমদি মচে লাংলেন অনীনা কপচৈ।

অদুবু মাঙ্গোলজাউদি খজিক কপ্লীংলুববসু মপূক্লিংদা খল্লকই—

"ঈশ্বব মানা ঐগী অব্রাবা কোকপীগে হায়দুনা মপোক ফত্তনা পোক্লকপী ইচানুপীবু য়ূমসিদ্গী লাপথোকহনবীবে।" মচাগী অওং-অউন তম্বগী মতাংদদি ইখন খল্লুদে।

থৌদোক্তুগী পাউদু নুপা ময়ূমগী, শাগৈগী অহল অমনা হায়দোকপা লাকখি। লোযননা, নুপী ময়ূমগী অপাম্বনা কবিনো হায়বদুসু হঙ্গৎলৈ।

মমা থাতোম্বী অমদি মচে লাংলেন্নদি চহী নৌবি হায়দুনা খাইদোক্লবা পান্নম্মী। অদুবু মাঙ্গোলজাউদি থোইনুবু অমুক য়ূমদা পুশিনবা পান্নমদে। নুপী

ময়ূমগী ব্রারেপ লৌবা ঙমদবা মতৌ'দুদা অহল অদুনসু হায়ফম খঙদদুনা – "হয়েং অমুক লাকচগে, খন্নবীবস্মু।" হায়বল্লগা হনখিবস্মী।

ঙসি অসিনি অহল অদুনা অবোয়বা ব্রাবেপ লৌবা লাক্কদৌবিবসি। অদুবু মাঙ্গোলজাউ ব্রাখল অমা খল্লকই। ঙবাং অহল অদুনা হনখিবগা লৈকাইগী চুম্না লাইফাওবীনি হায়নবা মাইবী অমদা শেল হুন্দুনা ইমুংগী তুংগী মবায়বক য়েংলুবনি। মদুদা মাইবীদুনা হায়বকখিবদি—

"মোম্মু নমোম অতোম্বীনা মীগী 'কাদ চৎখিবদি য়াইফ-নুংঙাই তানবনি।অব্রাবদি, লৈহৌবিবা মোম্মুগী ইমুংদি হেন্ন-হেন্নদুম অব্রা-তুবৈ চন মীকপ-মীবাওখোল তাবগনি। মোম্মু নমোম্মু পোক্লুবনা ইদাইবেম নহাক্কী শিগদবা লাংফমসু থৈদোকপা ঙমজবনি। মোম্মুবু অমুক লৌশিনবীববদি নুংঙাই মথোয়কা, য়াইবী মকালাম্মা পানগনিএ...!"

লাইফাওসিননি ঙসি মাঙ্গোলজাউগী পৃক্লিং লাংতক্রুহল্লবা।

খল্লি – "মপা অমা ওইনা ঐনা ইচানুগী অতোম্বী'সিদা য়েংঙিবা মীৎয়ে অসিবু চুন্মীববা?"

নুমিৎনা মাঙ্গোল উখোক্তেন লানশীনপ্রে। অদুবু অহল অদুদি লাক্লি। ঙাইঙমদ্রে মাঙ্গোলজাউ। মফি তনহোং হোংলগা মচাবু লৌকবগে থোক্লকই

থোইনুদু মমান্নবী অমগা, বোব ওইগদৌবিবদুগী য়ূমগা থংনবা, মবু থৈদুনা থল্লিবা য়ূমদুগী পুম্রীদা ঈৰুজবা লোইদুনা কাবকপদা মপা ইবুংঙোন থোঙ্গালদুদা চঙলকপগা মপা চপ চান্নবস্মী। ইকাইবা অমদি অকিবা য়ান্নখিদুনা মমায় ঙাংশিল্লস্মী, মখোঙ থাংবা থোক্লমদে। মপাগী মহৌশা শাউগনবা মতৌ'দুদা মশাদুসু থক-থক নীক্লস্মী।

মচাগী ওইবিবা ফীভমদুদা মাঙ্গোলজাউনা মচাবু হেন্না নুংশিবদুনা হায়বকই—

"ইচাতোম্বী, থোইনু- নঙ ইপাবু ব্রাবৌবব্রনহে ইপাগী ইবেম্মা। ইচানা মনুং মতম চাদনা কবিগী য়ূম্বান পুঙ্গিদা চঙগদৌবিবনো?"

খোঞ্জেল তনিক-তনিক্লা মখা অমুক তাবকই—

"নমাগা নচেগনা নঙবুতা শোন্দুনা কপহৌবিবনি। ইপা নঙবু লৌকগে লাকইবনিনে ইবেম্মা।" 'সি হায়বগা মবেঙবান্দা য়াল্লিবা খূদৈ অদুনা থিংবা ঙমদনা চেম্থবক্লিবা পি-দু তৈথোকই। মপা-মচাগী মতৌদুদা লৈশাবী অমদু চঙঙকনৈ। অসোমদনা, মাঙ্গোলজাউনা, মচানুপীনা কবি হায়না খুন্নকপগে হায়বদু তানীংবনা খোয়বাঙনা ঙাইজৈ।

ঙাইন-ঙাইনা মীকুপ খবদি হৌখ্রে। অদুবু 'হোয়' নত্রগা 'মাই' হায়বা পাউখুমদি হৌজিকসু তাবা ফংদ্রি। তাল্লকসিদা, কনাগুম্বা অমনা তুংলোমদা খৌদেমখিবা মখোল অমা তাবদগী মাঙ্গোলজাউনা লৈথোক্নুনা য়েংলুবদা, ঙবাং পাউ হায়বা লাক্লম্বা অহল অদুনা তক-তনান্না ঙবাংগী ফিজোলদুমক শেৎলগা মঙোন্দা ঙকচাননা য়েংদুনা লৈবম্মী।

---

● ১৯৯৬

